# ৱারোল খরদং

শ্রীমুতুবা তোম্বীনা ইবা 'ইম্ফাল'' হায়বা লাইরিক অসি মমুংথিংনা পারে। লাইরিক মচা অসি কনা নিংথিজনা ই। হিরমগী লমায় খুদিংদা মজাত্তীবু মুংশিবা অমসুং ঈপানাৎ ঈপূনাৎপু মাঙহল্লিংদবা অমদি থিজিন্নিংবগী মমি তাই। অমুম নৈনবদা ইশাগী লৈজরম্বা ইপোৎপু করম্না মশক থিহন্দুনা মমি শামহন্দুনা উত্তাংবী ওনহনখিবগে হায়বা ঈহুন অমসু কাওদবা নত্তে, কাওই — মীতৈনা মীতৈ ওইনিংত্রবদি কনানা মীতৈ ওই-বীগনি? হৌখ্রববু খওইদ্রবদি তুংগী মীহৌরোম্না হৌজিকপু ইকাইখুম্নগদ্রা? মাঙ-তুংগী অকবা মরী খম্বা ঙম্বা জাতীনা চাওখৎ লমজেল থোইবা নত্ত্রা?

*Dr. N .Ibobi Singh,*
*D. M. College.*

তাং ১৫ | ৬ | ৭৫ ইং

# ৱারোল খরদং।

শ্রীমুতুরা ভোম্বীনা ইবা "ইম্ফাল" হায়বা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱিরমশিং অসি মথং মথং খুৎই ওইনা পাজবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকচে। লাইরিক অসিদা পিরিবা ৱিরমশিং অসি নিংথিনা মথং মনাও লেংখোকপা অমসুং লোন্দা-পুন্দা শিজিন্নবদা কদাইকাওবনা মীতৈ সাহিত্যগী চৎনবী মওংদা ইথোক্লবগে হায়-বদুদি ঐহাক ইশামক সাহিত্যগী নিয়মশিং নিংথিনা খংজদে। অদুম ওইনমক লাইরিক শচা অসিদা কোংদোকলিবা ৱিরমশিং অসি ইচম চম্বা অরাইবা লোন্দা ইথোকপনা অপাব খুদিংমক্তা ইরাই লাইনা অর্থ লৌশিনবা ঙমগনি হায়না খল্লি।

করিগুম্বা জাতি অমগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা কয়া য়াম্না ৱাংবগে অমসুং চাওখৎলবগে হায়বদো থিগৎপা ভারবদি জাতি অদুগী হৌরকফম (Origin) অমসুং সংস্কৃতিগী অহোংবা ইতিহাসিক ওইবা ৱাকমশিং নিংথিনা কুপ্না নৈনবা দরকার ওই। ঐখোই মীতৈ হায়বা জাতি অসি য়াম্না লিরবা অমসুং মমাংঙৈদগী হৌনা মশাগী ওইজবা মপুং ফাবা সংস্কৃতি অমসুং চৎনবী (Culturo and Tradition) ইতোঙ তোঙাম্না লৈজবা জাতি অমনি। অদুবু মতমগী অহোংবা লাকপ অমসুং অতোপ্পা মপালগী মীওই-শিংগী ইথিল চংলকপদগী ঐখোইগী মীতৈগী হায়না লৈজরবা সংস্কৃতী সভ্যতা অসি ইয়েৎ য়েৎশিন্নখিদুনা মফম মরাং খংহন-খিদবা অমসুং ঐখোই ইশাগী অশেংবা হৌরকফম অমসুং চৎনলোনচৎ পুন্নমক পুমকাও কাওখোকহনখিবনি হায়বসি শ্রীমুতুরা ভোম্বীগী লাইরিক অসিদা তাকলি।

হৌজিক্কী মতমদা পৃথীবিগী জাতি খুদিংমক চাওখৎপগী খোংথাংদা চংশিল্লরকপগা লোইননা জাতি খুদিংমক মশা মশাগী হৌরককম কুপ্না খিগৎপা হৌনরক্লি। শ্রীমুতুম্বা তোম্বীনা অল্লিবা লাইরিক কয়া পাবিদুনা, লাইগুরু পণ্ডিতশিং কয়াদগী মতেং লৌদুনা "ইম্ফাল" কায়বা লাইরিক মচা অসিদা মীতৈগী হায়গী মীহৌরোলগী লৈজরম্বা চৎনব-লোনচৎ, সংস্কৃতীক সভ্যতা অমসুং মথং মথং চাওখৎলকপগী রাম্রা শিংবুল কয়াগী সঙ্কলন অমা পুথোকপীরকপা অসিনা ঐখোই মীতৈগী অমসুং মীহৌরোলদগী চাওখৎলম্বা মওংশিং অদু হৈনৌ নৌনা খিগৎনবা হোৎনবদা লমজিং মৈয়া অমা ওইনরমগনি অমসুং ঐখোইগী জাতিগী মশক খংননবগী লম্বীদা লাইরিক অসিনু শরুক খরদি য়ারগনি হায়জনিংই।

লাইরিক অসিদা পিরিবা বিরমশিং অসিগী অচুম্বা অয়ানবা অমসুং অশেংবা-শেংদবা পুম্নমক নৈনবগা লোইননা হৌজিক্কী হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংনা ঐখোইগী জাতিগী অশেংবা হৌরককম অমসুং মীতৈলোনগী লৈরক্লবা সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা অসি মরেক শেংনা অমসুং পুথোক্লবা থিজিনবীরবদি ঐখোইগী য়াম্না লাইবক ফবা ওইগনি অমসুং অতৈ জাতিগী মমাংদা চাওথোকচনিংঙাই ওইগনি হায়না থল্লি। হন্দকী লাইরিক অসি ছাপা তৌথোক্নুনা মীয়ামদা কোংদোকপিবগা লোইননা শ্রীমুতুম্বা তোম্বী নম্ভ মথ: তানা থিজিনবীদুনা অসিগুম্বা লাইরিক কয়ামরুমদু পুথোকপিরকখিগনি হায়না আশা তৌজরি।

*Dr. H. Tombi Singh,*
M. Sc., Ph. D. (Abread),
M. I. Biol., F. L. S. (London).

Date 15/5/75.

# ৱাহৌদোক

মালেমগী লৈমায়দা লৈরিবা মী হায়বা কাংলুপ অসিগী মীকোবা লোল (Genealogy) অসি মা-মাগী ওইবা কোরককম তশেংনা লৈ কংয়বসি কংৎখিবা কয়ানা মোৎ পিরী। তশেংনমকম্ তোংডান-তোংডানবা কাংলুপ (জাতি) অমুগী ওইবা বেদ, পুরান কয়ানা মী কাংলুপ অসিদি মতৌ অমুম্না কোরকপনি হায়বনচিংবা শাখি লৈনরিবনি। অতোপ্পা জাতিগী মীকোবা-লোল লৈনরিবা অসিগী মসুংদা মীতৈগী মীকোবা-লোল অসিনা য়াম্না চয়েৎনবনবা অমা ওইনা থেংলৈ। মতুদি মহা-ভারতকী, আর্জুনগী চানা নাওদা ওইনা মীতৈবু খলংল্লি, অমা রোমদগীনা চিন্নাগা তাইনবা লমদগী ওইনা মীতৈবু কোরকহল্লি। অসিনচিংবা থেংনরিবা মীতৈগী মীকোবা-লোল অসি মীতৈগীদমক্তদি অচুম্বা ওইকদ থোক্কে হায়না মীতৈগী পুয়ানা খুদম পিরী। মরমদি মপানগী লাইরিক্না যুমকম ওইদুনা মীতৈগী মীকোবা রোল ইবা থোইনা চুমকম থোক্কে. মীতৈ কোরককম ইবা তারবদি মীতৈগী লিরবা পাউরো, মীতৈগী লমমিৎলোন, মীতৈগী য়েক শালাই. কংলৈরোল নচিংবা পুয়ানা যুমকম ওইদুনা ইগনি হায়বসি পুম্নমকী থাজবনি। মীতৈগী লম মিংলোল নিংশিংসি, মীতৈগী অরিবা লাইশিংগী পোককমনি হায়দুনা "মকো-কাইবোক চীং" কৌদুনা লৈরী।

কৌক্রুদা খুন্দাবুনি, লৈরন্বা ঈশিংনা কংগ্রবদা "কংল্রা"দা য়ুম অহানবা খুন্দাডুনা ঈপুথৌ পাখংবনা শাগৈ তরেৎ পোক্লুনা মীতৈগী মীথৌবা-লোল চৎথরকই। ঐখোয় ভারত মচা অমা ওইবগা লোইননা পৃথিবীগী জাতি, কয়াগী মমাংদা মীতৈগী হৌরককম তশেংনা উৎকম খোকই, মীশিং য়ামত্রবস্থ মীতৈ চীং তমস্থ জাতি অমনি। ঐখোয়গী ওমজবা থৌদাংনা ভারত মাতাগী থৌগজগদবনি, থোকচবা ইরোম্মা লৈরেংদুনা হুকচগদবনি মীতৈ ইমাগী ওক্লস্থ অমত্তা ওইনা ঞাখম্মা। মশাগী লাইনিং অমদি হৌরককমবু হুন্নানবশিংদি বেদ, পুয়া-না হাংরী কান্নদবা মপোকনি হায়না। খুদম অনিদং।

---

(১)

"চন্দক অমম থংলবা লাইবক খেলাই মুৎলবা য়াইবী থরাই শেংলবা কাওনা শংলৌ চমফুৎ চারবা শেংনা চরৈকদি শেৎলবা পামিংনবা মীরেলহুক, মীরেম তাইবং য়োইথ মচাক থাবা কোরৌ নপা লমদি হুন্নান্নবা" পামেল উনা থাংবা পান্দমগুম কোলোই মিংথিবস্থ থংত্রবা, য়াইক থযোই ভোংইগীস্থ নাইত্রবা, চেংলৌ মিৎক্রেং পানববি কুন্নাং শাউন মিৎনেং অসিনচিংবা —লাংলোন—

(১)

ঐনা ঐমা পোক্লরিবা শাগৈ [জাৎ] অসিনা খ্বাইদগী লাইবক কবনি, ঈপা ঈপুগী শেংলবা ঈনি হায়না চাওখোকচবা ওমত্রবা, মনাংকী পোরম খিবিক উবা ওমত্রবা মিৎ অসিদি শাউন কুরাংবানগী লৈতেং মিৎনে। মপা মপু অমদি মশাগী হৌরককমবু হল্লানবা. মপা মপুবু লাই ওইনা উত্রবা" মশাগী খোংদাকম থংদনা খোংথাংবা, অদুগুম্বা পোরম খিবিক উত্রবা মিৎ অদুদি তাইবং পানগী অপাম দুংশিগী থবাই মাংনবা মীওইবগী মিৎনে, অসিনচিংবা।

---

(২)

শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী পাউত্তাক থরদং —

' স্বে স্বে কর্ম্মন্য ভিরতঃ সংসিদ্ধিং লভতেনর।
স্ব কর্ম্মনিরতঃ সিদ্ধিং যথা বিন্দতি তচ্ছৃণু ॥৪৫॥
যতঃ প্রবৃত্তিভূর্তানাং যেন সর্ব্বমিদং ততম ।
স্বকর্ম্মনা তমভ্যর্চ্চ্য সিদ্ধিং বিন্দতি মানবঃ ॥৪৬॥
শ্রেয়ান স্বধর্ম্ম বিগুনঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ ।
স্বভাবনিয়তং কর্ম্ম কুর্ব্বন্নাপ্নোতি কিল্বিষম ॥৪৭॥
স্বর্ব্বারম্ভা হি দোষেন ধুমেনাগ্নিরি বাবৃতাঃ ॥৪৮॥

অসিনচিংবা—

(২)

'মীওইবনা মশাগী লোইনরকপা মথৌ তৌবদা অমদি পুক্নিং চঙবনা মরম ওইদুনা লেপ্পা, অমাঁঙ অতা লৈৎংবা [সিদ্ধি] ফংই, মশাগী মথৌ তৌবদা পুক্নিং চঙবনা মতৌ করম্বা অরেপ্পা, মঁাঙবা নাইদবা ফংবগে হায়বদু ওায়গে তাও ॥ ৪৫ ॥

কৈবুঙেঙ্গা। মঙোন্দগী থরাই পানবা (অচৎ চত্তা) পুম্নমক ওইরকপা অমসুং মহাক্না পুম্নমকপু শিনথুংনা লৈবিরিবা, কৈবুঙেঙা মহাকপু মীওইবনা মশাগী ওইবা থৌরম্বা ( কর্ম্ম ) মরম ওইদুনা চংজবা ( লাৎচবা ) অসিতদা অরেপ্পা সিদ্ধি হায়বদু ফং.জ ' ৪৬ ॥

অতোপ্পা অমগী লাইনিংনা ধর্ম্মনা) পাঙথোকপদা সুংঙাই-গদৌবা ওইরবসু, মচুদগী হেনবদি মশাগী লাইনিং লিচৎনা (ধর্ম্মনা) ফবা হেল্লি, মশাগী লোইনজবা রাখন্না থৌরম তৌজবদা অকবা ওই (পাপ চংদে) ॥ ৪৭ ॥

হে কৌন্তেয় ? মশাগী লোইনরকপা চৎনলোন কয়াবু থাদোকফদে, মরমদি মৈবু মৈখুনা কুপশিনবগুম হিরম খুদিংদা মশাগী চৎনবী থাদোক্লবদি অমাঁঙ অতা কয়ানা য়োম্লবা (দোষনা য়েন্নগা ঙাক ওইগনি ॥ ৪৮ ॥

শ্রীমদ্ভগবদ গীতানা, মীওইবা অদুগী মশা-মশাগী মনাৎ খাদোককদে. খাদোক্লবদি ঙাকপিবা য়াদবা ময়াল লৈ হায়রী অসিগুম্বা বেদগী বারোল. লোইননা মীতৈ পুম্নানা ঙাকপা পাণ্ডরোগী বাখুন্দগী অমদি অখণ্ড অহৈ লাই ওইরবা মীওই কয়াগী পাউরো পাউতাক কয়ানা মরম ওইদুনা লাইরিক অসি ইরবনি। করিগুম্বদা! চিথ নাম্থ, পাংসোই নাইবা. বারী বামন কয়াস্থ হেন্না কুপ্না থিজিনবগী পাঙ্গন্দি নহারোলগী খুত্তা লৈরে। মরু ওইনা ঐদি কাংলুপ অসিগী (ঙাংকৌ) মচানি হায়না চাওখোকচনবগী ঈ অদুদি নহারোলগী শিংলিদা চেলহনবা তাই। মীতৈ পাঙগন, মীতৈ বামোন, মীতৈ চৌং-তম পুম্নমক ইমা অমত্তগী মচানি, ধর্ম্মনা (লাইনিং লিচৎনা) তোঙতাম্না উনরবস্থ থাদোক্লবদি থক য়াগনী নিংদে। মীশক মীমায় য়েংনদুনা ইতিহাসকী কলম মচিন থৈরোইদবনি. রাকম অসি পৃথিবীগী পণ্ডিতশিংগী রাকম্নি. মীতৈগী মীহৌরোল (লাইরিক) কয়া মৈ চাকহনস্ত্রে পুয়া কয়া অনৌবা ধর্ম্মনা উংং ওলহলস্ত্রে. মীতৈগী অশেংবা ইতিহাসনা লৈরোল চল্লবসি চহি ২৬০/৭০ শুররক্লবনি। ঈচেল থৈরুরবা ইতিহাসকী মায়রোন, অমুক হন্না চুমথোকপা থোইন অরাইবা নত্তে। অসিগুম্বা অচৌবা থৌদাং নহারোলগী মাংদা তাদুনা লৈরী কৌখিবা রাগীদা নিংদোন পোম্নদবা কাংলুপ থায়বগী রাখল থাদোরবা. অচুম্বা ইতিহাসনা শাখি থমদুনা ঐখোয় ঈংশেন অংহো ওইব পিনবীবা ওইসনু।

অইবা

মুক্তুরা তোম্বী

শিংজমৈ চিরোম লৈকাই, ইম্ফাল।

# হিরম লামায়।

হিরম | লামায়
---|---

---

১। নোংথোনবম অঙৌ। ২। লাইশ্রম লোকেন ৩। এস, লোরেন। ৪। এম, তাম্বা সিং। ঐইচ, শুধিরকুমার সিংহ। ৭। কে. জয়ানন্দ শর্ম্মা। ৭। ও, দিনাচন্দ্র (দিনেশ) সিংহ, অসিনচিংবনা লাইরিক অসি কোংবদা অরাবা শরুক য়াবিখিবগীদমক লমল তোনশিজ্জরবনি।

আইবা

# মীহৌবা রোলগী মতাংদা

মীওইবা অসিনা মালেমগী লৈমায়দা হৌরকপগী রারী অসি 'নিংশিংবা য়াই, মহুদি উমংদা লৈরিবা শা-ঙা শিং অসিগা মীওইবগা চপ মান্নবা থাক্তা হৌরকপনি। রাকম অসি মালেম (পৃথিবী'গী লৈমায়দা লৈরিবা মী হায়বা কাংলুপ অসিগী রাকমনি ফিশারমদে শা-গী মউন অমদি উগী মকুনচিংবনা মীওইবগী অহিং অশাগীদমক ফি গুম্না শিজিন্নখি। য়ুম শাদুনা মীওইবনা মশাগী খুদোং চানবগী রাখল ফাওবা লৈজরমদে। চীংগী শুরুংদা. লৈকুৎ লৈরাইদা মথুন হুৎতুনা মীওইবনা য়ুম ওইরকই. অসিগুম্না মতাংদা মীওইবা অসি অস্লকী মতিক মশিংস্ন য়ামজদবা শা মখল অমগুম্না ওইরমই। অচৌবা শা কয়ানা মীওইববু চিঞ্জাক ওইনৈ হায়নিংঙাই লৈতনা মীওইবনা রানা হৌরক্লবগী তুংদা, মী হায়বা কাংলুপ অসিনা মশা কজ্ঞনবগীদমক রাখল থন্না নৈনবা হৌরকখি। মতাং অসিবু মুংগী চক (মুংগী য়ুগ) হায়না তাংকক অমা অথং অহৈশিংনা লেপই। মতাং অসিবু মীওইবগী চাওখৎ খোঙথাং অমনি হায়না শিংথানৈ. মখোইনা মরু ওইনা শিজিন্নখিবা খুৎলাইদি মুংদুম উতুপনা ওইখি। শা ঙা হাৎনবা মুংনা শাবা তাগুম্বগী মওং. শিংজংগী মওংগুম্বা মখল কয়া শারগা চৈগী মতোম্দা উরিনা চেকশিন্না পুনশিল্লি অমমুং খুৎলাই ওইনা শিজিন্নখি। মচিনঙৈগী মীওইবা কাংলুপ্না শিজিন্নরম্বা শারু অমমুং

সু'গী খুৎলাই মথল কয়া অসি ইউরোপকী মফম কয়াদসু থে'নখি। খৃঃ ১৮৫৬ অসিদসু জর্মনীগী নিন্দর ভেল্লী মীওইবগী লিরবা কোকী শাক ফংখি। খৃঃ ১৮৬৮ অসিদসু ফ্রান্সকী ক্রো মেগনোন কৌবা শুরু'দসু মী'ওইবগী অরিবা কোকী শারু ফংখি। অদুম ওইনদুক মীওইবনা কল্লা মফমদগী হৌরকখিবগে হায়বা ৱাফম অসিদি চপ চানা হায়বদা লুনা থোকই হায়না মোৎ পিনরী। আমেরিকাদদি (খা-ৱাং) মীওইবগী অহানবা হৌরকফমনি হায়বগী থাজবা ফংদে, পৃথিবীগী অহৈ অশিং কয়াগী থাজবা খুদমদা, মী হায়বা অসিগী হৌরকফমদি—এশিয়া, ইউরোপ, অফ্রিকা, মহাদেশতা ওইবতাই। হায়রিবা মহাদেশশিং অসিদা (মফম খরদা) অহানবা মীওইবগী হৌরকফমগী খুদম চাংদম মরাং কাইনা ফংই। এশিয়া মহাদেশকী মফম খরদদি সু'গী চঙা লৈরম্বা মীওইশিংগী সুং ওল্লবা শরু অমসুং সু'গী খুলাই য়াম্না ফংখি। অসিগুম্বা ৱারীগা লোইননা ফংলৈ ইম্ফালগী ৱারী খরদ সু নিংশিংবা য়াই। অসিগুম্বা সু'গী খুৎশু খুৎলাই অসি খাংখুইগী শংকংদা (Khangkhui Cave) ফংখি। খৃঃ ১৯৭২দা মনিপুরগী ভেংশোপল এরিয়াদা সু'গী যুগকী খুৎশু-খুৎলাই কয়া দি. এম. কংজগী এন্থ্রোপোলোজিগী লেকচরর অমনা থিজিনবদা ফংখিবগী ৱারী থেনৈ। মীতৈগী মীহোবলোল অসিগী ৱারী লিখুম্নসু মীতৈগী মপা মপুদি মফম অসিদগী অসুম পোকচবনি অঙোম্বা মফমদগী লাকপা মীওইনা মীতৈগী মপা মপু ওইখিবা নত্তে, মীতৈগী য়েক (শালাই) তরেৎ মফম অসিদগী হৌজরকপনি,

চায়না চপ-চাবা খুদম পীরি। মাকম অসি অনৌবা বিজ্ঞানগী চাংদম অমদি মিৎয়েংনস্থ অচুম্বনি হায়না শোগৎলি। পৃথিবীগী মীওই কয়ানা কৌরকপগুম মাংতগী শাগৈ ভয়েৎস্থ কংলৈপাক ই ফালদগী কৌরকপনি হায়বসি যেৎননিংঙাই লৈতে। কংলৈপাকী শুকং অসি মক ওইনা শিংথাবা যাবদি খাংখুই শুকং (Khangkhui Cave) উখ্রুল (২) খুকসে শুকং, কাইলাম (Khukse Cave 25′ × 20′ × 200 ceth Joutung) (৩) থারোন শুকং তমেংলোং (Tharon Cave, near Tamenglong) অসিনচিংবনি।

মীওইবনা মচিনচৈঙদদি মৈ শিজিন্নবা কৈরম্বা নত্তে, নুংগী চক কাওবা মীওইবা অসি মৈ শিজিন্নবগী মাপল লৈরমদ্রবস্থ, মতাং চাবা অমদগীদি মচিনচৈঙগী মীওইবনা মৈবু থেংনবা [খংবা] কৌরকখি। মথোয়না নুংগী খুৎলাই শাবদা নুং অমগা নুং অমগা মৈখাইনদুনা নুং অমবু অমনা ইৎতুনা শোয়নকপদা মৈ থোকপা অসিদি মথোয়না তোইনা তোইনা উবা ফংলমই। মতম অমদা নুং অনি তক্লবগী মৈরিক অসি মৈ চাকনবা অকংবা উনা-শিংনা মথক্কা তাখি, লোইননা খঙহৌদনা মৈ অসি কৌরকখি। অস্তুম্না অহানবা ওইনা মৈ চাকখৎলকপা উবদা মচিনচৈঙগী মীওইবনা য়াম্না পেনখি অঙকপা ওইনা থোকখি। অস্তুম্না কংলিবা মৈ অসিদা মীয়াম চংদুনা অকংবা উনা শীংনা কয়া হাপচিন্দুনা মতম কুইনা মৈ অদুবু মুৎহন্দনা থম্নবা কয়া হোৎনখি। মমৈথংদদি নুং অনি তক্ল-দুনা মৈ থোকহনবগী কান্নবা অসি মথং মথং তোনরকখি, মাকম

অসি পৃথিবীগী মীওইবা কাংলুপকী রাকমনি। অসিগুম্বা মৈবু মশক থংলকপা অসি মীওইবগী হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখৎ খোংথাং অমদা থুংলরবনি হায়না শিংথানৈ। থোরম অসিবু "মৈহোৌরোল" হায়না থংনড়না মীতৈ লৈবাক্তা নিংশিংনরি, মীয়াম চংদুনা অহানবগী মৈ অদুবু মুৎতনবা হোৎনখিবা মকম্না "নোংমাইজিংদা লৈবা অন্দ্রো হায়না থংনবা মকমদা ঙসি কাওবা মৈহোৌরোলগী মৈ মুৎত্রি। অহানবা মুংগী যুগ অসি চাওহাক্না চহি মিলিয়ন অমরোমগী মমাংদনি হায়না লেপ্লি।

নৌনা থিগৎতুনা পুথোকপা অহৈ অশিংগী রাযোন্দা — চহি কোতি ৩, লাখ ৫০ রোমগী মমাংদদি মীওইবগ: য়াম্না মান্নবা মী মরাম [য়োংজাও] গী কাংবু অসি লৈরমই। অসিগুম্বা মীওইবগা মান্নথ্রবা শা মথল কয়া অসিনা মালেমগী লৈমায়দা লৈরক্লবগী কাইনথংদা মী হায়বসিগী শক্তম অসি তাথরকখি। চহি লাখ ১ রোমগী মমাংদা মী হায়বা কাংলুপ অসিনা লৈবা ফৌরক্লবসু মীওইবগী ফৌন-লমচৎ, লৌশিংনচিংবদি কাইনথংদা ওইরকপনি। মীওইবা অসিনা মচিনঙৈদা অরা-অনা কয়া থেংনমনখিবা অসিনা মরম ওইদুনা, মচোই মচোই তাবা অসিনা মীওইবগী পাক্কল রাৎপনি, অসিনচিংবা মরম কয়া নিংথিজনা থংলকখি। পুন্না লৈমিন্নবা, ঈশিং মুংশিৎ কবা মকমদা খুন্দাবা, অতোপ্পা মী কাংলুপ অমগা লান তৌনবা, কাংলুপকী লুচিংবা থনবা অসিনচিংবদি — চহি লিশিং ৮ লোমগী মমাংদগী হৌরক্লে।

মীওইবগী চাওখৎ খোংথাংগী ভাংকক অসিবু লম অসিগী চৎনবীদা কৈরোই লৈকাই পানবা, লৈপাক খুন্নাই লিংবা হায়না খংনৈ। মচিনঙৈদা মীওইবা কাংলুপ্পা নিংথিনা চাদা নাওদাবা ঙমমদবা, মশিং য়ামদবা কাংলুপ অমা ওইরম্লবস্তু ঙসিদি মালেমগী লৈমায়দা [পৃথিবীদা] খ্বাইদগী মশিং য়াম্বা কাংলুপ অমা ওইরে। মালেম লৈশাদা নোংমদা অঙাং ৩.৫০,০০০ পোকই, মথংদদি লৌজিক লৈরিবা মীশিং অসিনা মিল্লিয়ন ৩৯,০০০ নি, অদুগা সতাব্দী অসিগী অরোইবা অদুরাইদদি পৃথিবীদা হৌজিক লৈরিবা মীশিং অসিগী শরুক অনিদি শোয়দনা হেনগৎলকনি হায়না ইন্তরনেশনেলগী রিছার্চ ওর্গানাইজেসন্না হায়রী।

---

# বেদ, পুরাণ অমসুং পুয়া।

মীতৌবলোন ( Genealogy ) গী মরমদা মালেমগী থিগৎ-লে ন খংবা কয়ানা কুপ্পা নৈনদুনা খুদম কয়া পিরী। অসিগুম্বা রাকম অসি মী খুদিংমক্না থাজনরী, থাজনরিবা অসিগী মরু ওইবদি মাগী মাগী ওইবা পুরাণ (পুয়া) লাইরিকশিং অসিনা মরু ওইবনি হায়না পণ্ডিতশিংনা খোৎ পিরী।

হিন্দুগী পুরাণ, মুসলমানগী কুরান, খৃষ্টানগী বাইবল, বৌদ্ধ লাইনিংগীনা ত্রিপিতক, অসিনচিংবা পুরাণ কয়া লৈবগুম লম অসিগীসু পুয়া (লাইনিং খুদা) লৈ। অসিগুম্বা লাইনিং লিচৎ (ধর্ম্ম)

গী লাইরিকশিংনা তাইবং পানবগী হৌরকফম তাকপা, মীওইবগী পুক্লিং রাররুবা লাইনিং খুদা (ধর্ম) গী লাইরিক তাক্কনি। মীওইবা কাংলুপ্না অরানবা খুবম তানবদা ময়রবা পুক্লিং রাখলবু মঙান পিবদি মাগী মাগী ওইবা পুরাণ, পুয়াননি। অসিগুম্বা পুয়া [পুরাণ] শিং অসি নৈরমচ্রবদি মী কায়বা কাংলুপ অসিনা মশা মশাগী হৌরকফম খংলমলোই কায়বা য়াই;

হিন্দুগী পুরাণ, মীতৈগী পুয়া, লাইরিকশিং অসিগী হৌরকফম লৈ (১) হিন্দু ধর্ম্মগী হৌরকফমদি বেদনি, যীশু খৃষ্টনা পোকত্রিংগী মমাং চহি ১,৫০০ রোম অসিদদি বেদ (ধর্ম্ম) গী লাইরিকশিং অসি ইখি। (২) ইউরোপকী কাথিবা (রিছার্চ) শিংগী রারোন্দা খৃঃ মমাং চহি ৫০০ রোম অসিদা মহা-ভারত কায়বা পুরাণ অসিসু শেমখিবনি, খৃঃ মতুংদসু মপুং ফানবা কয়া হাপচিনখি। রারোলশিং অসি মায়চৌ (পণ্ডিত) শিংগী তোংঙান তোংঙাবরা ভাংকক অমা লেপ্পগী মতাংদা রারোল কয়া থেংনরবসু, মামৈ কায়ন লৌব য়াই লোইননা পুরাণগী হৌরকফম পিবদা:-

(১) অধ্যাপক প্রবোধচন্দ্র সেনগুপ্তা (২) বঙ্কিম চন্দ্র। (৩) এফ, ই, পার্জিষ্টার (৪) অধ্যাপক হেমচন্দ্র রায় চৌধুরী (৫) এল, ডি, বার্নেটকী, ইউরোপকী পণ্ডিতশিং (দার্শনিক ডাঃ ল্যান্সারী, নচিংবা] অসিগুম্বা পণ্ডিতশিংনা পিবা রারোলগী মতুং ইম্না, থ্বাইদগী তিবা চহি মশিংদা পুরাণগী হৌরকফমসি চহি লিশিং ৪, থ্বাইদগী নৌবদা চহি ৪০০ অসিদনি, (খৃঃ মাং)

(১) *Lalmani Singh, A.– General Knowledge. P.* 91 (1964)
(২) *Historical Research Commitee* — মহাভারতকী মনিপুর, P. 3-4 (1967)
(৩) *Gokulchand Singh, O*— "বৃন্দাবন লমজিং" P. 4-5 (1953)
(৪) *Khollao. dt.* 25/10/72.
(৫) ঋতু, ৩৯ শুবা চেকোং।

———

# মীতৈ পুয়া অমসুং লাইনিং লিচৎ।

পুয়া, লাইনিং লিচৎ (ধর্ম) গী মতাং অসি খৃঃ মমাং চহি লিশিং ৩ খরা হেনবদগী লৈরে। বাকম অসি চুমই হায়না লেপ্পা য়াই, মরমদি খৃষ্টনা পোকত্রিঙৈগী মমাং চহি ১৩৯৯ অসিদগী মীতৈগী কুম্মা রাল (কেলেণ্ডর) লৈরে। অসিগুম্বা কুম্বারোল অসিবু মলিয়াকম কুমশিং হায়না খংনরি। বাকম অসি মখাদা থেংনগনি (নৈনরি)। ঙসিদগী চহি লিশিং ৬কী মমাংদগী মীতৈময়েক অমসুং পুয়া কয়া নিংখিজগা চৎনরকপা অসিনা খৃঃ ১৭২৬ শান্তদাসনা লাকপা কাওবা চৎনরমই। খৃঃ মমাং চহি ২,000 অসিরাইদগীদি মীওইবা অসিনা লাইনিং লিচৎকী নিংখিজবা মগুন উবা কংনরক্লে, মতাং অসিবু মীতৈনা লাইনিংপরমগী চক কৌই। হিন্দুশিংগী বৈদিক যুগ হায়না খংনবা অদুগুম্না চাংদম তৌবা য়াই। খৃঃ মমাং চহি ১৫০০ অসিদদি নিংখিজবা বাং-উলোন (দর্শন) গী লাইনিং

পূয়ানচিংবা কয়া ইবা হৌনরক্লে। খৃঃ মমাং চহি ২,৫০০ থর হেনবগী মতমদা মীতৈনা নিংনরম্বা লাইনিংদি সনা মহিরেল শিদবা অসিনচিংবা লাইশোন ওইনৈ। মচিনচৈগু মীতৈগী ইপা ইপুশিংনা ঙসিগী তাইবংপান অসিগী মরমদা করয়া ওইরকপা, মী হায়বা অসিনা পোকপা, শিবা নাইরিবা, অসিনচিংবা হিরম কয়াদা কুপ্না নৈনথি। খুদম ওইনা লাইনিং লাইশোনগী মরমদা অতোপ্পা জাতি কয়াগী বেদ কয়া নৈবগুম লম অসিগী পূয়া কয়াস্থ নৈরী। খৃঃ মমাং চহি ২,০০০ রোম অসিদনা শরারেল শিদবা (তৌজিক্লা গুরুশিদবা হায়না থংনববু) কয়া নিংনথি, খৃঃ মমাং চহি ৫০০গী মতম অসিরাইদগীদি মনামাহি, পাথংবগী রাং উরোল (দর্শন) অসি নিংথিজনা, কান্নদগী তেম্না ঙাম্মোকপা হৌরে। মীতৈনা পূয়া ইদ্রিচৈগী মমাংদদি অয়াম্বা লাইরা (মন্ত্র) পূয়মক চিনফা পুত্থনা নৈরমই। খৃঃ মমাং চহি ১৩৯১ অসিদগীদি মীতৈগী চৎনবী মনাৎ [আর্ট অময়ুং কলচর] অসি য়াম্না মঙং তানা নৈরে। খুদম ওইনা, খৃঃ মমাং চহি ৩০০ মুক্কী মতমদা বৌদ্ধ ধর্ম অসি কংলৈ ইম্ফান্দা ভিখুশিংনা কয়া শন্দোকখি। অদুম ওইনমক মহৈ য়াশখিদে, মতাং অসিদি মীতৈশিংগী মনাৎ, লাইনিং-লাইশোন মতিক চানা ঙাম্মোক্লবা মতম ওইবনা, বৌদ্ধ ধর্মনা মীতৈশিংবু মিতাহনবা ঙমখিদবনি। মথংদা বৌদ্ধ ধর্ম অসি বর্মা, চিনা জপানচিংবদা য়ৌখি।

খৃষ্টগী অহম শুবা শতাব্দীদা মীতৈশিংনা চুপ-শাবদা লাইরোল (মন্ত্র) নচিংবা বারোল কয়া মঙং তানা চৎনরে। ঙসিদগী

চহি ৯,২৯১ গী মতমদা কপ্তান কাখিবা মীতৈগী নিংথৌ খোঙতেকচা য়োয়রেনবগী মতমদা [খৃঃ ৭৬৩]. অকোইজম তোনপোই কৌবা মীতৈগী মায়চৌ অমনা "পাম্বোইবী খোঙ্গুল" হায়বা লাইরিক অমি হায়গী অরিবা কাংলোন কয়াদগী মতম অদুগী চৎনবী লোম্নাদা অমুক ইথোকখি। লাইরিক অমিমক্তি বৌদ্ধ মতমগী পুয়ানি। থিরেলনা [বিজ্ঞায়া] মুমকম ওইবা লাইরিকনি।

মতেং লৌখিবা :—


১। *Bokul. T.-The True Meetei Alphavate Evolved from the patterning of the cultural anthropology.* **P. 48 (1969)**

২। *Kulachandra, Meetei Scripts, Historical Back Ground.* **P, 26 (1972)**

৩। অতোমবাপু শর্মা — সঙ্কীর্তন মহাযজ্ঞ, অহানবা লাঃ (১৯৫৯)

৪। নন্দলাল শর্মা—মৈত্রবাক, লাঃ ৪১-৪২ (১৯৬০)

৫। ঐথোয়গী কংলা, — লাঃ ৩৮ (১৯৭০)




## তেংবানবা শেম্বা।

### ( সৌরজগৎ শেম্নকপা )

হৃং খোইয়ুম লাইনিংথৌ অতিংকোক মক্স শিন্দবা. য়াইবী এলহৌঙৈ অমম লৈশাম্নরকপা. খেরে মুংগুম তকুপকৌ পোইতিংউ নোংথাং তারংলেন তাইবং লাইজ ঈপোকপা। চৌংঙ্‌ লিনতাও তাওবী ঈরোইলাই লাইলেন তাওরোইলাই নমুশিন্দবা. মুংগা হায়াবা য়াইবী মুংঙৌ পিঘপা. চৌংঙ্‌ কোইরো অয়েংবা য়াংবা নোংথৌ পাচুম্বা, হৃপলা মপালগী হালম উগী মিশেম পোং কাইবী মঁহুম মুংগীঁ পরিং লাংশংহুন উকা মায়থোং য়াম্না নপোক খোইরা য়াল্লকপা। চৌংঙ্‌ য়ারা নখোনজেল অহানবদা লাংবন খোইমু খোন তানবা নখোন-জৈম্না হৃংনা নয়েক থোক্না নপোক খোইরা য়ালকপা, চৌংঙ্‌ য়ারা নখোন-জেম্না নমু পোংবু থেন্দমলকপা।

---

অসিনচিংবা তেংবানবা [ সৌরজগৎ ] ওইরকপগী মওং, থরাই পানবা পোকলকপগী মওং. পুম্নমকপু লাইরোন অসিনা য়াম্না মচা তানা য়ারী লিখন পিরী।

(১)

ছং, হে লাইনিংথৌ তাইবংপানবগী থরাইগী মুমকন ওইবা, ইবুঙোঙা নহাক্না তাইবংপান অসিবু ওইবা য়ানবা করি লৈব্রিঙৈদা "অতিংকোক" অহাংবদা মুমলেল কাজাও ওইখিদুনা ইবুঙোঙা নহাকী অমাং অতা লৈত্রবা য়াইবীরেল (থরাইলেন) মা হৌরক-কম মরু ওইখিদুনা ভেংবান অসিবু ওইহনখিবা, নহাকী চেংলৌ শকপাস্থোংদি খংদবা, নচু নরোংস্ন লেপ্তবা, লৈতবগীস্থ মরুনি, অহাঙবগীস্থ পনখৈ ওই হায়দুনা নহাকী নতিক নয়াইবু "অতিংকোক মরু শিদবা" হায়না তাইবংচাশিংনা কৌজখি। মুমিৎ, থানা থোকত্রিঙৈ নহাক্তগী শাইরোয়া তাইবং য়েনবু পোকহল্লি হায়দুনা "য়াইবী য়েলহৌঙৈ অমম লৈশায়রকপা" হায়না শৈথারী।

অহাং-মালংনা পলওইবা, করি লৈতা মালংদা নহাকী নয়াই পোৎলম্না, পোৎলম খিখিক তিনবদা অকন পোৎশক অনিনা চাইন-খোংত্রেন হাগুদা। নহাক্তগী শাইওয়া নয়াই পোৎলমস্থ লাংওনবা, চীংঙ্ নতিক্না মৈখী মৈয়েল পাইগুদা, কম-থৌদ্র মুংঙৌ অনিনা তরুবা মৈয়েল কুপকেৎনখঙম, চীংঙ্ নয়াইনা নোংথোং হাংবদি অইং-অশাগী চাইন-লানলাও লাউথরে, চাইন লানলাউ-লক্না লাইগী চাতা-নাওতা পোকখরে। খায়োম অসিবু পোইতিংঙ্ নোংথাং তরুংলেন তাইবং লাইজ ঈপোকপা, হায়না শৈথারী।

অশম্বা ৱারোল :-

ভেংবানবা ( সৌরজগৎ ) লৈরমদে, লৈতবনা তরংলেন ওইবা অসিবু. ইবুঙঙো মহাক্না ভেংবানবা শেম্নগে খনবদা অহাংবদা চোংথোক্লুনা লেপখরে. অসিবু "অভিংকোক মরু শিদবা" হায়না শৈথারী। লৈতবদগী লৈরকপা "অমা" কৌবা মহাক্না চোংথোক্লুনা লেপ্পদা মতিক-ময়াই ফুদোক-লক্লে. ঈশিংগা মুংশিংকা চায়নহল্লে। অনিনা চায়নবদা "হুং" হায়না ঈরাই ঈনিনখোল থোক্লে। ঈরাই ঈনিন্না ভেংবানবগী কাংওন ওইদুনা হুং হুং হায়না নিকশিন-তাশিল্লে, হুংগী কাংওন্না নিকশিন-তাশিনবদা নিকশিনকম লৈত্রে পোকখায়রে। শিংনাইদবা মৈবী মৈরেল থোকখরে। অস্মুন্না ভেংবানবগী মাওন [ cosmic evolution ] দগী "য়োইময়াই তাওদনবা" ( মুমিৎ ) অমদি থরাইমিচাক ওইখি. হায়না লৈকৌ-মোংবৌরোলনচিংবা লৈশেমলোনগী মতাংদা শিংথারী।

---

( ২ )

"ইবুঙঙো মহাকী লোই-খম্বা নাইত্রবা থুম্নবা রাখন্দগী ভেংবানবগী মওং লেপখরে। অপান-অরং থরাইমিচাকস্মু পরম নাইনা চোংথোক্লে। তরং হিরেল হোনখরে অহাংবগী পনথৈদা, মুমিৎকী কাংলুপ্পা। মালেম লৈপাক মকোয়স্মু অপানবগী কাংলুপনি। হৌকম মরা লেতনা অভিয়াদা তাওবনি, ময়াইতনা কবনি। অসিবু—

াংঙ্‌ লিনতাও-তাওবী ঈয়োইলাই লাইলেন তাওয়োইলাই নমু শদবা" হায়না লৈথারী।

"তাইবংপান অসি শেৱা লোইরবদা অচৎ-চৎতা থবাই ওই-াক্লবগীদমক ইবুঙেঙো মহক্কী ঈকিলোন (বীজ) মকুপ্ন। থমকোন ্মালংমুংদা (মু'শিৎকী পারবা মহুমমুংদ) শিন্নুংনা লৈথরে। ইবুঙেঙো মহাক্না শেমখিবা ভেংবানবসিগী কিৱেপ মওং নাইরবদা কোলোই মি'থৈসু ওনথরে "মহৌশা কোৱী লাইরেম্বী" হায়না। অসিবু পুয়ানা লৈথারী — লুমাং শমজি শাইকোইবী, পলেম হায়না কোবদা হাও হায়না পাওথুম্বী, লুৱাই শমপুন পরৈবা' পম্বৌ হায়না কোবদা হাও হায়না পাওথুবা হায়না। মীতৈ পুযানা লাইনিং পরৈগী মতাংদা — 'অমা' কোৱা মহাক্কি হৈ-হা হায়নসু কৌই হায়রী।

---

মহাকমক্না শেমখিবা তাইবং খুৎশেমদা — মহাকমক্না হজিন্না লৈখিরী, অসিবু অশেবশিংনা লৈশক্লি। সনাগী শক্লাই নিংখিবা ্মোমমু কনা-না শাবনো? মমুংদা কনা লৈবনো? লাইরম-ালম্নি ওইরবা কোয়ৌ নোংমদোন থক্তা ওকপুয়োই তাওহইরেং থা, থবাইবিচাক্ন হেম্মোক-কদা খোংচৎতা কোইনা লৈইনরি। ্লইনা খোংচৎকী ইনিনখোন, লাংবন উচিখোইগী খোনজেলগুব ং হং হায়না ঙংখরে, হংগী ঈবাই খোনজেল্লা উরী, উপান, বাহি োমমু, তাইবং, থবাই পানবা খুদিংমক চাদা নাওতা পোকখরে।

অসিবু "চীংঙু, য়াবা নখোনজেন অহানবদা লাংবন খোইমু খোন তানবা নখোনজেন হুংনা নয়েক খোঙ্গা নপোক খোইরা য়াল্লকপা হায়না শৈথারী।

———

## মালেম (পৃথিবী)গী শকওং ১।

(পুয়াগী রাহৈশিং)

মালেম (পৃথিবী) অসি মতৌ করম্না ওইরকখিবগে হায়বগী মরমদা অনৌবা মহৈগী চাংয়েংনা চপ-চাবা খুদম পিনজুনা লেপ্লপ্রবনি। রাকম অসিগী খোইদোকপা ফিরম কয়া নৈনজ্রবস্ত্র য়ারে হায়বা য়াই. অদুমকপু মীতৈগী থিগৎলোন খংবা মীওইশিংগী রাকম অসি হৌজিক্কী বিজ্ঞানিকশিংগী রাকমগা চানক্রা তেস্তক্রা নৈনবা রাকমদনি :—

'লিক্লা, রাইকেল ওমদনা য়াবা খোম্নাইদরিগৈঙ. অতিংঙা পুম্নং, পানতম নাইত্রিগৈঙ, য়াংদৌ হেকমাই কানা চেংলৌ, মিৎকুপ. মরুমপু নাওপুরুপতা তমপা রাঙমলোন নংবু মুঝিৎ লাপা হাকোক্লা. লাইলেন, লাপা হাথনা তমপা চাকোক অথৈবী॥

মাহম্লোক :—

তেংবানবসি লৈত্রিবৈ (নুমিৎ, থাগী খোংচৎ নাইত্রিবৈ, থবাইপানবসু লৈত্রিবৈ) করি লৈতবনা খোনথোক ইনিন নাই-ত্রিবৈ মালেম লৈতবনা মায়কৈ লেপ্পা ওমত্রিবৈ, মানা মিৎকুপ মরুমদং নাওপূরগা নুপা ওইবা নুমিৎনা মচা পোক্লকপি, ওম্লোকপা চাকোক ওইনা পোকখিবী। মৈবী হানতোংনবী মৈরেল তোম-শাৎনবী, হায়না মালেম (পৃথিবী) ওইরকপগী মওং অসি নিংথিনা পল্লি, মালেম অসি অহানবদা মৈ মতুমগুম ওইরমই, হায়না লিখুন পিরী।

---

অশম্বা রারোল :—

"খ্বাইসুংজেং পীবানা নুমিৎ কাপ্পা" কৌবা পুয়ানা হায়রী— নুমিৎ অনি লৈরম্বদগী অমবু কাপথাইখি [হাৎতোকখি] হায়রী। মসিগী লিখুন্দি —

মালেম (পৃথিবী) অসি মৈবী মৈরেল ওইরমই, তপ্না তপ্না ইংথরক্লুনা কাইনথংদা থবাইপানবা লৈবা হৌরকখি। মীতৈগী রাওঊ লৌশিংলোন (বিজ্ঞান) না যুমকম ওইদুনা ইরমলিবা লাই-রিক "নুমিৎ কাপ্পা" হায়বসি করম্বা মতমগী লাইরিকনো হায়বসি পণ্ডিতশিংনা খুদম পিরী।

তাইবংপানবগী লাইরিক হায়দুনা লৈরিবা লাইরিক পূম্নমক্কী ঋগবেদনা অহানবনি, অসিগুম্বা বেদ অসিদগী মীতৈগী "সুমিৎ কাপ্পা" পুয়া অসিনা অমুক মাং-থারপ্পা লেরে। য়াকম অসি পৃথিবীগী পণ্ডিতশিংনা চপ মান্নবা য়ানদ্রবস্থু অয়াম্বনদি য়ানরে। সুমিৎ কাপ্পা লাইরিক্না হৌরকহৌগী য়ারী (Mythology) ওইনা লেংথোক্লুনা থনম্বগী য়াকমনি।

(ক) ঋগ্বেদগী, মাং ওইরপ্পা "সুমিৎ কাপ্পা"।

(খ) বৌদ্ধ, মতমগী লাইরিক্না "পান্থোইবী খোঙ্গুল' নচিংবা।

---

মতেং লৌখিবা :—

১। অতোম্বাপু শর্ম্ম—সঙ্কীর্ত্তন মহাযজ্ঞ, লা: ১-৩৭ ৩৮ (১৯৫৯)

২। চন্দ্রসিংহ, মোইরাংথেম — পান্থোইবী খোঙ্গুল, (১৯৬৩)

৩। ঐখোয়গী কংলা, লা: ১০-১১ (১৯৭০ মার্চ্চ)

৪। য়াওল, লা: ১৬ ২৮ ( ৪শুবা চেকোং)

৫। সকোক, পুয়া (য়াওল অকানবা চহি, ১৯৭১)

## মালেমগী শকওং ২।

(ক: য়োইবু খোয়মোম লাইরেম্মা শাইওন য়াম্বীদি চানা মকালাম লাংনা মকোং তানববু, চানা তোনকা শৎনা খাম্বী মৈ য়াইরিককুম শমুখুত্তা থুমখিবনা চানা মমায় কাওনা খাম্বী মৈ পোকহল্লবস্নুং, অসাইঙৈগী খাম্বী মৈয়াই-রিককুম শমু খুৎনা থুম-খিরবস্নুং মৈরিক ময়েং তাদে। (খ) লৈয়াং মতম মানগুম ভমকা নোংথাং লৈমা চাংঙু নামুংবী য়োয়বু পূম্বী কোলোয় অহুম-লক মিংথোং ফংবী, তমকা অহুমলক শাইয়োল্লবস্নুং শিংঙেন মচু থাউদা, লৈয়াং মরাক চাথদবী। (গ) খোয়মোম লাইওই অহুম-লকপু শাইওল্লবস্থ চাংঙু নপুংলেপ্প, পিক্তবয়া পিক্তবী, অশাংলমবু ফাগবয়া ফাদবী নপন খোইয়ুম লাইনিংথৌ চাংঙু নামুংবদা থোংনাং মাঙ্গোয়্মী কৈবাক লংগুম যোমমুগুনা থাংতিন লংগুম তাচিন হৈবী চাংঙু অপূম্বী নংদি লৈহনখিসনো।

---

(ক) সুমিৎতগী মালেম পোকথরে, মৈ মতুমগুম্মা মালেম্মা চহি মশিং থিঙমদনা লৈখি। সুমিৎকী অকোইবদা মালেম্মা কোইনা [লৈইনা] লৈরকপা অসিবু পোইরৈতা কাম্বিবশিংনা শেথানৈ — চাংথৈ অপানবী হায়না। সুমিৎকী পাজম্মা চিংশিন-বগী অথৈবদা পালচুনা লৈ হায়বগী লৈপাক লৈমবু চাওথৈ অপানবী

হায়না শৈথারী। অসিগুম্বা থোংচৎ অসিবু চক (যুগ) কয়াবু কোইদুনা হৌরকই, মসিদগী "চক-কোই" (জগোই) হৌরকই, মীতৈনা হৌরকপৈদগী ওসিকাওবদা "লৈশেম জগোই" হায়না শারক্লিবা অসি তেংবানবগী য়াওন (cosmic evolution) অচুবু রাংউ লৌশিংলোম্না কোংদোকপনি।

সুমিৎকা মালেমগা চাংদম্নবদা, সুমিৎনা মালেমদগী চাওবা হেনমলথিবনা মালেমবু মৈ মরিক্কা চাংদম্নরি। মালেম্না ওল্লকপা শক্তম কয়াগা লোইননা অঙকপা থৌথোক অমসু ওইখি। মালেমগী মশাদগী মচেৎ অমা অমুকস্থু থাইদোকত্রে, হায়না লাই-রোলসিনা পল্লি। অসুম্না থাইদোকখ্রিবা মালেমগী মচেৎ অসি থাপ্লবা মকম অমদা পন্দুনা লৈত্রে, অসিবু কাখিবশিংনা শৈথারী — থাপন (থাবন) হায়না। থাদোকখ্রিবা মালেমগী মচেৎ অসি মালেমগা থক থাদোক্লবা তৌদে, লোইনদুনা তাম্না লৈ হায়বগী-দমক "লোইদাম থাজা" হায়না শৈথারী।

মালেম্না পোকখ্রিবা মচা অসিগী পিকপা চাওবা চাংদমদা — থা থা থাবুংত্তোন নচা যোরান্বী পোখিগে, অসিনচিংবা থা, অমদি মালেমগী মরমদা রাংউ লৌশিংলোন (বিজ্ঞান) না য়ুমফম ওই-দুনা অশৈবশিংনা শৈথারী।

---

(খ) মালেম [পৃথিবী] বু লাইরেম্বী হায়না পল্লি। হে লাই-রেম্বী নহাক্নী শকফম (মঙং) দগী শাইওন মশিং য়াম্না ওল্লকপিনি।

নহাক্তগী পোকখিবা নচানা. নহাক্তগী পিকথনা মৈবিদগী মৈরিক-কুম, নখুৎমক্তা থাইখিবগুম ময়ায় থংবা শরুক্তগী কাওদোকনা (কুৎনা) নচা পোকপ্রবিনি। অমুপ্পা পোকপ্রবস্থ অহানবা নহাকী শক্তমদগী অহোংবা থক লৈতবিনি; পাউরৌ অসিখু — চানা ভোনবা শৎনা থাম্বী মৈ য়াইরিককুম শমু খুৎনা খুমখিবনা. চানা মযায় কাওনা থাম্বী মৈ পোকপ্রবস্থং, অসাইৈঙগী থাম্বী মৈয়াই-রিককুম শমু খুৎনা থুমখিরবস্থং মৈরিক ময়েং তাদবিনি। তমকা নোংথাং লৈমা চাঁংঙ 'পৃথী কোলোয় অহুমলক মিংথেং কংবী হায়না শৈথারী।" সুংশিবা মনম চেল্লবী. অতাঙ-লৈগুখী নহাকী নত্তিক নখোনাবু য়েংবদা নোংথাং কুপ্পগুম লংলবিনি, হে তমকা লাইরেম্বী নহাকী নত্তিক নখোনা-না নহাকী খোয়ককম তাকপি-নি। নহাকপু থিজবশিংগী মকমদা নহাকী শক পাম্থোংবু তশেংনা তাকপিনি. থিজদবশিংগী মকমদা নহাকী বারী হায়দোকফদবিনি।

---

(গ) "কবা খিবিকী তুংনকম ময়োন ওইবী, নহাকী অহানবা মিংলেয়া মৈবী হানতোংনবী, মৈরেল তোমশাৎনবী" অরৈম্বু তরেংবী। অনিশুবা মিংলেয়া থরাই পানবা খিবিকপু কোনবি-নবগীদমক্তা খ্বাংচেৎ মচি লাংবিনি, হয়া-হে খোয়মোম তরেংবী লৈশিরেল লৈপুনবী কৌবিনি। অহুমশুবা মিংলেয়া ইংঙা কুম-দম ইংঙেন কুমথাইননা কুম তরুক ঔরিবা, বাউ তরুক কুমচৎ-থাচৎনা ভেংবানরুবু নাওকোনবিখিবনা 'পাম্থোইবি'হায়না মিং-থোন লৌখিবিনি।

য়োইময়াই তাওদনবা (নুমিৎ) কী অকোইবদা মালেম্না কোয়না চৎলি, মহাকী ভুমপক ভুম্বা লৈমায়শিংবু কোয়ৌ মৈশা কংহন্নবগীদমক লৈইনা লৈইনা চৎলিবনি। পোথাবা লৈতবিনি হায়না মালেমবু "অরৈন্ন-তরেংবী" হায়না লৈথারী। অসিনচিংবা মিংথৈয়োল ১০৮না লাইরেম্বীগী নিংলেম্নি।

মালেমবু লৈরাংগা অমুক চাংদম্নরি —

"লৈপাক লৈমানা মহাকী শাইওন কয়া ওনপ্রবস্ন লৈপাল অমগুদা শাৎপা লৈগুম মনম ময়েং তাদবিনি, লৈশোক অমগুদা শাৎপা লৈনা করিগুম্বদা মচু তিন্নদবা য়াওরবস্ন লৈশক্তি খেন্নদবিনি, হায়বগীদমক পুন্নানা শৈথারী :—

লৈরাং মতম মানগুম তমকা নোংশা লৈমা চীংঙু নামুংবী য়োরবু পুম্বী কোলোই অহুমলক মিংথোং কংবী, তমকা অহুমলক শাইওনবস্নং শিংঙেন মচু থাউদা লৈরাং মরাক চামদবী। থরাই পানবা খ্বিবিকী সুংহাই য়াইবী মরাং কাইনবা অস্নকী মতিক ৈহ শিংবা মওংদা ভেংবান মপুনা শেমপ্রবী, নহাকী শাওং শাবাশিদ ভুমপক ভুম্বী [মপুম ওইবী] নি হায়না মালেমগী শকওং তাকপদা পাউরোনা হায়য়ী : —

নপল খোইমুম লাইনিংথৌ চীংঙু নামুংবনা খোংনাই মাস্কো-রী কৈবাক লংগুম য়োমনু গুনা থাংতিন লংগুম তাচিন হৈবী

চীংও, অপুন্মী, কায়না পোইরৈবতা কাপ্পিবশিংনা শৈথারী। অসিংগুম্বা রাংউ লৌশিংলোন (বিজ্ঞান) অমদা পান্দম থমদুনা মীতৈশিংনা মচিনতৈংদগী "লৈমারেল ঈশাইফু" লাৎপা কায়না চক্ষু অমদা ঈশিং থন্না হাপতুনা লৈমারেল কাদা থমই অমম্বুং লাৎলি। অসিগুম্বা থৌওংনা উৎলি :— তাইবংপান অসিগী থরাই খুদিং মক মঙোন্দগী পোক্লকপনি, পুন্সিগী অরোইবদসু মঙোন্দা ডিজগনি। লাইনিং অসিদগী মালেম (পৃথিবী) গী মওং মিতমদুনা চক্ষু অমদা ঈশিং হাপতুনা লাৎপনি।

অশম্বা বারোল :—

খৃষ্ট পোকত্রিতৈংগী মমাংদা লৈরবা লাইরিকশিংনা তেংবানবা [সৌরজগৎ] কী মরমদা নিংথিনা থংলে কায়বসি উৎলি। পৃথিবীগী মওংদি মতুম (বোল) গুম্বনি, পৃথিবী অমদি সুমিৎ, থাগী থোংচৎসু নিংথিনা থংখি, মরম অসিদগী মীতৈগী "কুম্মারোল" (কেলেণ্ডর) না লৈরকপসি খৃষ্টগী মমাং চহি ১৩৯৯ অসিদগী মীতৈগী বিজ্ঞানা খুমাং চাউশিনখ্রে।

---

মক্তেং লৌখিবা :—

১। বাকোকলোন হিলেন খিলেন সানাই অমাইলোন (পুন্না)
২। *Kulachandra — Pre History of Meetei Leipak* P. 53. (1972).
৩। তম্ফাজাও, রাই — মীতৈ থাপালোন।
৪। *Bokul, T. — Ishaiphu Latpa.* লোইনবা, লৈশেম নোংশেবা পুয়াগী বারোলশিং।

# নুমিৎকী লাইশোন।

য়েলহৌঙৈদগী চৎনরকপা. লাইনা তাকপ' লাইরাশিং অসি মীতৈশিংনা অশুক্কী মতিক চেকশিন্না থাজনৈ। লাইরা [মন্ত্র] অসি মপুং ফানা মীতৈ লৈপাক্তা চাওখৎলকপগী মতম অসি খৃষ্ট পোক-ক্লিঙৈ মমাং চহি ১০০০ তগী ৫০০০ ফাওবগী মতমদনি। অদুগুম্বা লাইরা অদুবু মুৎথিদনবা কন্না তোংনবা মতমনা খৃঃ মাং চহি ২০০০ দগীনি। ঐখোয় মীওইবনা মিৎনা উবা লাইদি নুমিৎসিস্থু অমনি হায়রী. তেংখানবা (সৌরজগৎ) অসিগী থাইদগী মক ওইবদি নুমিৎনা ওই। নুমিৎ করি পোৎশকনো? মওং মতৌ করম তৌবগে? অসিনচিংবা অসি নুমিৎকী লাইশোন্না চপ-চাবা মওং পুথোক্লুনা লাইশোন ওইনরি। লাইরোন অসিমক্তি য়াঃউ-লৌশিংলোন (বিজ্ঞান) গী মিৎয়েং অমদা পান্দম থমদুনা চৎথরী।

লাইশোনগী অশম্বা মওং :—

"মাদেমদা থিং থিং থেঙ্কারকপা
য়োইমরাইদি তাউদনবা,
তাউয়োই লাইদি অঙাঁনবা.
য়াংবা লোংথৌ পানচুবা' অসিনচিংবা।

মুমিৎ মনা খোমদোন অতোনবা নংবু পুনেম্জরিয়ে. মুমিৎ নংনা লুবগুম লুজগে, থবী নংনা শেংবগুম শেংজগে, থাবা নংনা পানবগুম পানজগে কুবিও। অসিনচিংবা —

---

অশঙ্বা ৱারোল : -

*মুমিৎ হায়বসি মকম লেংদবা পোৎশকনি হায়বসি লাইরোল অসিনা খুদম পিরী :— য়োন — ময়াইদা, তাউদুনা লমদনবা— লেংদবা, অসিবু "য়োয়ময়াই তাউদনবা" হায়রী। মালেমচিংবা অপকমা (প্লানেৎ) শিং অসি অকাং মালংথক্তা তাউদুনা লৈরবস্তু মুমিৎকী মপাঙ্গল অমস্তুং ময়াইজনা চিংশিন্দুনা (কাদুনা) লোইরৈ, অসিবু — "তাউ লোইলাই অঙানবা" (তাউরোইলাই অঙানবা) হায়রী। মালেমগী লৈমায়দা হিংলিবা উ, উরী, মহৈ-মরোং, থরাইপানবা খুদিংমক মহাক্কী মৈশাগী মপাঙ্গনা হিংবা ঙমলিবনি, মহাক্কী মৈশানা মহৈ মরোং চুংমই. মালেমগী লৈমায়স্তু লৈহাও কাহল্লি হায়দুনা মুমিৎপু "ৱাংবা লোংথৌ পানচুম্বা" হায়না পল্লি। অমনা মনিলগী মপৈনা ওইবনি, মুংশিৎকী মপীনি। মঙোন্দগী হেন্না চাওবা থরাইমিচাক কয়া লৈপ্রবস্তু তেংবানবা [সৌরজগৎ] অসিগীদি মুমিৎনা নিংথৌগুম্বনি হায়রী :—*

"অৱাং নোংকু মহুম মুংগী হুমলেন য়াইবী তোননিংথৌ. হায়না মুমিৎপু শিংথারী। তেংবানবগী কাংওন (cosmic

evolution) বু হৌখিবা অহনশিংনা চপ-চাবা মওং খংবদগী মুমিৎ, থানচিংবী পোৎলম কয়াগী মমিং থোনবা ঙম্মনি হায়বসি মশানা, খুদম পিজরবনি। মচিনঙৈগী মীতৈ চৎনবীদা মিং থোনবা থোইদোক্লা মরু ওই।

"পম্ভৌশিংনা মচাবু ঈপাব্রী, ঈযোম হায়না কৌরমই, ঈপাব্রী হায়রদি ঈপা অম্নিবনা কম্জিল্লকুনা পোক্লবনি হায়না লৌই। ঈযোম হায়রদি অচুঙৈ লাইনিংথৌগী পুক্নিং রাখল্লগী চোংথোক-খিবী ওইগী শাগৈ ওইবী ঈমা অচুবু নিংশিংহন্নি। মুপী, মুপা অনিমক্লা মথোক কায়কপা, (Mature) মপুং ফেক কাগৎলকপদা অনিমকী মিং অমুক ওন্নি, মচুদি — (১) হিরম খুদিংদা মী অমা ওইবগী পোরম উবা ঙম্মকপা অসিবু পাক্লা চাওনা খংঙে, পাখং (২) অমনা মপুং ফানা মুল্লবী তাওজিং হৈরাংঙম্মবী, শিংঙেন লৈরাংঙম পুক্নিং হুরবীশিংবু "লাং" খুদিংমক্তগী খোইদোক হেন-দোক্লে হায়দুনা — ঈযোম লাংলেন হায়না মিংথোনখি। রারকী ভয়াম্না ভগুাংনা কজবঙম, লৈখোক্তগী লৈমন চনপ্রপদবা লৈরাং-ঙমই হায়দুনা "লৈশাবী" হায়নস্থু কোলোইনৈ। মীতৈগী মিক্নৌ থাগোৌদা 'ঈ' দগী লোইমনক অৌবা ওইগনি। রাকম অসি পাক চাওনা লৈগ্রে। অশঙ্কা রাম্নোন্দা ঈপা, ইমা, ঈচে, ঈনেম হায়রিবা অসিনা উৎলি :—

* "অচুঙৈ ঈপুথৌ পাখংবা, ঈবেম্মৌ তরেৎ, অচুদগী লেংলবা ঈগী মরি অমা ওসিন্থু শাগৈ তরেৎ অসি ওইরি, ঐথোয় ঈশেল

অমশুনি, থানবা য়াদবা মরি অমনি হায়বসি মিয়বা খোঙ্গাং অমা ওইনা পাউরৌশিংনা উৎলি [য়ী সাউত্তিং তৌরী]।*



## নুংশিংকী লাইশোন।

হুং, মালং নুংশিং নাম্বিবা,
হুমলেন, হামলেন, থঙগোনবা,
হুমপিরেল, হামশৌরেল খৈদবা,
চেংঙা য়ুহা কোলোইবা,
পুনসি য়েলবু চোংলিবা,
হে লাইনিংথৌ পাঙ্গলবা,
মকম খুদিং শিন্দুংবা,
পাঙ্গল কৌশিংবু কুবিয়ো।

অসিনচিংবা নুংশিংকী লাইশোন কয়া লৈরে।

---

*নুংশিংকী ঈবাই ইনিনথোলবু "হুং" হায়না কৌথরে। তাবং মালং ওই, মীওইবগী মিৎনা উবা ঙমদে হায়দুনা "মালংবা" হায়না থংনরি। মীওইবগী থিংমনবগীদমক অকবা পুশিন্নকই, ককবা

শিৎতোকখি হায়দুনা মুংশিৎ হায়না কোলোইরি। মুরিদাংবাই-রমগী মতমদা উরী. উপালশিংবু অনৌবা থরাই মিরেল হাপ্লিবগুম নাম-নাম্বনা হুরকই হায়দুনা অশৈবশিংনা মুংশিৎপু "নামমিখ।" হায়না শৈথারী। মালেমগী লৈমায়দা ফিংলিবা থরাই খুদিংমকী পুনসি য়েলবু চো'হল্লি হায়দুনা মুংশিৎপু "হুমলেল" [অক্সিজেন] হায়নসু পল্লি। মাগী অইং অশাদগী মনিল পোকই হায়দুনা "হামলেল" হায়রী। পোৎ খুদিংমক মুংশিৎকী কুয়োম্বা য়োম-শিল্লি অসিবু "থমকোম" খঙগোনবা, হায়না শিংথারী (মুংশিৎকী প্রেসর)। করিগুম্বদা অকন শক্লোন লৌদুনা য়ুম-কৈ, উ-বাবু তেকহল্লি হায়দুনা মুংশিৎপু হুমপিরেল' হায়রী। মাগী অইং অশাগী চাংনা লৈচিল নোংঙাই ওন্দুনা অতিয়াদা নোংগী মপৈ তৎতনা কারকই হায়দুনা "হামশোরেল খৈদবা" হায়নসু শিংথারী। হকচাং মমুংদা হোঙ্গিনবা মুংশিৎপু 'চেঙঙা' কৌই, হকচাং মমুংদা চংলুরগা (থবোম্বীদগী) থোক্লকপা মুংশিৎপু 'য়ুহা' কৌখরে।*

---

*মতেং লৌখিবা :— থম্মোই য়াম্মোই শেক্লিং, ( পুয়া )।

"থম্মোই য়াম্মোই" গী বাকমদা অসুম্না চথরী — শিৎলিবা মুংশিৎ অসি অমতনে হায়না নিংগনো, মুংশিৎতি মথম য়াম্বনে। মুংশিৎ মম্বাবগী মমুংদগী মচং ওইবা মুংশিৎকী মশক তাককে হায়রী — মুংশিৎনা ঐখোয়গী থবাইনে। মুংশিৎপু চিংশিল্লগুম,

কাজিন্দুনা চাথোক্লগা, ঐখোয়না হিংনরিবা থরাই ওইবা মুংশিংপু "চেঙ্গা' কৌয়ে। মুহাদি চঙলম্লবগা অমুম্বক হংহোকখিবনে, হায়রী। অসুম্না ওক্লিজেনবু "চেঙ্গা" নাইত্রোজেনবু "মুহা" হায়না খায়দোক্তুনা থংলমলিবা [বিজ্ঞানগী লম্বীরোমদা চংশিল্লমলিবা] তাংকক অসি নিংশিংবা য়াই। বিজ্ঞানগী অনৌবা মুগ অসি হৌগদবা চহি ১২০০ রোমগী মমাংদনি হায়না অহৈ অশিং কয়াগী মোৎ পিরী।

১। মনিপুর সাহিত্য পরিষদ, সাহিত্য, লাঃ ২৬ (১৯৬৯)

২। *Kulachandra — Univer Source* (1972).

৩। মাধব সিংহ, খোঙাম, খেলচন্দ্রা সিংহ নিংথৌখোংজম — খুমুং লিচৎ শাজৎ (১৯৭০)

৪। নিংথৌচাওবা, খোকচোম— থৌরম পরেং অশুবা (১৯৬০)*

---

লৈচিল লোল (লৈচিলগী খুদম চাংদম) য়েংবা লাইরিকশিং—

"কুম কাংগনি (নোংচুরোক) চাকথোং ভাহোংগনি, শা-মন য়াম্না শিগনি অসিনচিংবা হিরম কয়াবু লৈচিনগী খোংচৎ য়েংলগা ইরাই লায়না হায়বা ঙম্মরমই। থবী মহুম, শাবগী মঙং, শঙ্গাইশেল পাইবগী মাইকৈ, নিংথৌ ভুরেল খোকপগী মঙং য়েংলগনু লাকদৌরিবা অমম্নুং চৎলিবা চাংগী মঙ্গংগ্রা য়োক্লগদবা লৈশাক

নিংথৌগী অক-কত্ত, শা-পাউ, লান-পাউগী অকুপ্পা বারোল কয়া নিংথিনা হায়বা ওম্বরমই। অসিগুম্বা মহৈগী মায়কৈরোমদা য়েংথল্লূরগদি মীতৈ লৈপাক অসি হিরম কয়াগী মহৈ (বিজ্ঞান) খংবা মীওই কয়া পোকখি, হায়বসি নিংশিংহল্লি। মখোইনা মহৌশাগী শাজৎ (প্রকৃতি) বু কুপ্পা খংখি হায়বসি মখোয়না তৌ-রম্বা থবক্তা শাখিনী। লৈচিল্লোনগী অকুপ্পা বারোল্দি লৈচিললোন, লৈচিল-নাওয়োম অসিনচিংবা লাইরিক্তা থেংনগনি। অতৈ লাই-রিকশিংদি — তেংবানবা লৈকোয়লোন (সৌরজগৎ), লৈশেম-লোন (কোসমোলোজি এণ্ড জিওলোজী), বাংউ লৌশিংলোন (বিজ্ঞান), খেনচংলোন (এষ্ট্রোলোজী), লোইনাশিনলোন (সাহিত্য), কংলৈরোল (ইতিহাস) অসিনচিংবা লাইরিকশিং অসি মীতৈ চীং-তমগী মরল ওইদুনা অতনবা মতমদগী লৈরক্লে, হায়না পণ্ডিতশিংনা অয়েপ্পা চাংদম কয়া পিনপ্রে।



## মীতৈগী য়াওশং।

শালাই তরেৎ (শাগৈ তরেৎ) অসিবু পোকপিবা ঈপুধো পাখংবা, লমতাগী থানিল (থাবুং) ইরাই শুবিন্তা পোকই। য়াও-শুংনা মীতৈ হৌরকপম তশেংনা পিরী। য়ালেমগী লৈকায়দা

মীতৈ কাংলুপ্পা হৌরকপা অসি য়াওশংদগী হৌরকপান, অসিগুম্বা মীতৈগী শেংলবা নুমিৎ অসিবু ঙসিদি মীতৈশিংনা তশেংনা খংকম থোক্লরে। ঈপূথৌ পাখংবা, পোকপা নুমিৎ অসিবু মচা মশু ওইবা শাগৈশিংনা লমতাগী থানিন্দা য়াওশং শাদুনা লাইচংবনি। অসিগুম্বা থৌরম অসিবু হৌজিক্তি ওয়-তৈনবা বাখল অমদা উনরক্লে।

*[মতাং অসিগী বাকম শয়প্পা বারীগী অয়োইবদা লেংদোকচরী]*

অদানবা য়াওশংগী মতাং :—

মালেমগী মকম খুদিংদা মীওইবনা থিনরকলি, মী হায়বা অসিনা মকম কদাইদগী হৌরকপা, লোইননা ঐগী-ঐগী হৌরকফম অসিনা মতৌ করম্না হৌরকলিবা। হিরম কয়া অসি পৃথিবীগী মীওইবা কাংলুপ্পা কয়া থিনরকলি। অসিগুম্বা মীহৌয়োন দসি মীতৈগীদমক্তদি থোইনা বানিংঙাই লৈতে হায়বা য়াই মরমদি — মীতৈগী য়েক শালাই, পুম্ননা নিংথিজনা মীতৈগী মীহৌবশান নৈনদুনা থবীরমই। মদুদি —

তেংবানবসি ওইত্রিবৈঞ্চ অময়-মঙান খায়রমদে, অসিগুম্বা তাংকক অসিবু পুম্না অমা ওইরমই। অসিনা মরম ওইদুনা কবি লক্রিতৈগী ইবুঙো মহাকী মিংলেনবু "অমা" কৌরমই। অমা, কৌবা মপূনা শাইওন তৌবীদুনা লাইনিংথৌ শীয়ারেল শিদবা কৌনা শাইওন্নে। লোইননা মপু শিদবগী লোইনবী "মহৌশা"

কৌবী লাইরেম্বীনা লৈমায়েল শিদবী কৌনা শাইওয়ে, অসুমা ওইবা লাইনিংথৌ. লাইরেম্বী অনি অসিদি — তাইবং অপোক থোঁউদা পোকপা নত্তে। লুরাই লুতোন শমপুন্নগা পথৌ হায়না কৌই। লুক্তং শমপুন্নবী লুমাং শমজিন শাইকোইবী পলেং হায়না কৌবদা হাউ হায়না পাউথুম্বী "পূয়া অমা" কৌবা মপুনা [মহাকমক্ক] লেপ্পা শাইওনবা লাইনি। অনিমক্কা তুগা য়াগা ওইবিদুনা তাইবংপান কৌবা কুমহৈবু তৌদোকপিখি। অনিনা তাইবং কৌবা মহয়বু পালতনগে হায়বগী সনা কম্বাল্লা'দা পোন-বীগুম চিলওক্লবদা লাইনিংথৌগী সনা মিরেলবু লাইরেম্বী শিদবীগী খোয়থি থাদা শিংঙেন লৈপালশাৎ, তাওজিংগুম মহৈ য়ান নৌবী কমদা থিজমখি, লোইদাম থাক ১০ নাওপুন্নগা মুমিৎকুম মশোং চাও থাবাগুম মঙান নাই. ঈপূথৌ পাখংবা পোকখি।

ইমা লৈমরেল শিদবীনা তাইবং শুমহৎনবগী মঙং ওইবা নাংবা (অঙাং) অচুবু পোকপিন্নবদা, মুমিৎ শিংবুম তরুঙ্কিদা লাইজ ঈপান থাবিয়ে। • লাইগীদি অকোনবা. মীগীদি পুকোক্তা নাওবা (অঙাং) মানা পোকপিখি, মথং মথং চাওরক্লুনা শারেপ কায়ক্লে. 'পা' (মপা) ওইবগী মতিক মঙান লৈরবদা কম্বানয়েনবু কংজখি। পাখংবা মিংথোল কংখি, ঈ পুন্নমক্তী পুকোক্তা ঈনিংথৌ পাখংবনা পানখি। মরম কয়া অসিদগী মীতৈশিংনা ঈপূথৌ পাখংবা হায়না কৌজখি।

লাইনিংথৌ, লাইরেম্বীনা পাখংবদু পোকখিবসি য়াওং-শং [য়াওল-শং] দা পোকখিবনি, থৌরম অসিবু ঙসি কাওবা "য়াওং-শং" হায়না মীতৈশিংনা খংনরি। মুপী, মুপা মুম পানবদা মীতৈশিংনা য়াওং-শং নাইদ্রুনা চৎনরকপা অসি লাইশিংগী মতমদগী হৌনা চৎনরক্লে। অসিগুম্বা শেংলবা মীতৈগী থৌরম অসিবু হৌজিকৌ মতমদা গৌরাঙ্গ দেবগী মপোক মুমিৎনি হায়না লায়না থাজনখিবগুম তৌগ্রে, অস্নুম্না থাজনরিবা অসি অচুম্বা নত্তে।

---

*শেংদোকচবা :— ঈপুথৌ পাখংবনা লমতা থাগী থানিল (থাবুং) ইরাই মুমিৎতা পোকখিবগী বারোল কয়া "মহৌ লাংপুম" নচিংবা পুয়াদা চথরি। লমতাগী য়াওশং অসি মহাপ্রভু [গৌরাঙ্গ-দেব] গী পোকপগী থৌরম নত্তে, মহাপ্রভুদি কাইরেন থাগী থাবুংদা পোকপনি। শালি বাহনগী শাকঃ ১৪০৭ (খৃঃ ১৪৮৫) কালগুন (কাইরেন) শুক্রবার (ইরাই) পুর্নিমা, সন্ধ্যা কান্দা সিংহ রাশি লগনাদা জগনাথ মিশ্রগী ঔরসা শচি দেবীগী গর্ভদগী চৈটন্য দেব পোকই। অসিনচিংবা বারম কয়া জোর্টিশার চিন্তবনি কৌবা লাইরিক অদুগী লাঃ ২১ শুবদা শেংনা ইরি। কাইরেন থাগী পুর্নিমা মুমিত্তা শ্রীচৈতন্য দেব পোকই হায়বসি পণ্ডিত কয়ানা খংনরবা বাকনি। ভৈগপতি পঞ্চাঙ্গগী মোৎ অসিদি পণ্ডিতশিংনা য়ানদে, মরমদি কাইরেন পুর্নিমা, চন্দ্রগ্রহন তৌরিবৈগী মতুংদা পোক্লবা শ্রীগৌরচন্দ্রবু থা অমা কোম্বনা চৈত্র (লমতা) পুর্নিমাদা

অমুক পোকহল্লবদি অসিবু অচুম্বনি হায়বিনবা যাদেমদা নৈরোই। লমতা থাগী থানিন্দা য়াওশং ( য়াও• শং ) অমা শাজুনা ওঁগ্রি হঙ্গেন চোংবা [থাবল চোংবা] নচিংবা থৌরম কৃয়া অসি মীতৈ নত্তনা অত্তোপ্পা নৈপাকশিংদা ভোদে *

---

অনিশুবা য়াওশংগী মতাং :—

শয়ারেল শিদবা ( চৌজিক্লা শুকশিদবা ) মাগী লোইনবী নৈমরেল শিদবী অনিনা কৌক্র লাইকমদগী লাক্লগ, লাইনিংথৌ পাঙ্গলবনা হুৎতংঙা শাইয়োন্দুনা কংলৈপাকী মপুংমাই ঈশিংবু লোত্তাক ঈপাকী লাইজ ঈথৈ কাৎথিবদা হায়া কংকৈ হায়ঞ্জুনা পুয়ানা 'কংলা' কৌবা মকমদা ঈমকম শেমজুনা লৈতা-খুন্দাবা তৌখি। মকম অসিদা শঙ্গাই য়ুম্ফম হায়জুনা নিংথৌরোল খুদিংমগী শুসিকাওবা লৈরকলি, মসিদগী য়ায়ী লিখুন লোজুনা ঈম্ফম হায়রবদগী "ইম্ফাল" হায়রগা শুসি কাওবা থংনরী। অসিগুম্বা কংলা শঙ্গাই য়ুম্ফমদা শয়ারেল শিদবনা পাখংবা পোকখি• ঈনিংথৌ পাখংবনা শাঙ্গাই তরেৎ (শাগৈ তরেৎ) অসি পোকখি। মরম অসিদগী শাঙ্গাই য়ুম্ফম হায়বা কংলাদা লৈরী, মীতৈগী শাগৈ তরেৎ অসি মকম অসিদগী হৌরকপনি, মরম কয়া অসিদগী মীতৈ মেক তরেৎকী চাদা নাওদাশিংনা "কংলাবু" লাইকম অথোইবনি হায়রৈ। ঈনিংথৌ পাখংবনা কংলা কল্লাব কমজুনা শিংথৌ ওইখি। মচা-মশুশিংনা ভাইবংগী শয়াবেল নমু পোংহনবা হায়না কৌজখি।

---

৩, শুবা য়াওশংগী মতাং :—

মীতৈ য়াওশং নুমিৎ মঙানি অসি থাবল চোংই. লৈকাইগী অহল. নহাশিং পুন্না চাকচা হৈজানৈ, অশোন অনা কয়াবু পিল্ল পিথক ভোই। মীতৈনা মঙানি থাবল চোংবদা অহৈবা মীওই-শিংনা মকোক চিংদুনা লাইরেল মথেক পূই. ঈশৈ হল্লি লৈপাক নিংবা ঈশৈ কয়া শকই, মীতৈ চন্থুরাশিংনা ইশৈ খুমই। মরু ওইনা মীতৈগী চৎনবীদা থাবল চোংবগীদমক্তা নুপীগী খুজেং নুপানা পায়বদা থোইনা কায়বা লৈতে অক্লুম ওইনমক থাবল চোংবা নত্তবদা লৈশাবীশিংগী খুজেং নুপানা পায়বদা মীতৈগী চৎনবীদা অথিংবা লৈ। করিগুম্বদা লৈশাবীগী খুজেং নুপানা পায়প্রবদি লৈশাবী অদু মোগ্নীশিং চল্লি. নিংথৌবু ওইরবসু নুপাগী চক্তা লৈ পরেংনচিংবা নুপীশিংনা হুক্লনে. হুকনুরবদি মপুরোইবা শকই, অসিগুম্বা চৎনলোন অসি মীতৈগী য়েলহৌতৈদগী চৎন-রুবা মনাৎশিংনি।

---

শেংদোকচবা :—

*হৌজিকী চৎনবীদা য়াওশংগীদমক নুংদাং পোৎ হৱাল্লগা-াই কংপা. পোৎ লাকপা, অমো তৈনবা, নুপী-নুপা পুল্লা কম-ক্তা কোইবা (চৎপা), শেল মুনবা, য়াওশং মঙানিদগী চোন্থন্না

থাবল চৈাংবা অসিনচিংবা চৎনবী অসিদি মীতৈগী য়েলহৌ-
ঙৈগী চৎনবী মনাৎ নত্তে। য়াকম অসি মীতৈ কংলৈরোম্না
খুদমনি। মীতৈনা ধর্ম্ম মথং মথং ওন্নকপদগী হায়গী চৎনবী
মনাৎশিং অসি য়ায় চৱেৎনখি. কাইরেনগী পুর্নিমাদা পোকপা
চৈতন্য দেববু লমতাগী পূর্নিমাদা পোকই হায়না লৌনখি।*

---

৪, শুবা য়াওশংগী মখাং:—

য়াওশং হায়বা কুমহৈ অসি লোইথিবগা লোইননা লমতা থাগী
২৮নি পানবদা নোংপোক নিংথোবু মীতৈ লৈপাক হুপ্না খুরুম্বা
চৎলি। চীংগোই ভুয়েন্দ ঈরুঙৈ, চেং-খোইদিং লৈ শুনচিংবা
কৎলি, অসুম্না নোংপোক নিংথোগী খুবমদা চৎপা অসি অয়ুক মুং-
থিন্দা চৎনরমই নোংপোক মাপং হুমথোইবা লাইনিংথোবু মহা-
দেব হায়না মীয়ং ওন্নোকাখবসি থুঃ ১১১৬কী মতুংদগীনি। ভগ্যচন্দ্র
মহারাজনা গৌরিয়া ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদা গৌরচন্দ্র প্রভুগী জন্ম
(পোকপা) নুমিৎকী থোরমবু মীতৈ লাইগী য়াওশং (য়াওং-শং)
বু গৌরিয়া ধর্ম্মদা পুনাশনখি। অসিদস্ত নত্তনা মীতৈগী থৌরম-
কম ওইবা লাই. নোংপোক নিংথৌ [নোংথাইদিং]. কৌব্রু
অসিনচিংবা লাইকমবু শিবা মহাদেবা. ঈরৈমা (য়িয়াংথাং)
লাইরেম্বীবু দুর্গা হায়বা মমিং অসি ওন্নোকখি। অসিগুম্না
য়াওং-শং (য়াওশং) গী থৌরম হায়বসি লমহাং লমজাওদা শং অসি

শাই, মপূদা কৎলগা মৈদা থাদোকই। মৈদা থাদোকপগী মরমদি লাইদা কৎলবা শং অসি অমাং-অদোই সোক পল্লরগা থোগল্লোন কাই. মরম অসিদগী অহলশিংনা মৈদা থাদোল্লবগী রাথম্লি। মুখিৎ অসিগ্ন মৈজাও মুখিৎ হায়নস্ন থংনখি. থোরম অসি মীতৈ নক্লবা জাতিশিংনা তৌ:দ, গৌরাঙ্গদেবগী পোকক্ম (গৌরদেশভা) অমদি হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা কা'লুপশিংনা য়াওশং তোদে। হিন্দুগীদি লমতাগী পুর্নিমাদা "দোল যাত্রা" তৌই. দোল যাত্রাগী মরমদি (অর্থদি) থোরী বান্দো' হাইদুনা শান্নবনি, দোল যাত্রাবু য়াওশং হায়না হাংন্থোক (অর্থ) তৌবিনবা মীওই অমা কাওবা লৈরোই। মরম অমনা লৈমারেল শিদবীনা পাখংববু পোকখিবগী ভরুক্লি শুবদা লাইরান্না কৈথেল কাদুনা অনৌ-অপেল পোৎলম কয়া লৈরগা লৈমারেল শিদবীগী মফমদঃ থিল্লি. অসিবু ঙসি কাওবা হায়নরি লাই কৈথেল কাবা হায়না। য়েলহৌতৈগী লাইগী থৌওং কয়াবু মীতৈশিংনা নিংশিং থুনম ওইনা ঙসি কাওবা মপাম পোৎ-য়েংবা হায়না চৎনরী। থরগী ভু'দা লাই কৈথেন কাবগী মহুত্তা, খিজয় গোবিন্দ হলংকার হায়নস্ন অমুক ওন্থোকখি।

---

অপম্বা বায়োল:—

* মীতৈগী য়াওশংগুম্না, হিন্দুশিংগী থাজব থোরম অমস্ন লৈরী — "হিরণ্যকশিপু কৌবা অকনবা হিংচাবা অমা লৈরমই,

মহাক্না ওৎ-নৈবদা স্বর্গগী লাইকাওবা থাংবা য়ারমই। অসিগুম্বা দৈত্য অসিগী ময়াম্বা হিরণ্যক্ষ কৌবা নিংথৌ অমম্ভু লৈরমই, মহাক্না ভগবান বিষ্ণুবু লান্দ শিংনরমই, মহাক অসি বিষ্ণুগী খুত্তা মথরাই থাখি। ময়াম্বা নৈত্রে কায়বা খংলবদা হিরণ্যকশিপুন নিংথৌ ওইরে, মহাক্না নিংথৌ ওইবগা হায়দগী শরুক চাম্বা তেম্না তমথিবা হেনগৎলকখি। মহাক্না মহাদেব দুর্গা নিংবা কাংবুদবু চাম্না তৌই, বিষ্ণু নিংবা কাংবুশিংদি য়েক্নবনি হায়না লৌয়মই। অসিগুম্বা মতাংসিদা মহ কী মচানুপা প্রহ্লাদ কৌবা অমা বিষ্ণুবু কম্না নিংখি, অতোপ্পা মচানুপী অমনা ঐ অসি মহাদেবগী বর ফংলবীনি হায়না য়াম্না চাওথোকচবী হোলিকা কৌবী অমম্ভু লৈরী। মথোয় অনি অসি ঈশ্বরনা কনানা তেম চানবগে হায়বা চাংয়েং অমা তৌনখি, চাংয়েং অসিগী চাওরাকপা মওংদা অম্পুম্না চত্থখি — কোম অনি তৌরে, প্রহ্লাদ, হোলিকা কোম অমমমদা কুমথরে, মথক্তা শিং নৈপশিন্নে, মৈথারে। থৌ দোক অহুদা প্রহ্লাদ হিংখি, হোলিকাদি মৈনা চাকখি, অম্পুম্না হোলিকাবু মৈনা চাকুনা শিখিবসি লমতাগী পূর্নিমা সুমিত্তনি। থৌথোক অসি নিংশিংনবগীদমক চহি খুদিংগী বিষ্ণু নিংবা হিন্দুশিংনা মৈ থাহুনা থৌরম অসি তৌই। অম্পুম্না তৌরীবা মওং অসি হোলিকা হাৎখিবা অহুগী মওং মতৌ লৌহুনা চৎথবনি।*

*থৌরমগী মায়বা মওং :— উত্তর প্রদেশতমু লমতাগী পূর্নিম সুমিত্তা হোলিকাগী, নিংশিং খুদম ওইনা লমহাং (লংমাও) ম

তৈ থাবগী মওং চৎথৈ। পোইতৈ মীতৈগীসু লমতাগী পুরিমা পুরিক্তা য়াওশং ( য়াওংশং ) শাই, লোইননা তৈ থাবগী থবক পাংথোকই। শ্রীরাধা কৃষ্ণনগীসু দোল যাত্রা তৌই, অদের তৈতৈ পেচকারী তৌই। খৃঃ ১৪৮৫, কাইরেলগী পুরিমাদা চৈতন্যদেব পোকখিবনা, লমতা থাগী থৌরমশিং অসিগা তোঙতানবা হায়বা কোংদোকলি।

Ref :—


১। *The M C. R, Association Ltd. — Kanglei Pungmayol.* p. 18.

২। *Kulachandra — Pre history of Kangleipak*; p. 61-62-74 (1972).

৩। *Madhop Singh, Th. 2, Khelchandra Singh N. — Khunung Lichat Shajat*, p. 8 (1970).

৪। *Rohinikumar, S.* — অথোইবা মীশকপিংগী পুন্সিগী বারী, (1972)

৫। *Thokachanba, Th.* — থৌরম পরেং অতবা, লাঃ ১৫ (১৯৬০)

৬। বাকোকলোন (পুয়া) লাঃ ৫, লোইননা অখোয়া লাঃ শিং।

৭। *Tomba, A. — Yek Shalai*, (1970).




# শেংদোকপা।

## ( পাখংবগী মতাং )

পাখংবগী মতাং অসি য়াম্না চময়হনবা অমা কয়া থে'নৈ অরমদি — খৃষ্টগী মতমদা পাল্লবা নোংদা লাই পাখংবা অসিনা মীওৈগী শাগৈ তরেৎ পোকপা পাখংবনি, অসিনচিংবা য়াকম কয়া। অদুম ওইনমক য়াকম অসিদি মীওৈ খুদিংমক্না থিগত্তুবা য়াদবা য়াকমনি, নো'দালাই পাঙংবা কনানা পোকপনো? য়ায়বগী মতাংদা — "কোনসৌয়েম্না. লাইয়েক লাইখুৎ চম্নু পায়ত্তুনা শৌস্রেং পোকয়ে। শোজ্রেংনা লৈমুং য়াবি-য়োক পায়ত্তুনা নোংদা লাইয়েল পাখ'বা পোকয়ে। নোংদা লাইয়েল পাখংবনা লাইম্না পায়ত্তুনা খোয়োই ভোমপোক পোকয়ে। খোয়োই ভোমপোক্না নোংমাইমু পায়ত্তুনা ভাওথিংমাং পোকয়ে, অসিনচিংবা য়াকম কয়া অসিনা মরম ওইদুনা নোংদা লাইয়েল পা-খংবা কনাগী মচানো ভশেংনা উৎলে।

য়াকম অমনা, খৃষ্টগী মতমদা পাল্লবা, মভিক মথোনা লৈবা বিংথৌ অমনি হায়বসি মহাক্তী য়ায়ীনা অমদি বিংনা মরেক চুম্না উৎলি। মীওৈগী মীহৌয়োল, য়েক খালাইবু পোকপা ঈপুথৌ পাখংবগী য়ায়ীদি —

লাইনিংথৌ শন্নারেল (গুরুশিদবা) না লৈমারেল শিদবীগী মকমদা তাইবংপান কৌবা কুমলৈগীদমক নমু খুৎথা লৈ ওইনা ঈপুথৌ পাখংববু পোকপিখি। ঈপুথৌ পাখংবনা মীতৈগী শাগে তরেৎ অসিগী হৌরককম মবংনি, মরম অসিদগী মীতৈশিংনা ঈপুথৌ পাখংববু লাইগীদি মবৈ, মীগীদি পুকোকনি হায়রী। ঈপুথৌ পাখংবনা মীগী মপোক্তা পোক্লবস্থু লাইগা চপ মান্নবা মতিক ময়াই লৈ (লাইমক্রি)। অসিগুম্না মথাদা পাল্লকপা নিংথৌশিংবু পাখংবগী মতিক মচান লৈবা মীওইতনা লিংথৌ খুবম কংবনি হায়না লৌনৈ। নিংথৌদি লৈপাক্নী মপানি, মরম অসিদগী মীয়াম্না — ঐবু লোইবা লৈমাবা, হায়না নোল্লি। নিংথৌগী তালোই মুপীবু লৈমালক্তগী অথোইবী, লৈপাক্নী মমা ওইবী "লৈমারেল" কৌনৈ। লৈমারেন্দগী "লৈমারেল শিদবী" কায়ব্রবদি লাইনিংথৌগী ওইদা থৌগল্লিবী তেংবানবগী মমা ওইবীবু খঙনৈ।

শোয়েং নিংথৌনা মীতৈ লৈমা য়াখিরোকপু লৈমারেল কমথোন হাপতুনা নোংদা লাইরেল পাখংবা পোকয়ে। অস্তুম্না নিংথৌ অসিনা পোকপসি — ইঙা থাগী শগোলশেল, থাবুং [পূর্নিমা] পুনিস্তা পোকই। নিংথৌ অসিগী অতোপ্পা মিং অমনা চৌংলেন নোংথ্রেন পাখংবসু কৌই কায়না থেংনৈ। খুঃ ৩৩ শুবদা চৌংলেন কোংথ্রেন পাখংবনা লাইস্নাবু তালোই ওইদুনা পোইরৈ লৈপাক চাক্লকখি। মতাং অসিবু অখিং মী ওই, সুংখিল লাই ওইদুনা নিংথৌ অসিনা চহি ১২০ পাল্লমই হায়না শিংথানরি।

তৌবমক্তি "নোংদা লাইরেল পাখংবা" হায়বা মিং অসিনা মীহৌ য়োলগী পুকোক্তা পায়ম্বা পাখংবয়া হায়না চিংনবা পোকহনবনি। অস্তুম্না চিংনরিবা মিংগী মরমদা থরদং নৈনবা থোইদোক্লা মরু ওই। (১) য়েলহৌংৈগী ঈপুথৌ পাখংবদি ইমা লৈমারেল শিদ-বীগী থৌজাল (বর) কংখি. লাইনিংথৌনা মচাবু পাখংবা হায়বা মিং থোনখিবদি তাইবংপানগী হৌবা লোইবা থংই [মপা মথক থংই] হায়দুনা পাখংবা মিংথোল পিখিবনি। মরম অসিনা ঈপুথৌ পাখংবদি ওইনিং ওইনিংবা ঙমই, নোংদোন অহাংবমস্থ লৈ, নোংদোন পাখংবস্থ কৌই। লৈমুংদস্থ লৈ, লৈমুং লোক্না পাখং-বস্থ কৌই, অসিগা লোইননা মিংথৈ ১০ শুনা কংখি।

(২) চৌংলেন নোংজ্রেন পাখংবা, মহাক মতৌমত্তা পোকই তাঙনা কংজবা মচা ওইবদগী মহাকী অহানবা মিং অসি নোংদোন থকুগী তারকপশুমই হায়দুনা "নোংদা' হায়না থোক্লে। মহাক্ল নিংথৌগী লৈঙাক্লোন লৈবা, লাইমকী মতৌশুম অচুম-অয়াং থায়বা ঙবা. লাইগী মচৎ চৎপা অসিনচিংবদগী অথোইবা লাই-শুমই হায়দুনা মহাকী অনিশুবা মিংথোন্দা "লাইরেল পাখংবা' হায়না থাগৌনরি। মহাক অসি শিংথাবা মীওই অমম্তুনি — মরমদি নিংথৌ ওইবদা, চহি ১০০ শুনা তাংবনথক্তা কম্বা ঙম-দবনা অয়াবনি. অদুবু নিংথৌ অসিদি চহি ১২০ কংলা তাংবন থক্তা কমখি (নিংথৌ ওইখি)।

অশঙ্বা ৱারোল : —

* "নোংদা লাইরেল পাখংব' না মুংথিল লাই ওই, অহিং মী ওইদুনা পাল্লখই, হায়রী। মতাং অসিগী পাওরোনা উৎলি; মচুদি — মহাক্না মুংথিলগী মতমদা নিংথৌগী চপ চাবা লৈতাক থোদাং পুই। মীয়াম্না মহাকী অচুম্বা লিচৎকী মথাদা কোক নোল্লি, অসিবু মুংথিল লাই ওই, হায়না কোংদোল্লি। মুমিদাংগী মতমদা মহাক্না লৈপাকী ৱারেল থোদা তোদে মীচম অমগুম পোৎথাই, অসিবু মুমিদাং মী ওই· হায়না পাউরোনা উৎলি। অমনা — মহাকী লৈমরেল কমথোন কাবীনা হায়রি — ঐমু মুংথিল লাই ওইগে, নহাককুম্না মুমিদাং মী ওইগে হায়রবদা নিংথৌনা খুমখি। নহাক্তি পোইরৈতোম্না খুম্হোকপদা য়াওরক পনিনা লাই ওইবদি য়াদে, ঐদি নোংমদোল্দগী কুম্নকপনিনা মী ওইবমু, লাই ওইবমু য়াই হায়না পাউরোনা হায়রি। ৱারী লিখুন অসিনা উৎলিবদি নিংথৌগী লৈতাকলোনগী মরমদা [শাসনগী ভারদা] লৈমারেম্না (য়ানিনা) য়াওবা য়াদে, অসিনচিংবা হিরম কয়াদগী নিংথৌনা হায়রি — মংদি পোইরৈতোম্না খুম্হোক্লকপদা য়াওরকপনিনা লাই ওইবদি য়াদে, মী ওইবদি য়াই।"

[মতাং অসিগী ৱাকমদা পণ্ডিতশিংনা — চীংলেন নোংরেম পাখংবগা, লাইস্নাগা অনি অসি জাৎ তিমদে, অসিনচিংবা মিৎ-য়েং অমম্ লিরী।]

*Ref :—*

1. *Kokngang Sana, R. K. — Kanglei Langba Pakhangba, p.* 1 - 2. (1955).
2. *Tomba, A· — Yek Shalai. p.* 9. (1970),
3. *Sanahal, R. K. — Physical Lducation of Manipur, p.* 63 (1970).
4. *Kulachandra — Pre History of Meetei Leipak p.* 49. (1972).
5. *Madhop Singh, Th 2. Khelchandra Singh, N. — Khunung Lichat Shajat. p,* 4 - 77. (1970).
6. *Cheitharol Kumbaba. on front p.*

---

# শাগৈ [শালাই] তরেৎ।

মীতৈগী য়েক শালাই তরেৎ হায়না খংনবা. শাগৈ তরেৎ অসিগী থৌরককখদি শরারেল শিদব, লৈমারেল শিদবী অনিমক্ কংলৈপাকী মপুং ফাই. কংলাদা ইস্কম অহানবা (ইস্কাল হায়না খংনবা) মকমদা ঈপুথৌ পাখংবা পোকই। পাখংবনা লাই মুর তরেৎপু তাকোই ওইবি. লাইরেম্বী তরেৎ অসিনা মীতৈগী শাগৈ তরেৎ অসি পোকখি। কাংলুপ তরেৎ (শাগৈ) অসি লৈকাইশিংদা পূর্ণমক ঈপাদা পূমা লৈরবনি. অমুক্তা ঈমা তরেৎ অসিগী মকমদ ঈচেন তরেৎ কাংনা চেক্লরকুনা মীতৈ (মৈতৈ) গী শাগৈ তরে ওইখি অমম্পুং থৌরকখি। বারোল কয়া অসিদু মীতৈশিংন

নিংশিং খুদম ওইনা "ঈপুথৌ পাখংবা' হায়না কৌজখি. ঈপুথৌ পাখংবগী তালোই, ঈবেন্থৌ তরেৎ অসিগী মিংলেন্দি :—

১। পূকশি খোম্বীনা — মঙাংগী অপোকপিনি
২। হুইমু লৈমানা — লুৱাংগী „ ।
৩। খোংঙাই লেম্বীনা — খুমনগী „ ।
৪। পিথেৎ লৈমানা — অঙোমগী „ ।
৫। খৌম্বাও তোনবীনা — মোইরাংগী „ ।
৬। তালি লৈমানা — খা ঙানবগী „ ।
৭। নোংহাইনু (লিলি লৈমা) না — শালাই লৈশাংথেম (চেংলৈ) গী অপোকপিনি, ঈবেন্থৌ তরেৎ অসিগী মচা মশু ঙাক্তনা কাংলুপ তরেৎ থোক্না ক'লৈ ইম্ফান্দা চারোল শুরোল নাইনা পানবা হৌরকখি।

মীতৈগী শাগৈ তরেৎ অসি নিংথৌ গীমচা মশু ঙাক্তনি। রাকম অসি কংলৈরোম্না (ইতিহাস) খুদম ওইনা লৈরী, মোইরাং নিংথৌ, অঙোম নিংথৌ, খুমন নিংথৌ, লুৱাং নিংথৌ, সরাং লৈশাংথেম্না, চেংলৈনা পানবা অসিনচিংবা মতমসু কয়া লৈখ্রি। মীতৈগী শাগৈদা "পিবা" হায়দুনা য়েলহৌতৈদগী লৈ-রকপনা ওসি কাওবা লৈরি, পিবানা শাগৈগী নিংথৌনি পিবা-দগী 'পিবারেল' হায়রবদি নিংথৌরেলমুসু থংনখি। মচিনতৈগী পিবা হাপখিবগী পরিং অসি ওসিসু কায়বা লৈত্রি, পিবাগী থুংতা মীতৈ শাগৈগী যুমতাবা, যুমথাইবা পুয়া লৈরী।

অপীবা য়াহোল :—

*হৌজিক্কী মতমদা পাখ·বগী খারা, নিংথৌ মচা কায়বা কাং-লুপ অমা ( তাং·ঙাম্না (লৈকনবগুম্না) কাংবু অমত্তু থেংনরী, য়াকম অসিদি মচিনচৈঙদা লৈরমগে, মতম মতমগী মতুং ইন্না পাল্লিবা নিং-থৌগী শাগৈবু মীয়াম্না ইকাইখুম্নবগী য়াকমনি। মীতৈগী শালাই (শাগৈ) ভরেৎ অসি অদিবা নিংথৌশিংগী শাগৈ ঙাক্তনি, অপুনবা মিৎয়েংদা নিংথৌ মচা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা — ১। মঙাং নিংথৌ. ২। লুয়াং নিংথৌ. ৩। খুমন নিংথৌ. ৪। অঙোম নিংথৌ. ৫। মোইরাং নিংথৌ. ৬। খা·ঙানবনা পানখিবা মতমত্তু কয়ানি। ৭। শালাই লৈশাংথেমগীনা চেংলৈ নিংথৌ অমত্তা থক্কা কয়া হৌরি। মচিনচৈঙগী য়াকমদা পিবা, পিবারেল, নিংথৌ নিং·থৌরেল, কায়নয়বদগী — নিংথেম, মহারাজ কায়বনচিংবা অসিদি — পুঃ ১১২৯ গী মতুং চথরকপা মিংকৌ খাগৌনি হায়না থেংলৈ। লোইননা মীওজ পুগী পুপাগী মিংগী অয়োইবদা, দেখী; সিংহ হায়না খাগ্লম্ব চৎনরকখি হায়না থেংলৈ।

মখেং লৌখিবা :—


১। *Kulachandra — Pre-History of Meetei Leipak*. p. 10 48 49. (1972).

২। *Tomba, A. — Yek Shalai*. p 7-9. (1970).

৩। *Bhokeshwor — A Socio Cultural History of Manipur*. p. 50 (1972).

৪। *Wakoklol*. p. 96. (*Puya*).

৫। *Nityai, O. — Nongkharang Parei Hanba*. (1968). *

# চীং অমস্ুং তম।

চীং তম অনিনা হৌরকপৈগী য়াকমদা, "কংলৈপাক" হায়বা মিং অসি লম অসিগী মীওইশিংনা থংনরে হায়বা য়াই। কংলৈপাক (মনিপুর) অসি সমুদ্র লৈমায়দগী ফুট ২,৬০০ অসিদগী হেন্না ৱাংখৎপা লমনি, চীংনা মসিদগী অমুক্তা ৱাংখৎলি। পুৱারী য়াথুন্দা তম্পাক লন্না লাইজ ঈকোম অমগুম ঈশিং থুমলিবৈদা চীংগী মকম থম্দা হান্না ঈশিং কংদুনা লৈরে। য়াকম অসি অনৌবা বিজ্ঞানিকশিংগী য়াথনগমতু হেন্না চুশিন্নবা য়াকনি, মরুদি তমেংলোং লম্বী [রোড] ককপদা কৌত্রুগী চীং ফুট ৬,০০০ লোম য়াংবা মকমদা কংথিবা ফোসিল (Fossil) অদুদগীসু থুবক কংই। ফোসিল অসি সমুদ্রগী ঈরোনদুংদা কংবা কন্তল (cuttle, a marine fish) কায়বা অদুনি। ডাক্তর হোরানা — কৌত্রুগী ফোসিল অদুবু মহৈগী চপ চাবা চাংয়েং লৌরবা মতুংদা (সাইন্তিফিক এক্সপরিমেন্ত তৌরবা মতুংদা) পুখোক্লি — চহি লাখ চামরিয়োম শুরবা শরুনি হায়না। অদুবা চহি মিলিয়ন নিফু শুরবা সমুদ্রগী ডানা চীংথক্তা শরু কুমদুনা লৈরমলিবা অসিনা তাকই, চহি লাখ চামরিয়োমগী মমাংদা লৈপাক অসি ঈশিং থুন্নমই (ঈরোমুংদা লৈরমই)। মতমগী মাওন্না চীংনা হান্না ঈশিং কংথরে, অসিবু পূয়ানা হান্না শেংবা লোইরে, লোইবী চীং; কৌরে, হান্না কংদুনা লৈরে, 'কংলৈ' হায়না কোলোইখি।

হায়রিবা চক অসিবু পুয়ানা শৈশথ'রী — অরা'বা কৌক্র নগুপ্পা লৈবা লাই খুন্দা অহানবা, নোংথৈ মণ্ডি লিংবা, চরিক নপান থাবা, অসিনচিংবা।

ভম্পাক লম অসি লাইজ ঈকোগ অমগুম লৈরিবৈদে: চৌংদা মীওইবা কাংলূপ অসিগী পুকোক খরদি মরু ছুনরে। রারোল অসি অহৈ অশিংগী খুদমশিংগা, মীতৈ পুয়ানা পিবা মিৎয়েংগা হেক্না চান্নবা মওং অমনি তায়ৎসি নিংশিংজরি। পৃথিবীগী মপুংদা খাইদগী লিরবা লৈপাকশিংগী মপুংদা কংলৈপাক "ইম্ফাল' অসিসু অমনি হায়না অকনবা মিৎয়েং পিরী। মালেমগী থিগৎলোন থংবা মীওইশিংগী খুদম চাংদমদা অমুক্তা কুপশিন্না য়েংলবদি — মীতৈ "শাগৈ ভয়েৎ" অসি লিখবা মীওইশিংগী মপুংদা মশিং চন্নবনি। পুয়ান: হায়রী — মী তারবা অসিদি কাইনথ'দা পোক-লকপনি, মী পোকত্রিরৈদা তাইবং মালেম অসি ঙা অমদি শানা অহানবনি, শথং মথং ওইনা মী ওইরকপি তায়না খুদম লিরী। মতাং অসিবু ভয়ুনা মিক্সা ফাওইনা কুমদনা, মী মরাম ওইনা শাইওনবা হায়না শিংথারী।

---

অশবা রারোল :—

* অহানবা মালেমগী শকথদি মৈ মতুম অমা ওইরমই, অশাবা মলিল কয়া অভিমাদা তহনা পাইখৎপি। অমুমা পাই-খৎপিবা মলিলগী মপৈনা মথৈখংদা ইংশিরকুনা লোংগী লৈতিল

ওইখি। লৈবাক্তা নোং অরেম্বা লৈতনা চুথরকখি, অদুবু তা-রক্লিবা নোং অদু শারবা মালেমগী লৈমায় হেক য়োৎপদা অমূক য়ম্না মনিল ওন্দুনা হেক্তা শাইথৎখি। মালেমগী লৈমায় অসি চহি লিশিং কয়া নোংদ চুথদুনা লৈখিবসু য়াওখি, মালেম লৈশা অসি ইংশিল্লকপা মতমদা মথক থংবা মালেমগী কুয়োম অসি অসুম অসুম কনশিল্লকখি। মৈশুম শারম্বা খুদিংমক লৈয়োল হল্লিম্না লৈখি, অসিগুম্বা অইং-অশাগী চাং হেক লাকপদা, লেপ তনা চুরব! নোংসু মতম নাইনা নোং চুবগী মওংসি ওইরকখি। মালেম লৈশা অসিনা ইংথরকপগী মচুংইম্না মথক থংবা কুয়োম (মপানগী শরুকশিং) অসি অসুম অসুম চপশিন্নরকই, মতম অদুদা লৈশা অসি মকম থবদা কুৎতুনা লৈখি। মকম থবদনা লৈমায়শিং অদু তোংথৎলকই [চিংথৎলকই] অদুবু তসি চীং হায়না থংনরী। অসুম্না মালেম লৈশা অসি মৈশুম শারবদগী নোংনা চাং নাইনা চুথখিবদগী ইংবনা চাংদম অমূক লৈখিদে, মতম অদুগী মালেমগী শক্তম অসি উন মতুম অমগুম উম্না থানা কুপতুনা চহি লিশিং কয়া অমুক লৈখি। অসিগুম্বা তেংবানবগী কাংওন্দগী ইথত থঙহৌদনা উন ময়াম অদু শোদোক্লকুনা অচৌবা ঈশিং ঈচাও অমসু থোকখি। মতম অদুদা কংকালগী মকম অয়াম্বা মতম কুইনা ঈশিং থুমদুনা লৈরমই, অসুম্না কয়া ওনক্ল-বগী তুংদা মালেম অসি থরাই পানবা [জিব] লৈবা হৌরকই, হায়বা কাখিবশিংগী খিগৎলোনগী চাংদম পিয়ী। অসিগুম্বা তাং-কক অসিবু মীতৈ পুয়ানা অচৎপগী কাংলুপ্তা ঈশিংগী তিন-কাং

অমম্বং ঙানা অতানবনি হায়দুনা ঙমুনা মিতমই হায়না তাংকব অমা লেপই. লোইননা মীশেমলোয়চিংবা য়ারী কয়া অমা পাব চাওনা লৈরে।

মী হায়বা অসিনা তাইবংপান্দা লৈত্রিহৈঙগী মমাংদা মালেম লৈশা অসি শুক্লা মম্নবা উমং ওইরমই। হায়রিবা উমং য়ামংনা থম্লবা মালেম অসি ঙক্লবা থোথোক্লা শিংথাবা ঙমখিদে। য়ুহারাবা থঙহৌদনা লৈপাক পুথখিবা, মৈগী চৌং পোকথায়বা, ইংবনা চাংদম লৈখিদবা, শাবনখিবনা থরাই পানবা [জিব] কয়া তুম্না শিখিবা শিহৌদবনা মখোয়গী চাদা নাওতা কয়া মথং শমথরকখি। মালেম লৈমায় অসি ভোঙান ভোংঙানবা শাইয়োনগী অহিংবা কয়া হৌরে, অসিগুম্বা তেংবানবগী কাংওম্না চহি লিশিং চা কয়া হৌ-রবগী তুংদা মালেম অসি অচৌং-অশা চাং নাইরকখি, ঈশিং অমম্বং কংকানগী শরুক অসি নিংথিনা থাইরকখি। মতম অসিগী বাকমদা লম অসিগী বারোল থরদং পনবা তাররদি তম্পাক লম অসি ঈশিংনা চোম্না লৈরী. ঙাক্রম চৌংজেংদা অথোইবা ঈশিং চেম্বরমই. বাকম অসি চহি লাখ চামরিয়োমগী মমাংগী বাকমনি হায়না অহৈ অশিং মীওই কয়াগী মিৎয়েং অমা পিরী। অসিগুম্ব' বারোলগী মতুং ইন্নদি মীহৈগী পুকোক থরদি চৌংদা লৈতা থুন্দাব হৌরকই হায়বসি চিংনরিংঙাই ওইদে। পৃথিবীগী মীওইব কাংপুম্না লাইকমনি, লাইনি হায়না থুক্নবরিবা অসি মাগী মাগী মপা মপু লাইওইবশিং অদুবুনি হায়রী। য়োজিক মীহৈ লৈপাক্ত লৈরিবা লাইকমশিং — লোংমাইজিং, কৌব্রু, থাংজিং, মর্জিং,

অসিনচিংবা লাইকমশিং অসি চীংদা লৈরিবা অসিনা অশেংবা খুবমনি হায়রী। তম্পাক লম অসিনা লৈতা খুন্দাবা য়ারকলবদা মীতৈগী শালাই (শাগৈ) তরেৎ অসি পোকখি. মীতৈগী শাগৈ তরেৎ অসিগী মমুংদগী থরদি চীংদা খুম্বাখি, চীংমী ওইখি। চীংমীস্তু মীতৈনি, মখোয়গী য়েক শালাই লৈরিবা অসিনা লেঙ-দবা খুদমনি. মখোয়গী লাইনিংস্তু "সনামহি" নিংবা "অপোকপা" নিংবা অসিনচিংবা কয়া লৈরী (য়াকম অসি কৌজিকদি থর খেমরে)।

মতেং লৌখিবা :—

১। য়াকোকলোন হিলেন (পুয়া) গী লিখুন।

২। মখৌ লাংপুম (পুয়া) গী লিখুন।

৩। অক্ষ শয়াংনচিংবা থিজিনবা মীওইশিংগী লৈনরোল কয়া.

হিরম অসিদা পূকনিং চংখিবা অহৈ অনিং মীওইশিং —

(ক) খৃঃ ১৮০৯ দা পোকখিবা ইংলণ্ডগী অকাওবা "দারবিন"।

(খ) খৃঃ ১৮৪৮ দা "লেফটনেন্ট ফ্লিন্ট" কৌবা বৃটিশ অফিসার মমনস্তু হিরম অসিদা লৈনখি।

(গ) খৃঃ ১৮৯২ দা হোলেণ্ড লৈপাকী অকাওবা বিজ্ঞানিক ডাঃ ইউজেন ডুবোইস-নস্তু হিরম অসি কুপা লৈনখি, মীওইবগী হৌ-রাকফমগী খুদম কয়া পিরী।



# য়েক অমস্থুং শাইরুপ তিন্নবা।

য়েক অমস্থুং শাইরুপ তিন্নবা হায়বসিগী মতাংদা শরদং নৈনবা খোইদোক্না মরু ওই। অকবা মচ, ফংনবা মগী ফুরুপ [মজাতিবু] সুংশিবা মরি থম্নবগী তঙাইফদবা পাম্বৈদি ঈগী পরিং অমা চুম্না থম্বা অসিনি। অসিগুম্বা পরিং অসি ঙাক্নবগীদমক মীওইবগী মচিনচৈদা লম অসিগী মীওই কয়ানা চেকশিন্নবা ৱারী ৱাতাই কম্না ইহুনা চায়োল শুরোলশিংদা লমজিং অমা পিরী। মদুদি য়েক অমস্থুং শাইরুপ তিন্নবা (ঈ তিন্নবা) মপেন লোন লৈনবগী অথিংবা অমা ঙসিস্থু লৈরী, অস্থুম্না লৈরিবা অসিগী হৌরককমগী ৱারীদি, ঈপুথৌ পাথংবনা মচা শুপা তরেৎ পোকখি। মদুদ —

মঙাঙ, লুৱাং; খুমন, অঙোম, মোইরাং, খা-ঙানবা, শালাই-লৈশাংখেম অসিনি। শালাইশিং অসিনা শাগৈ অমমম ওইখি, য়ায়কৈ খুদিংদা লৈতা খুন্দাবা লৌখি। অসিগুম্বা শাগৈশিংগী ফুংদা চৎনরগদবা থকশি, খাশি চৎনলোন কয়াবু শরারেল শিদ-মনা পাথংবদা তাকপিখি। ঈচাগী চ.দা নাওদাশিংনা লাইগী লিচৎপু ফিদম লৌদুনা চৎপা য়ারোই, ঈচাগী খায়দোকপ্রিবা শালাই তরেৎ অসিনা শাগৈ মশেল চারৌ মোরোনবা য়ারোই। চৎন পথাপ অসি ঙাক্কুবদি লাইরুপ মীরুপকস্থু য়েন্নবা ওই। পুন্সি সুংশাদে, শুথাং তরেৎ শুবদা শাগৈ মৎপা ওই। অসিন-চিংবা লাইনিংথৌগী য়াথংবু মীতৈ শাগৈ তরেৎনা চেকশিন্না

মুঁংদা (মনুংদা) য়েক্তুনা থম্মখি, কাউনখিদে. মীতৈশিংনা য়েক লৌনবা অসুকী মতিক কিনৈ।

শাইরুপ তিন্নবগী ৱাকমদা :—

মীতৈ চমু অমনা য়ুম্নাক অমদা ওংদুনা (ওন্দুনা) মচা অমা পোকলুরে. মথংদা অতোপ্পা য়ুম্নাক অমদা হাম্নগুম্মা মচা অমমু পোক্লে। অসুম্না মম্না অমগুনা শাগে অমমদা মচা পোকলুবা অসিবু পিতিম্লোন হায়না খংনব্রে। অসিগুম্বা ঈমাগী ঈগী মরি অমা কাওশিবা অসিবু ঈ অমদি লু তিনৈ হায়দুনা শাইরুপ [শা ঈ লুপ] তিন্নবা হায়না খংনব্রে। অসিগুম্বা ঈগী মরি থোক্ল-বা (নক্লবা) অসিবু শালাইগী মচা মগুনা লৌনদে।

২গুবা মতাং :— য়েক লৌনবগী অখিংবা চৎনপথাপ অসিনা মীয়ামদা করি কান্নবা পুরকপগে? অসিগুম্বা চৎনবীনা হায়নিং-ঙাই লৈতনা মীয়ামদা মাৱ পাকপগী মতৈ য়ালহনখি, ৱাকল অসিগী থোইনা খুদম চংদে, হৌখিবা ইতিহাসকী লাতম হাং-দোক্তুনা য়েংবদা মিৎয়েং অনিথক উবা ফংই। হৌখিবা মাংগী মিৎয়েংনা. ভুংগী মিৎয়েংসু মশানা খুদম (শাখি) তৌজরে। ভুংদা লাকদৌরিবা মীওই কয়াগীসু নহারোলশিংনা ঈগী পরিং অসি ঙাকথম থোকই হায়না পুয়ানা হায়রী।

ঈ মরিক অমা মাইক্রোসকোপ কৌবা অপিকপা পোৎ য়েংনবা থুৎলাই অদুনা য়েংলবদি ঈ মরিক অদুদা শিকপ্রবা কোই-রপ কোইবা পোৎ মশিং লাকঙমদনা য়াওবা উগনি। মথোয়

অদুবু বৈজ্ঞানিকশিংনা রেড অমসুং হোৱাইট ব্লড করপস্কল হায়না মমিং থোল্লি। অসিগুম্বা ঈদা য়াওবা পোৎ অসিবু হকলোন কৌবা পুয়াগী লিখুমদি — "য়েন্নপ" কৌই হায়না খুদম কয়া পিদুনা হায়রী। মীওইবগী হকচাংদা অনাবগী মহিক (জারম) নচিংবা অমা হেক চংলকপদা ঈদা য়াওরিবা য়েন্নপ (হোৱাইট ব্লড করপস্কল) শিং অদুনা থৌনা কবা লাম্মীগুম চোংথোক্লুনা লাম্থেংনৈ, লায়না অতৈ'প্পগী মহিকশিং অদুবু মাঙহল্লি (হাৎতোকই) অসিগুম্বা ঈদা য়াওবা মীওইবগী কায়রবা পোৎশক অসিবু মীওইবনা লমচৎ শাজৎ থিবা, য়েলহৌনবা চিঙ্গাক চাবা. শন্না হায়রবদা ভৌহৈদবা থবক ভৌবদগী হোৱাইট ব্লড করপস্কল (য়েন্নপ) অসিগী মপাঙ্গল শোংহনরকই। মতাং অসিদা অতোপ্পা লায়নাগী মহিকশিংনা ইয়াই লাইনা হকচাংদা চংবা ঙমই, লোইননা পুন্সি মাঙহল্লি। ঈনা থৱাই অমসুং পুন্সিনি, ঈবু ভশেংনা থম্মবগীদমক মীতৈনা য়েক লৌনহন্দে, ভঙাইহদনা চৎনবী অসি ঙাকই। শন্না হায়রবদা ঈগী পরিং অসি কায়বরদি (ভৌহৈদবা ভৌরবদি) হকচাংগী ময়োন ওইবা শরুকশিং ময়েং তারকই, মখিক ময়াই, মখোয়গী ভৌবঙম্বগী চাং হন্থরকই, পুন্সি পিবা ঙম্বগী মখৌ অদুসু হন্থরকই হায়রী।

—————

# মেরা হাওচোংবা [হৌচোংবা]।

[চৈংমৌগী মত্যাং]

হৌচোংবা হায়বসি লৈপাক অসিগী চহিগী ওইনা পাংথোকপা থৌরং শিংগী মধ্যদা য়াম্না মরু ওই হায়না হায়রী অসিনা উৎলি। চহি অমগী মধ্যদা চৈং তম অনিগী শকথং মায়থংনবা মুখিৎ অমনি, মীতৈ নিংথৌশিংনা হৌচোংবগী থৌরম অসিবু য়াম্না মওং তানা পাংথোকই। কুমহৈ অসিগী অহৌবমক্তদা চৈংগী লুচিংবা মীওই কয়া লাকই, তমগী কম্নাইবশিংনা তরাম্না ওকই। নিংথৌরেন্দা মাগী মাগী লৈজবা পোৎ কয়া, হায়বদি লৈরুম পোম্ন্দেম্নচিংবা অথন্নবা ফিরোল কয়া তম্মীশিংনা খুদোন ভৌই, চৈংমীশিংনস্ত পৈয়া অমসুং পজেংনা শাবা অথন্নবা পোৎ কয়া নিংথৌরেন্দা কৎলি। কংলৈগী নিংথৌরেম্না খুদিংমক্কী হৈনবা চিঞ্জাক পি, অসুম্না চাবা থকপা লোইরবা তুংদা মাগী মাগী হৈ-নবা জগোই মথল কয়া শাই। নিংথৌনা চৈংমী তম্মীশিংদা সনা খুজি; খামেন চৎপা কৈজোম্নচিংবা য়েঙ্খোকই, নিংথৌশিংনা হিরম অসিদা পুক্লিং চংথিবনা চৈংমী তম্মীগী হেম্না মম্না চেৎপা সুংশিনবা অমা পুরকখি।

খৃঃ ১৮৪, ইবেংবা নিংথৌগী মতমদা চৈং অমসুং তমগী মরি মথোং খিজিন্দুনা কংলা (সনা কোন্মুং) দা হাওমচা লোইশং লিংবা

হৌখি। অসিগুম্বা চীং তমগী মরি অমা লৈরকপা অসিদি অগুকী মতিক লিয়বা মতমদগীদি হায়না পুয়ানা শিংখারী। মচুদি খৃঃ মমাং চদি লিশিং চা কয়াদা তম্মীগী মমু'দগী চীংমী ওইখিবা কয়াস্থ য়াওগ্রি. হয়িচক (সত্যযুগ) হায়বা মতমগী বাক দা — লৈশাংখেম শাগৈদা পোকপা "মুংঙু, য়ুমথংবগা, লোকপা খেংগোইবগা, লমলেকশাং' কৌবগা তমদা পানখিরে। লমলেকশাং কৌবা মনাও অসিদি চী'দা থুম্মাখি. চীংমী ওইখি. মতম অসিদি শয়াং লৈশাংখেম্না য়াম্না থুৎকন পাঙ্গম্না পানবা তাংকক অমনি হায়না বারী বাখোং অসিনা উৎলি। খৃঃ ৪১১, নাওখম্বা নিংথৌগী মতমদা লৈপাক বাখোক অমা খোকখি হায়রী, মতাং অসিদা থাবা মরুপ অমদি তাংখুন ওইখি. থাবা মরুপ অমদি নোংচুপ পাংনা চৎত্রে হায়না খেংনৈ। বারী লিখুন অসিনা উৎলিবদি তম্মীগী মীওই কয়া অমা চীংমী ওইখি হায়বসি তশেংলে নৌনা চীংমীগী মীওই কয়া অমা তম্মী ওইখিবস্থ য়াওগ্রি খুদমশিং অসিনা চীংমীস্থ মীতৈ তম্মীনি। খুদম ওইনা মীতৈ লাই হরাউবা পনবা য়াই:— লাই হরাউবদা চীংমী বৌগী কিজেৎ শেৎপা (চীংমী শাবা) য়াওয়িবা অসিনা ময়েক শেংলবা খুদম অমস্থ ওইরবনি; য়েলহৌতৈদগী চীংগা তমগা মরি অসি লৈনরম্বদগী খুদম অসি থাদোক্তিবনি, লাই হরাউবনা মীতৈগী শেংলবা মনাৎকী মিংশেলনি। হরাউবগী মতাংদা মীতৈগী মনাৎ মশিন্দগী তোংতানবা কিজেৎ লৈতেং, লোন য়াম্না য়াৎশিন্নকপা অসিদি হরাউবগী মিথয়েংদা লাম্না লমজিংবা নত্তনা কয়িস্থ পিংথানিংতাই ওইদে।

*অশঙ্বা বারোল :—

মেরা কৌচোংবা, চীংনা তমদা লোইপোৎ কাবগী রাথন ভাকস্তু ওইদে, মরুওইনা থৌরম অসিনা চীংমী তম্মীগী শকথংনবা মরা চেৎপা অমা ওইরনবতনি। সমাজগী মনুংদা আউটর এনভাইরন্মেন্ট হায়বদি থৃৎশু খুৎলাইগী মতেং, ইনর এনভাইরন্মেন্ট হায়বদি চারো মৌরৌ, মিংগৌ খাগৌ, মুয়াল কৈথাম্দা খেন্নবনা অমনা অমদগী মাং খাবিবা, ভুং খোংথৌবা খর খেন্নবদি হৌন সানি। হাও মীতৈগী ইতিহাস অমত্তনি, খৃঃ ১৮০০ শুরকপদা ব্রিটীশ স্পাই শাস্ত্রদাসকী স্পাই ক্রাকট অচুনা চীং তম অনিগী অপুনবা শক্তমবু চেকথান্নবা হৌখি। ব্রিটীশকী মতমদস্তু মরি অসি লেম্না লাপথোক্লকনবগী মতাং লৈরম্রি, থর্ম খেনবা লৈরবনু চীং তমগী মতাংদা থাইদোক্লম্রিবা খুদিংমক হৌরককম তিন্নবনা মেক লৈনরিবনি। মচিনতৈগী মনাৎ (কলচর) অসিবু অপাকপা মিৎয়েং অমদা য়েংবা, থম্মগী হমনা য়েংনবা মিৎয়েং থাদোক্লবা, কাংলুপ থায়বগী অথুবা মিৎয়েং থাদোক্লবতদা খুন্নাই [সমাজ] ওইবা য়াগনি হায়না ইতিহাসনা খুদম কন্না পিরে।*

# চীং অমস্থং তম থাপতোক্লকপা।

খৃঃ ১৭১৯, ৱাকচিংগী ১৫ নি পানবা বুধবাকৈশ নুমিৎতা পামহৈবা নিংথৌনা রাধাক্ষি ধর্ম লৌখিবগী, চীংথং খোম্বা নিংথৌনা (খৃঃ ১৭৬৩) বৈষ্ণব ধর্মগা লৌশিনখিবগা লোইননা চীং তগী মরক্তা থাপতোক্লবগী চৈথেন অমম্ব থনখি কায়না কংলৈরোলগী মাপী ১ উৎলি। মচিনহৈৱা অতোম্বা কাংলুপ (জাতি) শিংবু চলা মায়বা থাক্তা (Secular Society) ওইনা লোইনা ভিয়রখা অচুম্ব ধর্মনা মরম ওইদুনা মিৎয়েং অমি তাম্মখি। খৃঃ ১৯১৩-৭৬ অসিগী মনুংদা চীংগী কাংলুপ কয়ানা মীতৈগা ধর্ম ভিন্নগে থায়বগী মতাংদা সনা কোম্বুংদা থাকৎখি হায়নস্থ থেংগৈ, কায়রিবা মতম অসিমকুদা চৎল-পথাপ অমা লৈরমই. অদুদি মীয়াম (প্রজা) দা অমাংবা, শোক্ল-পঙবা য়াদবা মীবু লুপ্পা মরিকুমরি শিকি অহৎ পুনাম্না পাই তরক পিবগা লেংলোকপগী হাকল অমম্ব চৎলমই। কায়রিবা চৎল-পথাপ অসি ভরতকী চীংগী অমল কয়াগী নিংবা কায়খি, অহুম্ম খৃষ্টান ধর্মনা চংলখি। চীংগী ইপা ইপাশিং অদু চাওবাক্লা নিংশিংবা য়াই — শাকাং (থাংজিংগী মনিং), মকৌ-তোনশেন, কোম, খুলমলোক, শোইরৌ, লেখা থুম অসিমসিংবনি। হৌজিক খৃষ্টান ধর্মনা মনিপুরদা পাক্লা খোমজিক্লকপনি চাওবাক্লা নিংশিংবা য়াই।

ইন্দিয়ান সেন্সস ওপরেসনগী ডাইরেক্টর জেনেরেলনা থোংবা রিপোর্টতা হায়রী। চহি ১০গী মথাংদা খৃষ্টয়ান ধর্ম অমি মনিপুরদা ১৯.৪০% লৈরকনি; খৃঃ ১৯৭৩, চহি অসিদা ২৬.৫৭ থুবে। হেনগৎলকইবা চাং অসি চামদা ৬.৫৬ নি। মনিপুরদা ধর্ম পূম্নমক চৎলে অমা অসিগী মমুংদা লোইনা হেনগৎলি, হেনগৎলিবা হায়বসি হিন্দু ধর্ম মঙাইরে হায়রী।

---

*Ref* :—

1. *Kangla p*, 14 (1970).
2. *Bahadur M*. — *Research Work on Manipur*. *p*. 25 (1973).
3. *Prajatantra. dt* 22 / 9 / 73.
4. *Tomba A* — *Yek Shalai. p* 7-9 (1970).
5. *Kulachandra* – *Pre History of Meetei Lelpak* — *p*. 10 *and other pages*. (1972).
6. পি তিক্রোন শাইরুক; শালাই সাকোক; লোংথোনবম অচৌবগী কংজবা।
7. আয়ঃ কেঁ মলাইদ—মনিপুর ইতিহাস, প্যাঃ ১১৯ (১৯৬৭)
8. মাধব থোকচোম; খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম — খুমং লিচুং শাহন, প্যাঃ ১৫ (১৯৭০)।

## (১) মীতৈনা হিন্দুদা।

খৃঃ ১৯৩৫ দা নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা কৌবা অমা লিংখৎলি। শ্রীযুৎ মহারাজ চুরাচান্দনা লুচিং বিহুনা বেজুল শিল-ভরাপুর, মলাং কীর্ত্তন চৎলি। পণ্ডিতরাজ অতোমবাপু শর্ম্ম বঙ্কবিহারী শর্ম্মনচিংবা কয়ানা ঐখোয় আর্য্যদা [Aryan] চং-লগে হায়না হিন্দুদা রেজিষ্টার তৌই। খৃঃ ১৯৩৪-৩৫, অসিদা মীতৈ থবনা উচ্চ শ্রেনী হিন্দুদা তিল্লগে রাকৎপদগী খৃ: ১৯৪১ গী মীকোক থীবদা হিন্দুগী মঙুং চনখি।

## (২) চীংমীনা খৃষ্টয়ান্দা।

খৃ: ১৯২০, অসিবাইগী মতাংদা খোংজোনথুন লিবা চনিংগী চীংমীশিংনা খৃষ্টয়ান লাইনিংদা চংখি হায়নমু খে·নৈ। খুন অসিগী অহলশিংনা হায়রী — লিরবা মীতৈগী মুন্নাক শাগৈগী মিং থুমনঃ জুরাংনচিংবমু লৈরী। খৃ: ১৮৯৫ গী মতাং অসিবাইদগী ওথ্রুল মায়কৈগী চীংমী মীওইশিংনা খৃষ্টয়ান লাইনিংদা চংবা হৌনররে হায়নমু খেংনৈ। চীংমীশিংনা মশাগী লাইনিং অমদি চৎনবী থাদোকখিবনা মরম ওইদুনা মশাগী চৎনবী, নৈহোরোলগী বার্থ বাতাই কয়া কাউথোক্লররে। চাংমীনা খৃষ্টয়াননি হায়খিবগুম মীতৈনা হিন্দুনি হায়রুবনা মরম ওইদুনা মশাগী হৌরককা মুখৎলগা মশাগী হিক্টেরী শেমদোকপা তাংকক অমদা থুংলয়ে থুমম ওইনা — খৃঃ ১৯৩৭ তা গুনামজাংনা ইবা "গুরু নিয়মর কৌবা লাইরিক অমনা লম অসিমু (কংলৈপাকপু) মনিপু

কৌই। চিত্রবহু নিংথৌনা মতম কুইনা লৈপাক ডাক্লমলগা মশু নিপা বক্রুবাহন্দা লৈপাক পিরমই। গন্ধর্বশিংগী থাক মমিংনা — (১) চিত্রকেতু, (২) শিথরপদা, (৩) চিত্রধবজ, (৪) চীত্রবীর্য্য, (৫) চিত্রসর্ব্ব অসিনচিংবনি হায়রী। অসিগুম্বা অশেম্না [ওইদবা] বারী কম্বাবু খুল্লকী মীয়ামদা লাইরিক হায়বশিংনা শক্লোক্লা তাইরি, অসিবু থিজিনবা রাৎপদগী ওইদ-ওইরবোই নিংবা মীওই থরনা বক্রুবাহনগী মচা মশুনি হায়বা থবস্থু ওসি কাওবা থোংনরি। খৃঃ ১৯৬৪ দা মুতুম জুংম্না কোংবা 'বীজয় পঞ্চালি' কৌবা লাইরিক অসিবুস্থু মতম অদুগী সরকারনা শকথ বিরমই। লাইরিক অসিদা ইশিরি — কংলৈপাক ইম্ফাল অসিবু অহানবদা শিবনগর কৌরমই, দেবীগী থ্বাং তাকমনি হায়দুনা মেথলে দেশ কৌরমই, অনন্তগী স্পর্শ মনিদগী মমিং লৌদুনা মনিপুর থোক্লশি অসিনচিংবা। মনিপুর, মিং অসি লাইয়াম্বা য়ানরে, কৌরে, মহারেবব নিংথৌ ওইমু হায়বদা ঐদি মক্লি ওইনি হায়দুনা য়াক্রে। লাইয়াম্না অনন্তবু নিংথৌ কম পিক্লোক্রে, অসিনচিংবা। অনন্তনা লাইরেম্বীগা লাইনিপাগা বিয়াং তাক্লংরে, পৌ চিংনরে, অসিনচিংবা। অদুম্না চথরকপা অশেংবা রারী অসিবু ওসিদি ফুলগী থাক্কা পুশিন্দুনা তমহনবা হৌদি। অদুম্ব ওইনমক মীতৈদি বক্রুবাহনগী মচা মশু নত্তে, মৈপুংবৌ পাখংবগী মচা মশুনি, করিগু ওকনিংঙাই ওইদবা বাকমনি, মীতৈগী ইতিহাস মতম থরমংগী মৈচেন মৈথক্লগী বাকমবনি।

কখপখা বারোল ঃ—

মহাভারতকী মনিপুর অদু কংলৈপাক ইম্ফাল অসিদি নত্তে, হায়বগী রাকমদা (ক) কা·জিয়া গোপাল এম, এ; [কিল] লেকচ· ররনা খৃঃ ১৯৭১ দা চপ চাবা খুদম পিদুনা লাপ্নি হায়না ককখি। [খ] ডাঃ এল, কুলাচন্দ্রনা খৃঃ ১৯৭২ দা নিংথিজবা প্রমান কয়া পিদুনা মহাভারতকী মনিপুর অদু ক·লৈপাক ইম্ফাল অসিদি নত্তে হায়না অমুকন্না ককখি। রাকম অসি মখাদগ্গী নৈনরি।

আর্য্য শি·গী হৌরকফম।

জম্মুগী কাওরবা সংস্কৃট পণ্ডিত শ্রীজে, সি শাস্ত্রিনা হায়রী — আর্য্যশিং অসিগী হৌরকফম অসি লাদাখ অমসুং তিবৎ [অরিবা লাইরিক্তা লাদাখক অমসুং ত্রিবিশতপ] অসিনি হায়রী। শ্রীশাস্ত্রীগী ছাপা চথরিবা লাইরিক "আর্যোংকা উদগামস্থান" হায়বা লাইরিক্তঃ হায়রী, মতুদি — সংস্কৃট অসি দোগ্রি মন্ত্রগা অরিবা দেবনাগরি ভাষা [লাইশিগী চিংদা লৈবা প্রকাশিংনা লোনবা লোন] অসিগী শে লোক্লবা মকংনি। আর্যশিংগী মীহৌরোলগী লোলদি দেবশিরী লোন অসিনি। দেবশিরী হায়বশিদগী দেবো· পিরী, দেবোপিরী হায়না মথং মথং থৈথরক্লনা হৌজিক জম্মু অমসুং হিমাচল প্রদেশতা ভাংনরিবা দোগ্রি শায়বসি লাকপনি

যুক্তে লৌখিবা ঃ—

১। বোকুল, জখেরবা — "রাওন" লাম ৩ (জানুয়ারী, ১৯৭১)

২। মোহেন, এল — "কংলা" লাঃ ১৪ [মার্চ, ১৯৭০]।

৩। '*Prajatantra*' 1st *p. dt.* 4/8/75 (25 *years p. p.*)

---

## লৈন্নুংগী লনকৈ (খনি), খুংশা হৈবা।

মীওইবনা শাগী পুন্সিগুম্না হৌরকপদগী লমচৎ মাইরকপা অসিদি চহি লিশিং ৩০ য়োম অসিদগী হৌরক্রে হায়রী। চহি লিশিং ৪ য়োম অসিদগী মী হায়র কাংলুপ অসিনা কোরী, পিথ্রাইনচিংবা থবখুং পোৎচাক (ধাতু) মথল কয়ানা খুৎত খুৎলাই শাবা হৌরে হায়রী। অসুম্না মীওইবগী চাওখৎ খোংথাংগী মচুং ইয়া লম অসিগী শিংথাবা য়াবদি খ্র ১৫৪; খুৎয়াই তোম্পোক নিংথৌগী মতাং অসিবু মীতৈ কংলৈরোম্না শিংথাম্নী। মতাং অসিদা মীতৈশিংনা লৈন্নুংগী পোৎচাক (ধাতু) য়োৎ, কোরী, সনা, লুপা অসিংনচিংবা পোৎলমবু মহি চেনহন্দুনা মথল মথেলগী পোৎ শাম্না হৌরে। খৃঃ ১৫৪ দা পুখোল্লবা পেরে (খনি) শিং —

১। ককচিং খুনৌ মমাং কোইজম কোজিন, শৌবোম, অরোং তাংতৌ, তুরুক ল্লোক, শোকপাউ লমুই, কমশোন য়েংতৌ পোকপী, উথুল, পুখাও তমু লোকচাও, কাজংখোং, খোংনাংপন, হৈয়াইলোক, লাইমতোন, অসিনচিংবদা তমুগী পেরে কংখি। ককচিংদা য়োৎকী পেরে (খনি) কংখি, শিবোংদা কোরী কংই,

চপাৎ, অমেংলোং লোখীদা মুংগী অম্ফারাইনচিংবা কংই, লকখোং লেহ্ চীংনম্ লোথঙৌ, লোৎতাং ফিরভং) নচিংবা কংখি। শরাং লখোং, ইথম, মহৌ, চলৌদা, শিখোং নিংঙেন লোকলৌ কোল অসিনচিংবদা থুমখোং কংই। লম্মাংলোংদা থুমখোং ১৫ রোমনগী থেরা কংই, কংলৈ ইয়েল, কোংবা থৈ-রাখী, কশোম অসিনচিং-বদা সনা কংখি। উখ্রুল চীংশাংদা সনা কোরৌনচি বা পোৎচাক (থাত) মখল থরা কংখি।

---

"খুৎশা থারোল :—

ঙসিদগী (১৯৭৫) চহি ১০০০ রোমগী নকয়াদা মীওইগী অহৈ অশিং কয়ানা পুথোক্রমলিবা খনিশিং অসি পোৎথোকী চাং অরেপা থঙ্ক্রবস্তু খ: ১৯৭৩ দা জিওলোজিকেল সর্ভে ওফ ইন্দিয়াগী অকুপ্পা 'থারোল অমনা পোৎথোকী চাং অসি চাওরাক্পা থংবা য়াথগী মওং পিরী। উখ্রুলমক্তদা শুমু টন লাখ ৪৬ লৈ, হুন্দুং খাংবাং (লোভা অমম্ব খাগোই এরিয়াদা) শুমু টন লাখ ১৮ লৈ। শুমু পুং হায়বসি সিমেন্ট, লোৎ অমসুং ইস্প্যাৎ কেবো, এলোই-রুচিংবা কেমিকেল অমসুং কয়টীলাইজর শাবদা য়াম্না মরু ওই।"

# ২শুবা পোৎথোক্কী চাং।

ইষ্ট ইন্দিয়া কোম্পানীদা গৌরশ্যাম্না জয়সিংহ মহারাজগী মায়কৈদগী পিগে হায়না য়ানখিবা চেয়োলগী মতুংইন্না—মীতৈনা বৃটিশ সরকারদা য়োৎ মন ৮,০০০, মন্দা লুপা ৪গী চাং ওইনা। মেক্রুক [Dammar] মন ১ ০০০ অমা, মন অমদা লুপা ১'৫০গী চাং ওইনা. য়াঙৌ থাও (উড ওয়েল) মন ১,০০০, মন অমদা লুপা ১'৫০ গী চাং ওইনা। খোয়রু (wax) মন ৫০০, মন অমদা লুপা ২০ গী চাং ওইনা। অগর মন ১০০, সের অমদা লুপা ৪ গী চাং ওইনা। লং মন ৫০০, মন অমদা লুপা ২০ গী চাং ওইনা। সনাগী শেল (মীতৈদা চৎনরিবা সনাগী শেল মরেক) শেল ৫০০, মীতৈগী শেল অমদা বৃটীশকী লুপা ১২ গী চাং যায়খিবগা. অসিন-চিংবা পোৎ মরম ১৬ কী লৈনা য়োনবগী চেয়োল ইনখি অমস্তুং লৌনখি। লোইননা অনিশুবা চেয়োনদস্থ মথং মথং লৈন-য়োমমী —

বৃটীশ ভুরুপ্পা থুংলবা থা অমগী মমুংদা গৌরশ্যাম্না পীগে হায়না য়ানখিবা পোৎ মশিং — (১) মূকা লং, মন ৩ (২) য়োৎ মন ৫০০ (৩) কোপাস [copas] মন ৫০০ (৪) মেক্রুক মন ৫০০ (৫) খোয়রু মন ২৫০ (৬) শামু ময়া মন ৫০ (৭) অগর মন ২০ (৮) লং [মচু মথল কয়াগী] মন ২৫০ (৯) মীতৈ ফনেক [ময়োলবা] কি ৫০০ (১০) মীতৈগী সনাগী শেল ১৫০ অসিনচিংবা।

*অশংবা বারোল :—

অসিগুম্বা চেরোলনা ভাকপদি কংলৈপাক (মনিপুর) অসি মতম থরদা ওইরবস্মু সনাগী শেল চৎনরমই, গোরশ্যামগা বৃটিশ সরকারগা ইমথিবা চেরোলগী মতুং ইন্না মীতৈগী সনাগী শেল ৬৫০ লৌথি। মীতৈগী শেমথাই চৎনবা হৌবদি খৃঃ ১১২২, লোইতোংবা নিংথৌগী মমাংদগী চৎনবা হৌরক্লে, চৎনবী শেলপাদি — শেল মথায় অনিন: শেল অমা (১) শেল মথায় ৫ না শেল য়াথৈ (৫০), শেল মথায় ৮ না শেল চামা (১০০)।*

( ২ ) খুৎশা হৈবা।

মনিপুর ষ্টেট মিউজিয়মদা (অরিবা পোৎ থমকমদা) মীতৈনা শাবা নোংমৈ (তোপ) কয়া লৈরিবা অসিনা হৌখ্রবা বারী কয়াবু তিংশিংহল্লি। মচিনচৈগী লম অসিগী মীওইশিংনা নোংমৈ (তোপ) কাওবা শাদুনা লান্দাবরকপা কয়াবু ভাকথোকখি। হৌখিবা মতমদা লম অসিগী খুৎ হৈবা মীওইশিংবু অরাংবা থাজা থমরমই। লৈপাক নিংথৌনা খুৎ হৈবা মীওইশিংবু মজিক চাবা মিংথোল পিখি ইকাইখুম্নরমই। মীতৈ মুপী, মুপা খুদিংমক মখুৎনা থবক শুবা হৈজবা মীওইদি চোপ্পরমই, লো উবা, মুন শাবদা, থোংথোক খুদিংদা খুৎনা চৎনরমই। অরিবা মতমগী বাকমদা থবক শুনবগী শেল পিদুনা মী নেকপা থোইবা চৎনরমদে. অমগী থবক্তা মমাম চংদুনা শুমিরবা বারমদি লম অসিগী চৎনরবীদি

খুদমশিং অসি ঙসিদু ইম্ফান্দগী থন্না লাপথোকপা লমশিংদা থন্না মথৈদি উবা ফংলি।

মীতৈনা ঙনলবা মতমদগী য়োৎনচিংবা মহি চেলহন্দুনা থাং. তা, নোংথৈ, খুৎশু খুৎলাই কয়া শাগ্রে। শিনকম অসিদা থৌদাং লৌখিবদি "অহৈবম (খুমন], থাংজম (লুয়াং)" অসিন-চিংবনি। মীতৈনা নোংথৈ শাগ্রিথৈদা তেন অসিদু মরু ওইনা শা-লানগী খুৎলাইনি, শিনকম অসিবু হৈশিংবা উৎখিবদি "তেনশুবম" হায়বা যুম্নাক শাগে অসিনি। মঙাং শালাইদগী লিকাপ্ন তেনকাপ্তা হৈশিংবা মীওইতনা "তেনশুবম" হায়বা যুম্নাকী মিংথোল ফংখি। খৃঃ ১৫৩২. থাগেম্বগী মপা ইবুঙোঙা মুংয়াম্বগী সনা হাঙ্কা চিনা [থাগি]গী অহৈ অশিং মীওই কয়া মীতৈ লৈপাক্তা লাকখি। মথোয়না মীতৈগী থাং তাগী মহৈ তমখি; চিনাগী নিংথৌ পিয়াঙ্গুনা মীতৈগী নিংথৌগা মাম্না মরি নম্নখি (১৫৭৬)। থাগী নিংথৌনা মাগী লৈপাক্তা লাকওম কাওমজ্রবা হিংচাবগী মচৎ চৎপা ময়দনা কৌবা অকনবা মুপা অমবু থায়ক-পিধু নক্রগা হাৎপিয় হায়না থারকখি; মীতৈ নিংথৌ মুংয়াম্বনা ঈপুথৌ পাখংবা খুম্বজবদগী ফংজবা থাং খৌবোম্বা, থংঙনবা তাগী মতেংনা য়য়দানাবু হাৎখি। থৌথোক অসিদা থাগী নিং-থৌনা পেল্লদুনা খুদোল পোৎনচিংবগা লোইননা থাগী লৈহাও থারমই. কংলাগী যেন তোংকয় মমাঙদা লোংথা অত্রি শাহুনা থারমই।

অথবা রায়োল :—

* (১) থাগী নিংথৌনা মীতৈ লৈপাক্কা মতম থরা লৈরমই, মীতৈগী হাকথেংনবা লানকমদা হৈ-শিংবা মওং মতৌবু চিনাগী লাম্লীশিংবু তমহনখি। চিনাগী মীওই থরদি মীতৈ লৈপাক্কা অদুগ লৈহৌরে, মখোয়না সেঙগ. চিরাংনচিংবা মকথদা খুন্তাখি। রাথি অসিনা থিৎয়েং অমা উহল্লি — খৃঃ ১৫৭৬ অসিগী মথাং-মগী মীতৈ কাংলুপ অসিনা চিনাদগী কাওবা থাং-তা হৈবা হেল্লমই। মতম অসিগী রাকমদা মীতৈ লৈপাক্কা নোংমৈ (তোপ) নচিংবা শামবগী থৌরাং কাওবা লোৎখ্রে, খুৎলাই শাকমদি শিংজমৈ মথা তোপ শাবম লৈকাই (হৌজিক্কা তোপ শাৎপম লৈকাই) হায়না খংনরী। কৈসামথোং তোপ লৈরক, অসিন-চিংবদা লানগী খুলাই শাখি। মীতৈনা তোপ শারগা কাংগ্লোংগী মপ্তেংনা লমহাং (লমজাও) তায়া চিংথুনা পুরমই, তোপ অদুবু খাঁদুনা চাংয়েং তৌখি। মকম অদুবু তসিস্থ তোপ চিংখা" হায়না খংনরী। অসিগুম্বা নোংমৈগী শিনকমদা হৈ-শিংলবা কয়াবু "নোংমৈ কাপ্পম" হায়না য়ুম্নাকী মিংথোল কংহনখি। তৌবা ঙমা মথৌনাগীদমক য়ুম্নাকী মিংথোল অসি কংখিবনি, মুনাৎ মশিন্ অমদি য়ুম্নাক্না লেংলবা খুদমনি।

মীতৈনা নোংমৈ শারবা মতুংদদি নোংমৈ মখোয়া শা-লানগী পাউ (শা-লাকপা, লান লাকপগী খুদম) লৈপাক মীয়ামদা খংহনবা

হৌখি। অসিগুম্বা নোংমৈ মখোন [signal] অমু শাগ্না তাইরক-রগীদবক লৈতোং অমগী মথক্তা নোংমৈ অচৌবা অমা থিন্দুনা থমখি, মকম অমুবু গুলিস্ত "নোংমৈ-পুঙ' হায়না খংলমী। মসিগী অপানবদদি পুঙতাও অমা থিন্দুনা থমখি মকম অমুবু "লামলাইপুঙ" হায়রখদগী লৌতিন্না খাই লাল-লাম্বু' হায়না খংনখি (খুঃ ১৫৪-২৬৩)। খুঃ শতাব্দী ১৩ হৌরকপা অসিদদি মীতৈশিংনা নোংমৈ, তোপ অমদি বনদীয়ার শিজিন্নবদা খুমাং চাওশিল্লে।

অশম্বা রায়োল :—

* (১) থাগেম্বগী মখা তারকপা নিংথৌশিংদি লানগী খুৎও খুৎলাই শাবদা পুকনিং চংবগী রায়ীদা তাংনা লৈরে। মরমদি, নিংথৌ মচাশিংগী মরক্তা নিংথৌ শেম্বা, খুবম যুম্বা হায়বা রাথল অমিনা মরম ওইদুনা নিংথৌশিংবু লানগী খুৎলাই মথল কয়া শাগদবা চিংনরে। অসিগুম্বা চিংনবা অমিনা মরম ওইদুনা খুৎ হৈবা মীওইশিংবু কা-কাদুনা ওৎলৈবা, থিবাকতু কিদা তিমনিংদবা [রম্বা] থাক্তা থম্দুনা খুৎ হৈবা মীওইশিংবু ইকাই খুম্নকল্লে, খুদম ওইনা —

খুঃ ১৮৭৭-৭৮ অসিগী মতমদা রাজা নিংথবদা থৌলোক অমা থৌকখি। মতুংদি মতম অমুগী শিংখাবা রাজা মীওই লমা চপপ্রান্দো কৌবা নিংথৌ মচা অমত্তু লৈরমই, মবাক মখুৎ অমা শিংখিদা হৈবা মীওইদি, মহাক্তা খুদোং কোংমৈ (রাইফল) অমমুং মম (কেজি) অচিংবা শিংথিন্না শাবা হৈ। মসা লানগী খুৎলাই

শাবতা নত্তনা মীতৈগী তা অমসুং খাংগী মহৈশু নিংখিন! হৈবা মীওইনি। মহাক্না মশাদা খাংনা য়ানবদা থাং চংহন্দবা ভমই হায়রৈ, মহাক্না মহৈ মশিংদা চংখোম্না হৈবা উবদা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মখা ইবেম্মা কুমুদিনিনা খুজিল থোৱাং তৌদুনা তুরেল অচৌবদা [লিলোংদা) তাবোং থাওদা নমদুনা হাৎখি। থৌথোকশিং অসিনা মরম ওইদুনা মীতৈ লৈপাক্তা মহৈ হৈবা মীওইশিংগী মমিং লোৎনখ্রে. মিংথোৌনা খজিক্কুং খঙপ্রবদি খরাই খাওখিগনা কিব-দগী করিগুম্বা হৈশিংবগী মওং অমতা উৎথোরকখিদ্রে। অসিগুম্বা কংলৈরোলগী বারীশিং অসিনা উৎলি. খৃঃ ১৯০৪ শুমদা বিহার প্রদেশতা [সাকচিদা) লৈবা যোৎ গুকপা মমিং চৎপগুম, মীতৈগী থাংজম, অহৈবমসু খরমহৈ ওইবা য়ারখনি. অদুমু শাংথনা ওইখিদ্রে।

অশংবা বারোল :—

* (৩) বৃটীশকী মতম (১৮৮১) কাওবা খুৎহৈবা মীওই পুম-মক খাওখিবদি লৈত্রি হায়না খুদম কংই। মরমদি মীতৈনা শাবা থাউটৈ অত্তানবা [পেত্রোমেন্ত্র লেম্পকুমবা) অমা জোনষ্টোন সাহেবতা শিজিন্নবা পিখি। মীতৈগী অসিগুমবা হৈগন-শিংগনবা মকম অত্তৈদা ভাংনা থোকপা হায়বদি বৃটীশনা কাম্নকপা যোৌ হৈনা কৎপগুম্বা, মীশিং য়ামক্রমন্তু বৃটিশ সরকারগী মায়োক্তা লানথিংনবা ওবা (বার ডিক্লার তৌবা ওয়া) মীতৈ চীংশুমগী থোনাদু বৃটিশ সরকারনা মুম্না খঙখি।

*মহারাজ চন্দ্রকীর্তিকী মতংখত্তু লোংহৈনচিংবা লাননী খুৎ-লাই শাকদা থোইনা পুকনিং চংখিবে, অদুম [illegible]

খুৎ শাগী থবক্তসি থরমথৈ পূকনিং চংখি। মীতৈ মচাশিংবু কাব পুরদা থাহুনা কাপের্ট শাবা. শাবল ভুবনচিংবা তমহল্লি। মখোয়না মহারাজগী খোংউপ, শাবলনচিংবা নিংখিনা শাই, মতম থরগী ভুংদা বর্ম্মনা হেজিল্লক্লুনা মীহৈনা শাউন শুবগী থবক তৌখিদে। খুঃ মমাংদগী মীতৈ লৈপাক্তা উনা শাবা খুরুম খোংউপ খুরাই কাবীনচিংবা শিজম্লগ্রে। মীতৈ লাম্মীশিংনা খোংউপ খুরাই কাবী খুবোম যাইনচিংবা শিজিন্নগ্রে, লৌমিশিংনা কালেন ভেংপাক্তা লৌ খোইবদা খুগ্রাংনচিংবা শিজিন্নৈ। শতাব্দী তরামাথোই শুবদা খোংউপ উপশিনবগী মতং অসি ইউরোপতগী হোল্লে হায়না থেংনৈ। থবা, নোংবান্না খোইরেন্তাক্তা কৈ কাবা মতাংদা চরোৎ ভুমথৌ মরক্তা চেন চোংবা খুদোং চানবগীদমক খোংউপ. খুবোম যাইনচিংবা শিজিন্নৈ। কোল-লিক শাবগী মতাং অসিদি খৃষ্ট পোকত্রিহৈগী মমাংদা লৈগ্রে. খুদম ওইনা সনালেখী, চাইগ্রানা সনাপুল অমস্তং পুল [লৈপাকী) পুক্লুনা ঊশিং পোকপগী বারী লৈরী। বারী অসি খৃষ্ট মমাংদা পোকখিবনি, মতম অসিদা কোল হৈবদা মখিং চৎখিবা "কোনহৈবম" শাগৈ হায়না মিংথোল পিখিবা শাগৈ অমত্তু লৈরী। শাগৈ অসি মতাং শালাইনি, খুৎ হৈবদা শিংথানবা কাংলুপকী মপুংদা অমনি. অথেংবা মতমদদি শিনকত থাদোক্লখিবনা অযাবা ওইব্রে।

---

মতেং লৌখিবা :—

১। রাজকুমার সনাহল—মনিপুর ইতিহাস. লাঃ ১১২-১৪১-১৬০, (১৯৪৭)।

২। মন্নলাল শর্মা —যৈত্রবাক, লাঃ ২৭ (১৯৬০)।

৩। ভোগেশ্বর সিংহ, ওইনাম — নিংথৌরোল লৈরেং, লাঃ ১৮৬ (১৯৬৭)।

৪। কুলচন্দ্র, এল — মালেমগী হৌকম, লা: ৪৮ (১৯৭১)।

৫। মনি সিংহ, হিজম — পুয়া মৈহৌবা, লাঃ ৫০ (১৯৬৭)।

৬। কংলা, লাঃ ২৭ (১৯৭০)।

৭। মুর্ছনা বীরাঙ্গন — মনিপুর আর্টকী বাবী শিংকুপ, লাঃ ২৭ (১৯৭৩)।

৮। চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ১ লোইরবা লা: ২৩৩।

৯। *Lalmani, A. — General Knowledge*, p. 45 (1968).

১০। *Tomba, A. — Yek Shalai*, [1970].

---

## শাম্নরোল (Sports)।

মীতৈগী লিয়বা নিংথৌশিংগী মপুংথা নিংথৌ কাংলা অহিংয় অমনি। নিংথৌ অমি খুন্থৌগী মপাং চহি লিশিং চা কয়াকা শারমি, নিংথৌগী ভালোইহি চেংলৈবম চপু লনলৈমাকা লৌকিনা ময়োনা লৌবৌক মতমগী মচানুপী লৈবা ভাবিৎধুমু 'ভালোই' এম। নিংথৌ অমিদা পাক্পা মকমদি "কাওখোং" কৌবা হৈকমদি,

নি'থৌ অসি শায়বা, চেন চোংবা অশুকী মতিক য়োকখৎশা পাখা মীওইনি হায়না কংলৈরোলগী রায়ীনা পল্লি। নিংথৌ অসিনা শগোল কাংজৈ, খোং কাংফৈ, মুন্নানচিংবা অসি পামজবা শিন-কম ওইখি, মতম অসি লৌউ শিংউবা, ইরম-খোংলমগী মরমদমু চাওখৎলি, খূদম ওইনা যাকলং তুরেল অসি নিংথৌ অসিনা তৌ-রম্বনি হায়না পল্লি। মতম অসিদা কাংজৈ কাংহু শাখদা মওং ত্তানা [নিংথিজনা] শ'থিবদগী "কা'হুজম' হায়বা মুমাক অসি ওইখি [কাংহুজম — মঙাঙ য়েক শালাই]।

---

অশঙ্বা রারোল :—

*(১) শগোল কাংজৈগী মতাং অসি খুষ্টগী মমাং চহি ১০০০ দগী তাদনা লৈরক্লে। রাকব অসি লাইশিংনা থাংজিং, মাজিংনা শগোল কাংজৈ শায়খিবগী রাকমদদি চহি মশিং পিথা ওথাপোৎ নত্তে। অমুকী মতিক নিরে হায়না পুয়ানা খূদম পিপ্পবনি, লোই-ননা করম্বা মীওইনা শায়খিবগে হায়বগী মতাংদা য়েংবা তায়গদি চহি মশিং অসি লিশিং অনিগী রাংমদা তারে, মহুদি — "খূম খুম নিংথৌগী নৌতা, মলিয়া-কথালচানা ঈংঙা কুমদম ঈংঙেল কুমথাই মতম লৌঙনা কুমচৎ শিঙথালোন, নুমিৎ থাশিং, চহি চৈচৎ থোনোক্লে। মহাক্না লৈমা তাপু পায়ক্লনা কোথৌবা পোক্লে। য়োয়ৌমগী মাগৈবু হাউলোকপম ওইখি হায়না থে'নৈ। মলিয়া-কথালচাগী অথোয়া নিং অমনা 'কোই কোই' মু কোই হায়না মুক্লং পুয়াবৌনা থামথী, মহাক্না চকপ্রম অহইবগী মথোয় চৈকাই

মুংওইবী (লৈমা তাম্নু) কৌবীগা কম্বাল তোংই, পুন্সিসি চহি ৩০০ লৈরমই। হায়ক্লিবা মতম অসি খৃঃ মমাং চহি ১৩৯৯ গী বাকন্নি হায়না পুয়া অমদি কংলৈরোপগী রারীনা উৎলি, মলিয়া কম্বালচাগী অপোকপদি কাঁংবা নিংথৌনি হায়না পল্লি. রারী অসিগী মতুংইন্নদি খৃঃ মমাং চহি লিশিং অনিদা শগোল কাংজৈ লৈরে হায়না পূয়ানা মিৎয়েং অমা পিরী।

---

(২) রারোল :— ইউরোপকী অফিসারশিংনা মীতৈদগী তমখিদুনা কালিকাতাদা শগোল কাংজৈ শাম্নখি (খৃঃ ১৮৬০)। ইউরোপকী মীওইশিংনা কাংজৈ অসি রুমাই ওইনা শাম্নবদা কাংজৈ মসিনা মহাল্লে। আকবর বাদশাহগী মতম, পার্শিয়ান কবি হাফিজনা লেংবা কবিতা, আকবরনা কাংজৈ অসি শাম্নখিবগী অয়েকপা লাই (ছবি) অমা য়াওবী মতুদা কবি অদুনা "শগোল তোংবা মকোক ওইবা লাও মযদান্দা লাও কাংদ্রুম য়েরো লাও" হায়না ইরমই হায়না Chamber's Encyclopaedia দা য়াওরী। Historical Record Commission গী Udaypur সেসন্দা ফিদাদা য়েকপা মল্লবা অয়েকপা লাই (ছবি) অমদসু আকবর বাদশাহনা কাংজৈ শাম্নবা অসি পুথোক্লুনা মেম্বরশিংদা উৎখি। আকবর বাদশাহগী মমাংদা বাদশাহ অতৈনা অমুক্তা শাম্নরমদবা অমসুং নৌনা লাকপা কুকৈ ওইবনা মসিদা মহাক্না থরাই য়াওখিবনা অমুক য়েক থোৎতুনা হোৎনখিবনি হায়রী। মহারানী ভিক্টোরিয়ানা পাল্লিজৈদা মচানুপা কিং এডবার্ডনা (Prince of Wales) ওইরমই।

মহারাজা ভারত্তা খোক্লকপদা (খৃঃ ১৮৭১ দা) মীতৈ শগোল কাংজৈ অসি কলিকাতাদা অমুক উৎখি। এশিয়া মহাদেশকী মকম অইদা শগোল কাংজৈ শায়রবস্থ মীতৈগী মশায়া অসিদি মথং মথং হৌরকপগী খুদম পরিং অমা কায়দনা লৈ। খৃঃ মমাং চহি লিশিং অনিগী অসিরাইদা নিংথৌ কাঁংবনা শগোল কাংজৈ শায়ব্রে। খৃঃ অহানবা চহিদা চীংলেন নোংব্রেন পাখংবা (নোংদা লাই পাখংবা) না শগোল কাংজৈ শায়খি। অসিগী অহানবদা থালিং মাস্তিং লাইশিংনা শায়খিবগী মতৌ. রায়ী লৌদুনা খৃষ্টগী মমাং শতাব্দী ৪গী অদুরাইদা থাবা লৈলেল থৈনা, উমং লাইগী খুবমদা শগোল কাংজৈ অমস্তুং কাংছ কৎপা, লাই হয়াউখিবা অসিন-চিংবগী রায়ীনা উৎলি — মীতৈদগী শগোল কাংজৈ হৌদোকখিবনি হায়বদা থোইনা চিংননিংঙাই লৈতে। মীতৈনা শগোলদা পাম-লম্বদি — "ইমা শিগনি থংলম্লবদি শগোল লৈরমগদবনু' হায়না পাউরৌ তৌনৈ। অস্থুম তৌনা কাংজৈ অসি য়াওগদবগী অঙাং ওইরিঙৈদগী শগোল তোংবা তম্বা কাংবু অস্তনা মমৈথংদা সগোল তোংবা লাম্মী শেমদুনা লানকমদা চোংথোরকখি অমস্তুং মাঁয় পাকখি। অরাশিংনা মীতৈগী শগোল লাম্মীবু কনকখি, চহি তরেৎ খুদোকপগী লানকমদা কাখিবা মীতৈ কাংবু অদুনা ওবা ওইহন্দুনা অরারোমদস্থ শগোল লাম্মী শেমগৎলি। মাইকল Embassy to Ava দা অরাগী মীতৈ শগোল লাম্মী অমা য়োকুনা উৎলি।

(৩) বারোল :— খৃঃ ৬৩৯ উরা কোম্বোবা নিংথৌগী মতমদা মীতৈগী শগোল তোংবা লাম্বী থরূদনা কদে নৈপাকপূ ওমই [জয় তোই]। খৃঃ ১৪৭০, ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদা মীতৈগী শগোল লাম্বী ১০০ থক্তুংনা ক্যাং খমপাৎকী লান-লূপ [তে,ঙ্গা,] চাইথাম্বুখি। লান ওমই। অসিনচিংবা লানকমদা কাম্বরতা নকুনা মথোয়না সুংঙাইরবা কুইক্ষস্থ তোই হিয়াংগী মতুংদা শগোল কাংজৈ শাৱৈ, শগোল কাংজৈ য়াওঙ্গবদি হিয়াং কুইক্ষগী মতোল লোমবা মাদে থায়বসি য়েনকোইজৈগী চৎনবীনি। মীতৈগী অচৌবা কুইক্ষ শগোল কাংজৈ (নেসনেল গেম) অসি মেরা থাদা শগোল কাংজৈ শাম্বা হৌই, পৃথিবীগী মফম অতৈদদি মীচং অংদা মী ৪/৪ না মীচং ওই. মী ৮ না শাম্বনি. হৌজিক্কি থর হোংহোক হোংজিন তৌরমবা য়াই। মীতৈগীদি মচিনতৈৱগী মীচং অমদা মী ৭/৭ না মীচং অমমম ওই, মী ১৪ না শাম্বনি. অঙ্গা মরু ওইবা অমনা মীতৈগীদি ৭/৭ না খুজিং ওই। খুদম ওইনা লা-লাই ভরেৎ, খুমিৎ চয়োল ভরেৎ, হৈরম ভরেৎ,-লৈরম ভরেৎ. অম্বা চৎনবিরা অসি মীতৈগী লেংলূবা হৈকৎ লৈকৎকী মওংনি হায়না অরিবা বংশী লিখুন কয়ানা উৎনি।

(৪) বারোল :— হৌজিক পোলো হায়রগা থংনরিবা শগোল কাংজৈ অসি কংলৈপাক (মনিপুর) দগী হৌরোকখিদুনা পৃথিবী অসি পিনখুনা থংনবে হায়বা খুদম লেপ্পে। "ইনসাইক্লোপেডিয়া ব্রিটানিকা" (Volume 14) গী লামায় ৮২১ তবক্ত হৈরি

"The English game of polo was introduced from Manipur where it forms a great national pastime.'[1]

খৃঃ ১৮৬৮, মনিপুরদা লৈবা বৃটিশ মাউণ্টেন আর্টিলরীগী অফিসারশিংনা মীতৈশিংদগী শগোল কাংজৈ শাম্বা তমখি। চহি অসিমক্তদা শাম্বদা হৈশিংলবা মীতৈ খরা পুদুনা কলিকাতাদা ম্যাচ অমা শাম্নহন্দুনা ময়ামদা য়েংহল্লি। মীতৈগী শগোল কাং-জৈ অসি উবদা পাম্লগনা ১০ শুবা রয়েল হুসার [10th Royel Hussar] বৃটিশ রেজিমেণ্টকী কাংবুনা শগোল কাংজৈ তমখি অমসুং মীতৈগা শিংনদুনা শাম্বা হৌখি। ইংলণ্ডদা মথং মথং ওইনা পোলো শাম্বা হৌদোকখি. মীতৈগী শগোল কাংজৈবু মীরৈপাক চাশিংনা "পোলো" হায়বা মমিং থোন্দুনা মথং মথং ওইনা পৃথিবীগী মীওইশিংনা শক খংখি। বৃটিশ অফিসারশিংনা নংলৈপাক ইম্ফাল অসি পোলোগী হৌকমনি হায়না খুদোনবী খল্লমই। মনিপুরগী পলিটিকেল এজেণ্ট স্যার জেমস জোনষ্টোন গাহেবনা ইবা "My experience in Manipur and Naga Hills'[2] কৌবা লাইরিক্তা ইরি,— "Between the Residency ground, the 'Sena Keithel' and the great road, was the famous polo ground, where the best play in the world might be seen'[2] হায়না ইরি।

Ref :—

1. *R. K. Sanahal — Physical Education of Manipur. p.* 48 (1970).

2. *Lalmani Singh, A. — General Knowledge. p.* 43 (1964).

3. *R. K Sanahal* — মনিপুর ইতিহাস, লা: ১৪-১৫ (১৯৭৯)।

4. *Khelchandra, N.* — মনিপুর সাহিত্যগী ইতিহাস,

5. *Yumjao W* — য়াথে অথোম্বা; লা: ৫২-৫৬ (১৯৬৫) [মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ] লোইননা ফিরম অসিদা নৈনবিখিবা পণ্ডিতশিং —

(ক) টি, খোকুল, প্রেসিডেন্ট হিষ্টরিকেল রিছার্চ কমিটি।

(খ) এম, চন্দ্রসিং; পণ্ডিত অচৌবা।

(গ) এন, অঙৌ (কাংজৈরোল, কাংবলোন, পুদিন-নচিংব লাইরিকশিংগী য়াথোল)।

———

# (১) মুপীগী থোদাং

কাত্রং তিন য়োকপা, তিন মছুমদগী লং মথল কয়া চিংব কি মচু শংবা অমিনচিংবা শিনকমদা মীতৈ মুপীনা চাওরবা থৌদাং অমা পুরকপা অসি এখোয়গী চাওখোকচনিংঙাইনি। অঙনব ঙতমদা খোইস্নাম, মুস্নাম হায়বা শাগৈনা নিংথৌ কি, নৈরুা পোল্দেন, শা-লাম্বা শিজিন্নবা কি মথল কয়া শাখি (খ্রাইলং হৈ-শিংবসু শিনকম অসিদা উৎখি)। মুরুা কিগী মথক্তা উন

নমদুনা খামেন চৎপা ফিনচিংবা ওইহনবদা খ্বাইদগী হৈ-শিংবা উৎখিবদি শোইচেপ, কমেং কায়বা কাংলুপ অসিসু অমনি। মী· তৈনা কারং তিনবু লৈমা তিন কায়ন্সু কোই, মতাং অসিগী রান্নী অমা চাওনা লৈখ্রে। লৈমা তিনবু সুপ্নীশিংনা মচাগুম্বা য়োকই, কি ।·পোনশাগী থবক্তা খুমাং চাওশিল্লকপসি মীতৈ কংলৈরোলগী মতুং ইন্না চহি লিশিং ২গী মমাংদগী তাংকক অমা লৈখ্রে। মীতৈ সুপ্নীশিংগী খুৎকী মহৈ অসি খৃঃ ১৫৪ অসিগী মতমদদি অগুকী মতিক অনানবা ফি মখল কয়া শাখ্রে হায়না কংলৈরোলগী রান্নীনা উৎলি;

---

(২) রারোল :— মীতৈনা শাবা মুকা ফি অসি লল্লোন-বশিংনা অতোপ্পা লৈপাক কয়াদা থাদোকখি। খাগী [চিনা] না মুকা ফি শাবা হৈত্রিহৈঙদা মীতৈনা মুকা ফি কান্না শাখি। কংলৈ-পাক ইম্ফাল অসি মুকা ফিগী থোকমনি, রাকম অসি মীতৈ পুরানা শিংথাবতা নত্তনা পৃথিবীগী অহৈ অশিং মীওই কয়ানসু মানরবা রাকমনি। খুদম ওইনা. সার জেমস জোনষ্টোন্না পিবা যোৎ, লোইননা সার জেমস বাটনা পিবা রারোলগী মতুং ইন্না খংবা ঙমই। মতুদি—ইম্ফালগী Political Agent ওইরমবা Sir James Johnstone. K. C. S. I. না Nineteenth Century. কোবা পত্রিকাদা চিনাদগী মীতৈনা মুকা শাবা তমখিবনি হায়না ইকুবদগী, Sir James Watt না Johnstone গী অরানবা যোৎ অচ্চ ককখি। মীতৈদগী চিনা কাংলুপ্পা মুকা শাবা তমখিবনি

হায়না. *Sir* James না — "Economic Products of India' কৌবা ক্যাওরবা লাইরিক অদু ইরগা খৃঃ ১৮৯৩ দা কোংখি। James Watt কী লাইরিক অদুগী Vol. VI. Part III গী চেনা ৫০ মুক্তি মীতৈগী মুকা শাবা, তিন য়োকপা, ফিগী মপাঙ্গল অমদি মওং মতৌ পূন্নমক করুনা ইরি অমসুং নৈনরি।

---

(৩) বারোল :— ফিগী মওং তাকপদা পায়রে খুদাগ ওই, শল্লে শরা শন হায়নৈ। পারবা ফিনি, কুপ্লবা লংনি হায়বসি পাউরো অসিনা কোংদোকই, মীতৈ লৈপাক অসিনা ভারতকী মমুংদগী খ্বাইদগী ফেন্না টসর শিল্ক থোকপা মকমনি। বাকম অসি মীতৈ পুরা অমদি বৃটিশ অফিসারশিংনা কায়বতা নত্তনা, সেন্ট্রেল শিল্ক বোর্ডকী রিছার্চ কোরডিনেটি গী চিয়ারমেন, টামিলনাডুগী এগ্রিকলচরেল ইউনিভর্সিটিগী ভাইস চান্সেল্লর, ডাঃ জি রঙ্গ স্বামিনস্ন বাকম অসি হায়খি (সেঃ ৬০ | ৯ | ৭৩ ইং)।

---

(৪) বারোল :— খৃঃ ৯৬৯, মীতৈগী নিংথৌ য়াংলৌ কৈকাম্বগী মতমদা কনেক কিবান্দা খোই লোনবা [কনেক মরেক নাইবা] গী থবক অসি য়াম্না চাওখৎখি। চাওরাকপা ফিগী মওংদি — ফিগে কনেক, কুমজিংবী অসিনচিংবা থরনা মুকা লংনা শাবনি। হিজম মরেক, মীতৈ কুম, লংয়াই, হাওরং অসিনচিংবা অসিনা অকুপ্পা লং মথল কয়ানা শাবনি। ফি ময়ায় অসি মচু থেমবা

ঙাক্তনি. ফিগোক. নাপু, অঙাংবা, অশংবা অসিনচিংবনি। মচু ময়াম অসি মুপীশিংনা শেমজবনি। উনা শিংনা, উগী মকুন-চিংবদগী লৌবা (ওইহনবা) মচু ঙাক্তনি. ঙল্লিতৈগী মতমদা কি শাবগী থবক অসি মীতৈ চীং তমগী মুপীশিংনা মশাগী শিনকম ওইনরমই। মীতৈ পুপী ১০০ গী মমুংদা ১০০ কি শাবা নিংথিনা ৈব। খৃ: ১৭৬৪ গী বৃটিশকা মোরাম্বা (গৌরশ্যাম) গা ইনথিবা দলোন ইভিকী চেয়োলগী মতুং ইমস্তু কংলৈপাক ইম্ফাল অসি নংগী শোশোক মরাং কায়রমই হায়বা তাকই।

*Ref* :—


1. *R. K. Sanahal — Manipur History*; *p.* 109 (1947),
2. *Nandalal Sharma*—মৈত্রবাক; *p.* 35-36-37 (1960)
3. চৈথারোল কুম্বাবা; লাঃ ২৭।
4. *Praja Tantra. dt*, 1/10/73.


হিরম অসিদা নৈনবিথিবা অথং অতৈশিং —

(ক) *T. Bokul*; (খ) *M. Chandra Singh*;

গ) *N. Angouba*; নচিংবা অহল-লমনশিংনী পাউতাক কয়া।



## ঈগী মরি (নিংথৌরোল)।

খৃঃ ১৪৬৭ তা ক্যাম্বা মশাগী চহি ২০ শুরকপদা মীতৈগী নিংথৌ ওই. নিংথৌ অসিনা নিংথি তুরেন্দা থোং শাজনা কবো ক্যাং থমপাৎ লান ভোই, লান ডুংই। অনৌবা লম কয়া লৌশিল্লি, ক'লৈপাক্কী লমথৈ তলেংনা থমই, চাহোং ডাহোংই। নিংথৌগী চেংকৈ কৌকৈ চেংম্ন পৌশিল্লি লৈপাক্কী অরাবা মতমদা চেং ফৌ য়েংস্থোক্তুনা মীয়ামগী অরাবা কোকহল্লি। মকম অদুবু ক্যাম্বগী মিং লৌদুনা "ক্যাম্বা কৈ" (ক্যামথৈ) হায়না লমগী মমিং থংনখি। নিংথৌ অসি অকে-অগৌ পামজবা মীওই অমত্তু ওই, লৈতেংগী পোৎ অনৌবা মওং কয়া পুথোকই, অদুবু ক্যাম্বালিকফাং (ক্যাম লিকাং) হায়না মমিং চৎলি। খৃঃ ১৪৭১ শুবদা পোং নিংথৌ খিথোম্বনা মুংগী কি য়াই (লাই ওইব) অমা সনাগী কাগোক্কা হাপ্লগা মীতৈ নিংথৌদা পিরকই. মসিবু পোং নিংথৌগী সনাগী কাগোক হায়না শিংথানৈ। লাই অসি লমাংদোংদা লাইশং শাজুনা থমখি, মতম অদুদা কি ললোলবা লাকপা হরিবিভাস্বর অমসুং বনমালী কৌবা বামোন অনিনা লাই অসিবু মথোয়গী মরোলদা "বিষ্ণু" কৌই হায়খি। মীতৈনদি লাইনিংথৌ হায়না কৌই, অরা-নদি 'কায়া' হায়না কৌই. থরগী ডুংদা ফুরা হায়রগা থংনখি। মতম অসিদা লাকখিবা মীতৈ বামোনশিংদি —

১। ভথেন্দগী সুভি নারায়না কাওকৈ চমু থোইমু পাম্ভনা. মাগী মৈদি ফুরাইলাৎপম [ফুরা শাজুনা লাই লাৎখিবদগী. ফুরা-লাই

লাংপম] ওইখি (২) তখেন্দগী মিশ্রিপিতাম্বর লাকই মানা ঙাক্রম হাওচনু হোঙবীবু তালোই ওইখি, মাগী ঈদি 'পিতম্বর চৈথাবা মমুম ওইখি, অসিনচিংবা ইতিহাসকী লামায় হাংদোক্লুনা করিগুম্বা ঈগী মরি অমা লৈখি হায়না উৎচবতনি ( চৌং ভম অমত্তনি )।

## নোংইন ফাবগী মতম [খৃঃ ১৫২২]।

নোংইন ফাবা, মশাগী চহি ১০ গুরক্তপদা নিংথৌ ওই। নিংথৌ অসিগী মতমদা থুংলবা থামোনশিংদি — অবাং হাওদগী মু থরুং মোইরেং, মাগী ঈদি হিদং মমুম থরুংবমনে। তালোই সুপীদি খুরুখুন লোইতাং চনুনে। (২) মনিরাম কোবা অমা লাকই, মাগী ঈদি অরানবমদা চংথরে, তালোই সুপীদি হাওচোংপন চনু ঙোবীবু তালোই ওই অসিনচিংবা। নিংথৌ অসি চহি অমা পাল-লমই, মথং খৃঃ ১৫২৩ দা কবোম্বনা নিংথৌ ওই। তখেল লাম্বেংবৈ লান ঙমই, শমজোকস্থু ঙমই। মতাং অসিদা তখেল-খোং তৌই, তেখাও-স্থু শাই, তেখাও লম্বীনচিংবা শেমগৎখি।

---

## চলাম্বা (খৃঃ ১৫৪৪)।

কবোম্বগী মথংদা তাংজাম্বমা নিংথৌ ওই (খৃঃ ১৫৪১) চহি অহুম পাল্লমই। মথংদা চলাম্বনা চহি ৩২ দা কমবাল কাই, নিংথৌ অসিগী সনা হাকুক্তা লাকখিবশিংদি — গৌরদেশ্বুতগী,

গোবিন্দগিরীনা পন চম্মুবু তাশোই ওই, মাগী মৈদি হৰবা চন্দ্র শ্যাম মমুশ্নে। (২) কানপুরদগী কৃষ্ণ চরন তেৱারী লাকই, মাগী মৈদি খুরাই তাবা কনৌজি মমুশ্নে, অসিনচিংবা।

---

## মুংয়াম্বগী মতম [খৃঃ ১৫৬৭]।

মুংয়াম্বা মশাগী চহি ১৫ শুবদা নিংথৌ ওই, নিংথৌ অসিগী মতমদা খুৎ-শাগী মহৈ চাওখৎলি। চেংকৈ কোকৈ চোম্না পৈ-শিন্লি, লৈপাকী অৱাবা মতমদা অচা অথক য়েন্দুনা পুংতাইহন্লি। নিংথৌগী পুকৈ ওইরমবা মকমবু "মুংশাংকৈ" হায়না শিংথানৈ। নিংথৌ অসিগী মতমদা পল্লি অমা থোক্লি, অদুবু 'খাগেমবা পল্লি" হায়না খংনরি। কবোশা লাম্হৈংনবদা নোংখৈ য়াম্না থোক্লকই, মতম অসিদা পানবা কবোগী নিংথৌদি বায়িন্নাউঙ [Bayinnaung কোইং (খৃ: ১৫৫১-৮১)। মতম অসিদা নোংখৈ অচৌবা থিম্না পুং অমা থোক্লি, অদুবু নোংখৈপুং হায়না খংনখি। খাগী (চিনা) গী নিংথৌ পিয়াঙ্গুগা মীতৈগী নিংথৌগা মহৈ মশিংদা য়াম্না তেংবাংনখি। সনা হাকুক অসিদা লাকখিবশিংদি — গৌরদেশতগী কৈল্যামবরনা মহাকী লোইনবী (তাশোই) য়াওরকই, মানা রঘুনাথ, শ্রীনাথ কোম্না মচা অনি পোকই। রঘুনাথনা নিঙোল লায়রিশিনে, মখো চমু পোম্নসিনে, সাইথোব চমু চিম্ভিনে, ৩ মকং ভাশোই ওই, রঘুনাথ কোবগা গোনোক থেঙ্গাগা মরূপ শাবৈ

---

## খাগেম্বগী মতম [খৃঃ ১৫৯৬] ১সুং ঈগী যরি।

মুংযাম্বা নিংথৌনা চাংবোম্বীগা, খোকচোম চম্নুগা অনিম্বু তানোই ওই। চাংবোম্বীনা খাগেম্বা, খুরাইলাকপা চিংশোমবা (লৈশালাম্বা) অমম্তুং শানোংবগা থন্থম অসি পোকই। মমা ইবেম্মা চাংবোমবীনা শানোংববু থাইদগী হেন্না চান্নি, খোকচোম চম্নুনা খোমবা পুক্লবা পোকই। নোংমদি ময়ামবা যাইবা খুরাই লাকপা চিংশোম্বা (লৈশালাম্বা) না মনাও অতোম্বা শানোংবগী হি বাইদুনা লৈশাংথোংদা হিরাং তারে। হি তানবদা হি খেংনদুনা হি কায়রে, ময়ামবনা ইকাইদুনা হি যারববু শিংথিগে হায়না খেম-জিন্নি। মমা চাংবোম্বীনা ইনশিনবদগী শানোংবনা যাগী হি অচু-মক পিবু হায়না নিংজাই তৌখি। ময়ামবনা হি মথুং খে তৈবীগে, হিবান্দা সনা থুম্বিগে হায়রকা ওবদা যারে, নিংথৌ নাক যৌনরে। নিংথৌনা পেনবদসু যারে, মরৌ চাওই মপুক কত্তে হায়দুনা শানোংবদু তাম্থোক্রে, মমা চাংবোমবীগা, খোয়াইশম তাংখোমবা, ওইনাম পুকচাও, খোকচোম অমুবা অমম্তুং শানোংবা মখোয় মতা ময়াং লৈপাক্তা চেনখ্রে। ময়াং নিংথৌ (সপত্রাম) দা ময়ামবা খাগেমবগী মথক্তা লান্থাবিয়ু হায়না থাকহল্লে। ময়াং লৈপাক্কী অথৌবা যাথাংরেক, থীমবোম অনিনা লুচিংদুনা ময়াং লান্মীশিংনা মীতৈ লৈপাক্তা লান্থারক্লে। শানোংবগী অনেকপা মুসলমানশিংনা নোংমগী লমদী যাংথানা হেনগৎবিদুনা শানোংবনা চৌংথক্তা লৈকি-চৈবা, মুসলমান ল্যামীশিংদি তম্পাক তারে। অদু তৈনবা লানথং

উবদা শানোংবগী পুক্লিংদা চিংনবা পোকখি, মরমদি লৈপাক অমদা লাম তাববু থৌবু য়াওদনা [শানোংবগী থৌশিন ঙাম্নদনা] থুং-ং কপা মখোয়না মাং থানা মরমাইগী লাম্হৌ শিনখিবদা শানোংবনা য়াম্না চিংনখি। শানোংবঃ কাছার লাম্মীশিংগা চৌংথক্তা লাক্লা-ছুনা লৈরী, মীতৈ লেপাক্তা লাম্দারকপা মুসলমানশিংনা অনিংবা পোরম অমদা লাম্হোং শিনখিবসি কুপ্না য়েংখি।

তোবুল অমদি য়াজোই খোঙবানগী লানকম অসি থোইদোক্লা অরুবা লানকম ওইবনা থাগেমবা নিংথৌস্থ লানকমদা লেংথোক্লে। লানকম অসিগী নিংথৌগী থৌগল্লোইদি মীতৈগী অথৌবা মুয়াম কিয়াদবা, হাওবম অরোই, এলাংবম খুড়ম অংসুং পদা কোইরেং অথৌবা মখোয় মখিনা লাম্হোং শিনহল্লি। লানকম অসি হাক-থেংনবা লানওংদা থোইদোক্লা কল্লি হায়না য়ারী অসিনা উৎলি। লানকম অসিগী শিজিন্নখিবা খুৎলাই অমসুং লাম্মীশিংদি শগোল তোংবা অথম্নবা লাম্মী ১৮০ গা লোইননা থোং লাল্মীশিং, খুৎলাইগী মতাংদা থোয়োক মীপোৎ ১০০ দৈ থাজুনা হাকখি মায়মোক্লহনখি। নোংদৈ, থাং. তা. অয়াথাইনচিংবা। লানকম অসিগী শিখিবা মীশিংদি ময়াংগী লাম্মী ১৫ থক সনা খুৎপু শগোল তোংব লাম্মীনা হাৎখি, অতৈদি চংনা কাবনি।

মীতৈ লৈপাকপু খুজুম চনবা ঙমক্লবদা. ময়াং নিংথৌগী মপুব পোম্নবা হায়জুনা ময়াং লাম্মীশিংনা চৌংঙাংলেনগী অয়াংথংবদা তাব নিংথৌগী মনাই মথলগা কাউরেল শনয়াথমবু থোমজুনা পুরে পাউ অসি তাম্নবদা মীতৈগী অথৌবা মুয়াম কিয়াবা, অরোই

নচিংবা লানচিংলেন ৪ না লুচিংদুনা লাংজিং চৌংখোংদা ময়াং লাম্মীশিংবু থংলমই। মীতৈনা মায় পাক্লবদা থৌরি লিশাংমা ময়াং লানমীশিংবু পুন্দুনা সনা কোম্বুং তাম্মা চিংদুনা পুরকই, মরম অসিদগী ময়াং লানমীগ মীতৈ লানমীগ লানচিংবৈ হায়দুনা ময়াং লানচিং (ময়াংলাংজিং) কায়না থংনখি। খাগেম্বা নিংথৌনা লান ঙমদুনা ময়াং (কাছার) লানমী ২০০ লানকা ওইহল্লি, লানকয় অসিগী লোক্লকপা থুংলু থুংলাইদি শায়ু ৩০, নোংমৈ ১০০ অসিনচি মনি। লানকাশিংগী মপুংদা বাঙ্গলা ভষা ভাংই হায়দুনা মীতৈনা বাঙ্গাল কায়রগম্ব থংনৈ। মখোয়গী মপুংদা, মুসলমান ২০ নত্তনা অতৈদি বিষ্ণু লাংপা হিন্দু (খালিশা) গী মীওই ভাক্তনি। মখোয় মীতৈ লৈপাক্কা থুন্দাহনখি থরগী তুংদা মুসলমান অমম্তুং খালিশাশিংগা থংনরকপদগী নিংথৌনা মুসলমান-শিংদি লিলোংদা লৈহনখি। মুসলমানশিংনা মীতৈ লৈপাক্কা লাকখিবসি মতাং অসিনা অহানবনি। মীতৈ পাঙলশিংনা অহান-বদা থুন্দারবদি চোথে য়াংবীদনি, অমনা পাঙল-শিকাই হায়বা লম ময়াং ইম্ফাল লোমদম্ব লৈরী। মীতৈনা পাঙল হায়রগা থংনবা মীওই থুদিংমকসি মীতৈগা ঐগী মরিদা য়াম্না নকনরে হায়বসি কংলৈরোলগী বারীনা উৎলি, মহুদি খাগেম্বা মনা হাক্কা লাকখিবা মুসলমানশিংনা মীতৈ নিঙোল লৌবগা মীতৈ পাঙল-শিং অসি শম্লোকখি। নিংথৌ অসিগী মতবদা মীতৈ বামোনশিংম্বু য়াম্না খোল্লকখি। থুনম ওইনা কালিকাতাদগী শ্রীবাথনা য়াইং-খিলোক চম্বু পাম্মদুনা মাগী ঐদি শায়ু লাইলাৎপম ওইখি।

কলিকাতাদগী অজবন্দনা চরাংপাৎ তাইমজন চশু ৎোংবীবু তালোই ওই. মাগী মৈথি বিরু লাৎপমনে অসিনচিংবা।

*Ref:—*


1; *Kulachandra — Pre History of Meetei Leipak Part I; p.* 56 (1972).

2. *T. Bokul* —মনিপুরী মুসলিম কোবা লাইথিকী মরমনা, (1974).

3. *M. Chandra Singh* — মনিপুরী মুসলিমদ ( মীতৈ পাওল ) (1970).

4. *R, K Sanahal* — মনিপুর ইতিহাস; লাঃ ৪২-৪৩ (1947).

5. *R K Sanahal –Physical Education of Manipur, p* 68 (1970).

6. মুতুম ব্লোন — বিজয় পকালি, লাঃ ৬৭-৬৮।

7. ময়ুরজি সিংহ, সমাংথম— লমবিঙলোন, লা; ৪৯ (১৯৫৪)


যেথেৎনা বাংগেন ভোলাচৌ, লাইথিংঙনী মংতবা য়ারী য়াখাইবিনিং।

# পাইখোম্বা নিংথৌগী মতম [খৃঃ ১৬৬৬]।

খৃ: ১৬৫১ দা খুঞ্জাওবনা নিংথৌ ওই। নিংথৌ অসিগী মতমদা কবোগী মাংথা. লাংদে শমজোক লান্দাকই, মীতৈনা লান্ তমই। নিংথৌ অসি চহি ১১ পাল্লমই, খুঞ্জাওবনা নোংজাংবদা মনাও মুপা পাইখোম্বনা খৃঃ ১৬৬৬, তা নিংথৌ অমুক ওই। মহাক থক্তা চেক য়াম্না শই। খৃ: ১৬৮৩দা শমজোক লান্দারুই. খুৎশু খুৎলাই য়াম্না লোক্লকই। মতম অসি নৈপাক মরাতপা পাল্লি. চেং চাক তাংলবস্থ নিংথৌগী কো কৈদগী কো য়েন্থোকই। মতাং অসিগী লাকখিবা মীতৈ বাথোনশিংদি —

'গুজরাত্তুগী মুকুন্দ লাকই. মাগী ঈদি বাচস্পতি মদুম কৌথরে। নন্দগ্রামদগী মতিরাম ধোবী লাকই, মাগী ঈদি ব্রহ্মপুর তাবা অঙোম লাই লাংপা শুকময়ুমনে, অসিনচিংবা।

---

# চরাইরোংবগী মতম (খৃঃ ১৬৯৭)।

ইম্ফাল তুরেল অসি চরাইরোংব, নিংথৌনা শিংজমৈদগী লিলোং কাওব্য অনৌবা তুরেল থৈদোকই। থৈখিবা তুরেল অসি অমুক কাংখি, মতাং অসি মীতৈনা ঋবো লন্দারবা মচুকপা মগমনি। মকম অচু তেখাওগী লাম্নীশিংনা থোঙ্গি বাবদুনা হেখাও পাং কায়না থংনখি। খৃঃ ১৭০১ অসিদা তুসুকী চাংমীশিংনা নিংথৌগী মথক্তা

ইরাং অমা হৌরকখি, ইরাং অসি নমথনবগী দমক শুম্ন ইশেঙ্গা ওক্রসিং মেজরদা লান্মী লিশিং অমা পিদুনা থাখি। ইরাং অসিবু নেমথহনবা ওমস্ত্রে বায়না কোম্পুংদা পাউ লাক্লে, মতাং অসিদি নিংথৌনা ঈপুথৌ পাখংবু থৌনিদুনা ( পূজা তৌদুনা ) নৈরমই। পাখংবগী হৈকৎ-নৈকৎকী লোইগদবা পুংজা অসি কয়া রাৎলিবগে হংবদা মিৎকুপ ১৫ দা মঙাইরে বায়না তানমৈশংদগী পাউ লাকখি। অদুম ওইনমক পম্বা য়ারক্নবা মতাং ওইবনা নিংথৌ য়াওনা ইরাং অসি নমথখি, খ্বাইরমবন্দগী ইরাং রৌরক্লিবা মীওইশিংবু তাকয়েন রাংবা লায়া তাম্থোকখি। ভুম্নকী লুচিংবা মতাং অসিদা শিখি, ইরাং নেম্নবনদা নিংথৌনচিংবা লাল্মোইশিংস্ত কোম্পুং তায়া হল্লকপদা শগোলবনগী খোংনাং মখোংদা থৌগল্মোইশিংগা পোথা-রমই। থঙহৌদনা অথাক অরাউ তারক্লুনা খোংনাং অড ময়াইদা খায়থখি, মদুগী মনিম্না নিংথৌ সনা চকচাং শোককখি। মতা অসিদা মচা ইবুঙেঙা পামহৈবনা নিংথৌগী থজিন্দা তা না থৌগল তৌখি, নিংথৌনা, ঐগুম্না নওাকস্ত নচাগী থুতা শিব; ওইবু বায়না য়াথং পিখি। চরাইরোংবা নিংথৌনা থুপ্লমদাইদা মচা পামহৈবদা — ইপানা অরা লান তৌদুনা, মনেম শীতা চেকপা মথাও ওথীগী চম্বল থুম্নবা ওমলমহে, নংনা অরা লান্দাদুনা লম্বল থুম্ম, হায়না শিম্নরমই। নিংথৌ অসিগী সনা চাকতা থামোন কয়া লাকখি, য়ুম্নাক কয়া থুক্লিংদুনা মীতৈ ঈদা তিনখি। মদুগী চাওরাকপ বাবোন্দি — (১) ভবেন্দগী, লাইপুবা নিশিরাম্না অহোংকৈ চম্ব মাইপাকপীবু তানোই ওই; মান্মী ঈদি লাইপুবব কৌথরে।

(২) মথুরাদগী লাকপা বিৱলানা পাঙন চপু তায়া পায়হুনা খারাবা পোকয়ে, মাগী ঈদি হঙোইবমদা চংখয়ে। (৩) নদিয়াদগী, মিনোহরদাসনা সোপূ হাও চপু মাইতেকপী পায়হুনা মাগী ঈদি মনোহর মযুম কৌখয়ে, অসিনচিংবা।

---

# নিংথেম পামহৈবগী মতম।

খৃঃ ১৭০৯ দা মশাগী চহি ২০ শুবদা পামহৈবনা নিংথৌ ওই। খৃঃ ১৭২৪ দা মীতৈনা বর্ম্মাদা লান্দারুই, বর্ম্মাগী মরুওইবা মকম কয়া খুদুম চল্লি। লানকম অসিগী লুচিংবদি উশম কোইরেং অখোবা, কৈরুংব-নচিংবনি, মীতৈনা লানঙমহুনা কখোগী মুপী মুপা ফায়া পুরকই, মখোয়না লৈরখা মকমদি — কবো লৈকাই হায়না খংনরমই (হৌজিক ডি,এম, কলেজনা কোল্লিবা লম অসি কবো লৈকাই হায়না খংনরমই)। খৃঃ ১৭২৩ অসিদা তখেল অমম্লুং বর্ম্মা অনিমক্না মীতৈদা লান তাশিল্লকই, লৈপাক অনিমকী লাম্মীশিংখু মায়খিবা পিহুনা লান তকখোকখি। খৃঃ ১৭২৭ তা তখেল (ত্রিপুরা) দা মীতৈনা লান্তারুই, তখেল নিংথৌনা মীতৈ নিংথৌদা চংঙখি (চায়খি]। খৃঃ১৭৩৪ দদি মীতৈ নিংথৌনা তখেলগী লোইনম অয়াবা মীতৈগী মখা পোলহল্লি। নিংথৌ অসিগী মনা হাক্তা লাকখিবা মীতৈ বাখোনশিংদি —

(১) সুপ নন্দনা সলাম চসুবু তালোই ওই, মাগী ঈদি হঞবা ময়ুম ওইখি। (২] শান্তদাসকা লোইনরকপা মালোমদাসনা কৈথু (হাও) চসু হাওবী লৌতুসা মাগী ঈদি শঙ্কি ময়ুম ওইখি। (৩) রামদাসনা কবুই (হাও) চসুবী লৌতুনা শঙ্কি ময়ুম ওইখি। [৪) নখাকোন কোবনা মরিং (হাও) চসু কোনবী লৌতুনা মাগী ঈদি তিনখাকপম ময়ুম ওইখি। (৫) প্রেমানন্দনা, ফখেল চসু লৌতুনা মাগী ঈদি হঞবা ময়ুম ওইখি. অসিনচিংবা।

---

## লাইনিংগী মতাং।

লাইনিং লাইশোনগী মতাং অসি খৃঃ ১৭১৯ দগী ১৭৫২ রোম অদিদি কৈপাক মাপোক ওইখি। ইরাং অসিগী হৌরককমদি খৃঃ ১৭১৬, কাইরেলগী ১৩ নি পানবা থাংজ মুমিয়া লাংথবান কোনুংদা শান্তদাস (মন্নাং লমোইবা) খুংলখি। মহাক্না মীতৈ নিংথৌগী মচা ওইবনা লম অসিগী চৎনপোন নিংথিনা থংই. মরম অসিদগী মহাক্না রামানন্দি ধর্ম্ম (মন্নাং লাইনিং) অসি চৎহনবা তোঙনবদা খুদোং চাবা ফংখি। নিংথৌ অসিগী মতমদা কৈপাক মীয়ামগা নিংথৌগা লোনচৎ অসি থরমথৈ থেন্নথরে, মরমদি অনৌবা ধর্ম্ম লৌবতা নত্তনা মীতৈগী হৌরকফম মুথৎপা. লাইরিক কয়া কৈদা থাদি। রামানন্দি ধর্ম্ম লৌবরগীদমক মীয়ামবা অঙৎ অনৈ কয়া তৌখি. খুমম ওইনা মোইরাং লঙ্গবাল্লা কোবা মায়তৌ

(পণ্ডিৎ) অমসু খাখান্দি ধর্ম লৌদবগী দমক মণ্ডকা থৌরী হুক্তুনা হাৎনবগী থৌরাংখি, ললহান্বা শিখিদে চীংঙু খোংনাং থাবনা কনখি। নিংথৌনা তৌনিংবতা হিরম কয়াদা চৎথখি, সনা কোন্নুংদা অশেন্বা পুরান ইখি, শেমদোক্লবা লাইরিক কয়াবু শক্লাই- কন্মাং পুরান হায়নসু থংনরকখি। শান্তদাস লখোইবনা মীতৈগী মায়চৌশিংগী মহুৎ শিন্দুনা মীতৈগী মীহোলোন পুয়াশিংবু মহৈ- মকোক থংনহনখিদে। পোইরৈ মীতৈ পুন্নমক মা-মাগী য়েক শালাইবু গোত্রদা শেমদোকখি, মীতৈ কংলৈরোলগা চাম্নবা লাইরিক কয়া ইখি, মরু ওইনা নিংথৌগা লাইবক-শা তিন্নং- খিবনা মরম ওইদুনা শান্তদাসনা অনৌবা চৎন-পথাপ (আইন) কয়াসু শেমখিবগী খুদমসু কংলৈরোলগী মারীনা উৎলি।

শান্তদাস লখোইবা মরাম্না কাকমনখিদুনা মশা লাইথুং পকখি, নিংথৌগী সুংশিজরবা মচা শ্যামশাই অনা-খরাই লাইকয়খি। শান্তদাসনা লাইথুং লাইনা কোন্নবা রাম তারক মন্ত্র কয়ারক শোন্দুনা লাইকয়খি, অদুম ওইনহক লখোইবা হমা হমা মায় পাকখিদ্রে। পুন্নমক মহৈ য়ান্দ্রবদা লিন্না মথুন চংবদা চুবগুম শান্তদাস, অমদি নিংথৌসু য়াওনা চীংঙু খোংনাং থাবা (পণ্ডিৎ অথোইবগী) মকমদা মরম পুন্নমক হংজখি।

---

অহন্না হায়বিখি :—

হে মীতৈপাকচা লখোইবা। তাউ থক্তা হৌখিবা শজেল দ্যোৎ, লাইশিংঅহলশিংনা অক্সুমা তাংন-শোন্নরমগে। খোইদুম

শরী শিদবা মহাকপু হেনবা লাইদি লৈতত্রে, অহানবা লাই ঃ— য়াইবীরেল শিদবা য়াবা কোনখাং শাগী নমূ পোংথোক মথং লেংনা থেন্দম্লকপা, শিরেল উংলৈ সুংগী লাবা থিয়াং থোকনা লমচৌরকপা সনা মহিরেল শিদবঃ অহুম্না নিংন-শোম্নরমম্রে।

অমা হায়বা লাই মহাক্কী মিংথৈবি শিংথাড়ুগা লোইবা নাইদে, মী মহাক অড়ুনা পামজবা মিংথোম্না লাই মহাককি মিংথোম্নি মীতৈ পুয়ানা হায়রী "অমা খক্তা মরৈবা" মঙোন্দগী পুম্নমক চৌরকপা, লাই মহাক্কি "য়াইবিরেল শিদবা" অসুপা মিংথোইদ্রে; মহাক্কী মতিক ময়াইনা ( অমাং অতা লৈতবা থরাইনা ) মহাক্কী হকচাং ওইবনি তাইবংপান অসি কৈক্রিটৈগী মমাংদা লৈরম্লবা মহাক্কী চশাদগী শা ঙা, তাইবংমী পুম্নাকপু মথং নাইনা পোকলকপা। মহানী মতিক ময়াই (শক্তি) গী পোৎশরা লাংবন থাগী খোইমু খোঞ্জেনগুম "হুং" হায়না ঙংলগা তাশিল্লবা থিরেল মতুমদুংদগী সুপা থোক্না চোংথোক্লকপা, তাইবংপান অসি শেম্লকপদা মহাক্কী মিংথৈবি, সনা মহিরেল শিদবা, অসুম্না তাইবংচাশিংনা কৌজখি। চাঙ্ তাইব খাইবা সনা মহিরেল শিদবা হায়ন, ঙসি ফাওবা মীতৈনা নিংনরী ইবুঙো মহাক্কি মাম্না লাম্নি, নক্রুম্ন লৈ, মহাক্কী চে লৌ শক্তমদি অরেম্না লৈতে, পুক্লিং হুনা কজবা শককমসু মহাক্কীনি, মৈগী চৌফমনি, ঈশিংগী পোককমনি, মনিলগী চৌরককমনি, অহাংবগী তুংনকমনি, মচুগী তিনকমনি। অচৎ-চৎতো থরাইনি, মহাক্না লেংথোকখিবদা নোংমদোল খেৎনা রাংলবা উজাও উরেম্দো লেপ্না কংগনি। খাবা, শিদবা, মহাও পুম্নমক্কীম্

মহাক্না শেইহনবনি মহাকী মিংকেন্দ খিংথাদুনা লোইদে, লম-চক্তা লৈরে লম-মাবা, ভুমাবা, লৈরক শাথোবা. খোংবান লান-লুম্বা খোংজিন্দ লৈরে থোঙজারেল, তাইবং কয়াগী লৈরে সনা মচি চেয়বরেল অসিনচিংবনি। মহাক্না পুন্সিগী পাম্বৈনি, রাখনগী ভুংনকমনি, মহাকপু চেৎনা নিংবদা তাইবং কুম্মোব শাংগনি, মক্ত্রা নংই খিংক্কী ভরননি, মরম অসিনা লাইগী নিংথৌ শরারেম্মা ঈপাই অকল (ঈপা অরিবা) হায়না মিংকৌখি। অসিনচিংবা চীংঙ্ খোংনাং থাবগী কোলোই মপাউ তাবদা শাস্তদাসনা খো নাংথাবা, নিংথৌ অনিমক্কী মকমদা ঐনা লঙজগ্রে হায়জখি। ঙসিদগী থঙজরে, মীতৈগী খোইমুম লাইশোন অসিনা থাইদগী হেম্না রাংলম্রে, মীতৈ পোইরৈনা খাগোম্নরিবা লাইনিং অসিদি —

অদি অনাদি পুরুস ভগবান শ্রীবিষ্ণু অন্তর্জামিবুনি. মীতৈগী লাইনিং অসিদি. অস্তম্না চীংঙ্বা লাইগী ঙমখং ওইবা. মালেমদা মহাকবী মংকম লৈতবা অহলগী মকমদা কংবা য়াবা মরম পুন্ন-মক হংজদুনা শাস্তদাসকী লাইখুং কোকখি। নিংথৌগী মচা ইবুঙঙা শ্যামশাই তিনকোক লাইকোকখি. রামান্দি ধর্ম্মগী ইথিল্লা থুগাইপ্রবা সনামহিশী কোম্নু অমুক হন্না হৈখি। অহিং (হয়িং) খোংবান্দা ফুরা লাইমুম শাদুনা চীংঙ্ তাইবং থাম্নবা, সনা মহিদু অমুক হন্না শাৎখি।

(১) অশম্বা বারোল :—

হৌজিক মনিপুর রাইকলগী কোমপাউন্দা লৈরিবা ফুরা অসি পামহৈবনা সনামহি লাৎলমগী মকমনি। মতাং অসিগী রাকম্বা

উৎলি। গোষাই অমদি নিংথৌনা রামানন্দি ধর্ম্মবু কন্না লৌহন্নবা হোৎনরম্মা, খরমখৈ মতাং অসিদা কোমথোক্লে, মীতৈনা হান্নগী লাইনিং লিচৎনা মনুংগী ওইরগা রামানন্দি ধর্ম্ম অসিনা মপাঙ্গোংগী ওইনখি হায়না বারী অসিগী লিখুন্না উৎলি। খুদম ওইনা মীতৈনা হিন্দু ধর্ম্মদা তিন্নবস্তু মীতৈগী লাইনিং লাইশোনস্তু থাদোকপা লৈতে। ঙসি ফাওবদা মীতৈগী য়ুমথোং খুদিংদা লাইনিংথৌ সনামহিগী খুবম থমদুনা লাইনিং অসি চৎনরী, মীতৈনা য়েলহৌতৈঙদগী মনাৎ ঙসি ফাওবা চৎনা থাগোম্নবগী খুদমস্তু মীতৈগী চৎনবা মনাৎনা খুদমনি।

হৌজিক মীতৈ বামোন হায়না খংনবা মী কাংলুপ অসিনস্তু মখোয় মপাগী লাইনিং (গৌরগী লাইনিং) অমা লৈনা মীতৈগী লাইনিংথৌ সনামহিবু লাৎপা বামোন য়ুমথোং কয়ামরুম ঙসিস্তু থেংনরী। মসি শাস্ত্রদা সনা লাইথুং পক্কুনা শিবা ভারকলবদা মুখৎলুরবা সনামহি কোল্লু চিংবা লিংখৎকুনা লাৎপংচিংবা তৌখিবদগী লাইথু কোকখিরমই। মসিদগী বামোন্না সনামহি লাৎপা হৌখি, মীতৈগীদি য়েলহৌতৈঙদগী লাইনিংথৌগী খুবম য়াদুনা, মপাগী লাই লাৎপা অদুম চৎনরকই. মসিবু মীতৈনা মপাগী লাইনিংলিচৎ (ধর্ম্ম) থাদোকপগী খুদমনি। মীতৈনা রামানন্দি ধর্ম্ম অমস্তুং গৌরাঙ্গগী লাইনিং লৌরবস্তু মপাগী মনাৎপু ঙসি ফাওবা চেকশিন্না ভাক্লি. খুদম ওইনা — পোকপা মতমদা মীতৈগী ঈপান থাবা, অমুকতা পাংথোকই. অতোপপা ধর্ম্মগী ষষ্ঠি পূজা, সুংদাংগী মতমদা শোক্লি। মীতৈগী লুহোংবা বায়বা

অসিমু "বিবাহ" হায়না মমিং ওস্লোকই। লুহোংবগী থৌরমদা— পিবা (বর), নৈমা (কন্যা) গীদমক্তা য়াইফনবগী তৌরিবা হৈকৎ লেকৎকী মওং, ফিরুক মুংশাং থাবা, ঙা থাবা, অপোক অশা থাবা. কুজবা অসিনচিংবা মনাৎ মশিন পুন্নমক মীতৈগী মচিনচৈঙগী চৎনবীনি। গৌরাঙ্গদেবগী পোকফম গৌরদেশতা মীতৈগী অসি-গুম্বা মনাৎ মশিন অসি তৌদে। পুং, ঈশৈগী মরমদসু থৱদং পনবা য়াই — খৃ: ১৫৪ দা মীতৈ পুংয়েবা লৈরে. মতম অসি চৈতন্যদেব পোকত্রিচৈঙগী মমাং চহি ১৩৩১ গী রাকমনি। অশৈ খোংফাং লেপ্পা (হৌজিক্কী চৎনবীদা মুপা পালা) অসিবু অঙবা মতমদগী লৈগ্রে হায়বগী খুদম ফংই। খৃঃ ৭৮৪-৭৮৫ দা পানখিবা মীতৈগী নিংথৌরেল কৈরেনচানা থাগী নিংথৌগী কোমুংদা মীতৈ পুং য়েবা অমসুং জগোইগী অফাওবা মীওই কাংবু অমা থাখি; মীতৈগী অহৈ-অশিং কয়াগী পুং ঈশৈদা খুৎলোইবা উবদা থাগী নিংথৌরেন য়াম্না পেনখি. পুং ঈশৈ, জগোইগী অহৈবা মীওই-শিংনা কংলৈরোলগী (ইতিহাসকী) অফানবা মতমদা ফবো. থাগী, অমসুং থা নোংপোক এশিয়াগী লৈপাকশিংদা মীতৈগী মনাৎ (সংস্কৃতি) গী ফজবা কয়া উৎখি; খৃষ্টগী মমাং শতাব্দী ৪ গী অচুবাইদসু থাবা লৈরেল ইখনা মীতৈগী লাই হরাউববু মওং তানা চৎখি। অসিনচিংবা কংলৈরোলগী বারীনা উৎলি, মীতৈগী লাই হরাউবদা. লাইগী থৌরমশিংদা মচু তানা ফিডৌ শেৎপা, কোয়েৎ, খাংয়েৎ, লেংয়াম্নচিংবা শেৎ-ইন্দুনা লাইশক লাইশোন (সঙ্কীর্ত্তন) গী মতাংদা চৎথরিবা অসিনা. মীতৈনা রামান্দি ধর্ম্ম

অমসুং গৌরাঙ্গগী লাইনিং লৌচিৎলৈগী মখাংদা চৎনরবা মীতৈগী মনাৎ (আর্ট এণ্ড কলচর) চাকলি।

---

(১) অশংবা বাক্কোল :—

মীতৈগী কংলৈরোল, পুয়াগী চাওরাকপা বারোল. শক্তম কয়া পুখোকপিদুনা পণ্ডিতরাজ অতোমবাপু বিদ্যারত্ন, নচিংবা অকাওবা পণ্ডিতশিংনা হায়রী — বৌদ্ধিক কাওবা মীতৈনা তৌ-রিবা লাইশক লাইশোন (কীর্ত্তন) অসিদি মীতৈ জাতিনা অনাদি কান্দগীনা ইপানা, ইপুনা তৌরকপদগী কয়িগুম্বা অমত্তা হোংদোক্তে, সুপ্নগী মমিংতা হোংদোকপনি। মরম অসিনা মীতৈগী কীর্ত্তন অসুম্না তৌবা জাতি অমত্তসু লম অমত্তদা লৈতে। গৌরদেশনচিংবদা মীতৈগী কীর্ত্তনদা য়াওবা অঙ্গ খরা উই, মদুসু মশোয়গী ইতিহাসতা মীতৈদগী তম্বনি হায়।

মীতৈগী কীর্ত্তন্দা তৌবা বাএন অসি মীতৈ নত্তবা জাতিনা, গৌরদেশ, বৃন্দাবননচিংবদসু তৌদে। গৌরিয়া সম্প্রদায়নচিংবনা বৌদ্ধিক্তি মীতৈদগীসু খরা খরা তম্লখিবসু য়াওরম্লগনি হায়না অনুমান তৌই। খুদম ওইনা সংকীর্ত্তন্দা মীতৈনা নিরাজন তৌবা অসি গৌরিয় সম্প্রদায়না মীতৈদু খাগথিল্লি। বাকম অসি খগেন্দ্রনাথ মিত্রনা মহাকী "কীর্ত্তন" [পৃঃ ২৪] দা ফংরকই। মীতৈগী শকপা-শোনবা (কীর্ত্তন্দা) মোইবুং খোংই, মরিস্ম শাস্ত্র-দগী লৌখুনা খোংবা নত্তে, হায়না মীতৈনা মোইবুং খোংলকই,

ীথৈগী গোর্বুংনা থ্বাইদগী হেন্না কত্তবা হেল্লি। মীথৈগী লুহোং-
ঙদা পীবা, লৈশা (বর, কন্যা) থুংলবদসু, মীথৈগী নিংথৌরেলশিংনা
াকপদসু মৈরা ওকুনা কথোক অকাবা চাই (দীপাহুতি তৌই)।
য়সিগুম্বা চৎনবা অসি মীথৈনা তৌই, ভারতকী অতৈ লৈপাক্তা
তৌদে. অসিগুম্বা থৌরমসি মীথৈনা খ্রষ্টগী মথাংদগী হৌজিক
াওবা তৌরী, পৃথিবীগী জাতি অথৈনা তৌবা উদে হায়না
াগ্গিতশিংনা হায়রী। মীথৈগী অরিবা লাইরিক থৌদ্ধ মতম
ী "পাম্হৌইবী খোঙ্গুল" দা পাম্হৌইবীবু লুহোংদুনা থাবা মরান-
াইদা থিনবদা মৈরা ওকতুনা, কথোক চাইদুনা ওকই (দীপাহুতি
তৌই)। ভাগ্যচন্দ্রনা গৌরিয়া ধর্ম্ম লৌই শ্রীবুৎ অসিনা মীথৈগী
াম্না লাইনিংথৌ লাইরেকী হায়না শক-শোল্লবা (কীর্ত্তন] অদুবু
রাধা-কৃষ্ণ হায়না মশিংবা হোংদোকতুনা গৌর ধর্ম্মদা, মীথৈ-
লাইনিং লিচৎ পুশিনা৷. থরগী ভুংদদি মনাৎ মশিন পুম্নমক
অনৌবা ধর্ম্মদগী মীথৈনা ভঙ্গকপগুম থম্নখি। তশেংবসু মীথৈ
লোনগী মহুত্তা অতোপ্পা লোন, মখোয়গী মরোনসু নত্তবা বাঙ্গালী
কবিশিংনা বাঙ্গলা লোন্দা লেংবা বারোল (কথাদি) মীথৈনা শরু-
গীদমক পুরানচিংবা শাস্ত্রগী বাএন লৈতে হায়না সঙ্কীর্ত্তন মহা-
যজ্ঞগী লাঃ ১৯ শুবদা তশেংনা ইরি।

নরসিংহ মহারাজগী অত্তমদা মুপা পালা, কোয়েৎ, থাংয়েৎ
মসুং ঈথৈ অরিবা! অনৌবা থরা মথৈ হোংদোক হোংজিন
তৌখি হায়নসু থোঙ্গৈ। মতম অসিগী রাকমদা 'জলকেলী' পালা
কপা হৌই। রাকমশিং অসিনা উৎলিবদি ওসি গৌর ধর্ম্মদা

চৎনব্রিবা পুং, শেল য়ৈবা ঈশৈনচিংবা শক-শোল্লিবসি মীতৈগী হায়গী চৎনবীনি। মসিদা নত্তবা, হায়ববু বঙ্গালী কবিশিংনা লেংবা বাঙলা লোন অসিদং হোংদোকতুনা মীতৈগী চৎনবীবু গৌরধর্মগী মমুং চলহলখি।

---

*Ref :—*

১। *R. K Sanahal — Physical Education of Manipur. p. 55 (1956).*

২। *Kulachandra – Univer Source, p. 52 (1972)*

৩। *Lalmani Singh, A — General Knowlege p. 45 (1964)*

৪। অতোম্বাপু শর্ম্মা — সঙ্কীর্ত্তন মহাযজ্ঞ, লাঃ ২০-২১-২১ (১৯৫৯)

৫। ভোগেশ্বর সিংহ, ও; — নিংথৌরোল লৈশেরেং লাঃ ১৮৫ (১৯৬৭)

৬। „ „ — খাগেম্বা ল ঙৈঙ্গ, লাঃ ১৫৮ (১৯৬৭)

৭। ঝুলোন সিংহ, এম; — বিজয় পঞ্চালী, লাঃ ১২৬

৮। নন্দলাল শর্ম্মা — মৈত্রবাক, লাঃ ৪৪ (১৯৬০)

বাযোন খুল্লোকলোন — [ক] কোবা, শমজেৎশাবম;
(১৯৬২) [খ] গুলামজাৎ, মাংখৈমবুম;
[গ] কোকগুংস্না;
[ঘ] দিনমনি।

# চীংথংখোম্বগী মতম।

চীংথংখোম্বা, খৃঃ ১৭৬১ দা কম্বাল লোম্না তোংলুবগী মন্নাম্বা মোৱাম্বনা মাবু তাম্থোকই, মতাং অসিদা অৱা লানম্ লাকপগা লোইননা চীংথংখোম্বা তেখাও (আসাম) নিংথৌগী নাক্তা লৈখি। অৱা লাম্থেংনবদা মোৱাম্বা [গৌরশ্যাম] শপোলদগী তাদুনা খোং শোকই, থৱান থা ২৯ নি পানবা লৈপাকপোকপদা মোৱাম্বা নোঙ্গা খি (খৃঃ ১৭৬৩)। মথংদা চীংথংখোম্বনা মীতৈগী নিংথৌ ওইরে, মতাং অসিদা গৌৰিয়া বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগী থম থেংবা মরু হুনখি। নিংথৌ অসিগী সনা হাকতক্তা নুংজেং ঈকোমদা (কংলাগী পূকম্রিদা) গোবিন্দ দাস নোংশ্রং ঈরুপ্পা হায়দুনা মীতৈশিংবু অমুক হন্না রাশকহনখি। থৌথোকশিং অসিনা মরম ওইদুনা খৃঃ ১৭৬৩ দগী মতুংদদি মীতৈ লোন অসি নিংথিজনা মুৎখি। ইবা, পাবা খুদিংদা বিদেশী শব্দ চংবা লোন শিজিন্নবনা মতম অদুগী অৱাংবা থাক ওইনখি।

---

(১) অশংবা ৱারোল:— মীতৈশিংবু ধৰ্ম্মগীদমক রাশকহনখিবসি মতাং অনিৱকনি। অহানবদা পামহৈবগী (গরীবনিৱাজগী) মতমদা মীতৈশিংবু ময়দুনা রামান্দি ধৰ্ম্ম চৎহন্নবগীদমক রাশকহনখি। চৈথাবা শাইখোম নুৱাংগী শকাব্দ ১৬৫৫ রাকচিংগী

মঙানি পানবা য়ুমশকৈশা নুম্রিৎকী অয়ুক পুং ৭ তাবদা মীতৈ-শিংবু মথরাইদা য়ানিংদনা মখুত্তা নোংশ্রং পায়রম্লুনা. নিংথৌনে, শ্যাঙ্খ্যাসন্নচিংবা লিলোং ভুরেল ঈরোং অহুম কাংবদা নোংশ্রং ঈরুপহনখি। থৌথোক অসিনা য়াম্নান্দি ধর্ম্মগী অহানবা য়াশক-হনখিবনি, অনিশুবদা চৈথারোলা নিংথৌনা 'গোবিন্দ দাস' নোংশ্রং হায়দুনা মীতৈশিংবু য়াশকহনখি। মীতৈশিংবু গৌর ধর্ম্ম অয়ুক হোংহনবগী মতুংইন্না মীতৈনা য়াম তুলশি থাবদগী ফুক্তো-ক্লগা বৃন্দা তুলশি থাবা অয়ুক হৌখি। মতাং অসিদা লাকখিবা মীতৈ থাথোনশিংদি —

১। তথেন্দগী জয় লাকয়ে, মাগী ঈখি য়াবা হঞবা মমুমনে। ২। অসাম বেণ্টলাদগী যুদ্ৱাম লাকই মাগী ঈখি য়ারীবম মমুম্রে অসিনচিংবা। অসুম্বা শোয় গোশাইগী পাউতাকী মতুং ইন্না চৎথরকপা চৎনলোন কয়া অসিগী মপুংদা কৱিশুবা অমকপা থরা য়াওশ্রবয়া হায়বগী মিৎয়েং অমসু থেংনৈ। মতুদি খৃঃ ১৭৮৪, মেরা থাগী মপুংদা চৈথারোলা নিংথৌগী মচা ইবুঙ্গো মধুচন্দ্র অমসুং চৌবিৎ মচিনমনাও অনিনা ময়াং গুরু ভাস্করবু তানা থিনদুনা হাৎখি। লোইননা খৃঃ১৭৮৪, মেরাগী ৩-নি পানবা ইরাইদা কুমভিলা পাটতা শ্রীযুৎ ভগ্যচন্দ্রসু নোঙাখি।

২শুবা বারোল :—

মীতৈগী লাইশক-লাইশোন (ঈশৈ) গী মতাংদা থরকং পরবা য়াই। মীতৈনা শিবা অমসুং য়ুবোংথদা লাইরোলগী ঈশৈ শকই। অসিগী অহানবদা শোরপুং (শুমাং) দা শঙলেন [মাণ্ডপ) অমা

থাল্ল. শগুলেন অদু মখোঙ নিপাল য়ুংই. ময়াইদা মেন উরেপ (যাত্রা) অমা য়ুংই। অসিগুম্না য়ুংলিবা শগুলেনগী মখোং নিপাল, লোইননা মেন উরেপনচিংবা থুদিংমক অচম্বা অমত্তা নত্তে। শগুলেনগী মখোঙ নিপাল অসিদি লাইনিং রাখল নিপালগী মশকনি, লাইনিংবা হায়রবা অসিদা অখোইবা রাখল নিপালথক চঙই হায়রী। অদুগা মেন উরেপ অদুনা তাইবংপালবা মপু শিদবগী মশক্লি হায়না লাইনিং অহলশিংনা হায়রী. ইবুঙেঙা মহাক্কী মশক ওইবা মেন উরেপ অদুবু লাইনিং রাখল নিপালগী মশক ওইবা য়ুম্বীরেল নিপালনা কোইশন্দুনা (য়ুংলিবা) মওং অদুনা অমুক কোংদোক্লি। লাইনিংবশিংনা লাইনিং পরৈ নিপাললনা ইবুঙেঙা মহাকপু পুন্দুনা থমজবা. ইবুঙেঙা মহাক্না লাইনিং পরৈ চেৎপশিংগী মকমদগী খোংকম অমত্তা লেঙথোকপা ঙমদবা. লাইনিংগী অচুম্বা পরৈতনা ইবুঙেঙা মহাকপু পুনশিনবা অদুগী মশক্লি। মেন উরেপ মখোংদা কম্বাল অমা শেমদুনা হৈকৎ-লৈকৎলিবা, লোইননা ঈশাইফু ঈরাৎলিবা অদুবু তাইবংপালবগী মপু হায়নসু থংনবা লাইনিংথৌ সনামহিবু লাৎলিবনি, লাইনিংথৌ সনামহি হায়বা ইবুঙেঙা মহাক্না পান্দা লৈরগা তেংবালবা মপু কৌই, তাইবংমুংদা লৈরগা থবাই, হায়না কৌই। অসিনচিংবা লাইনিং খুদা অসি পাকচাওনা লৈক্লে। অদুগা সম্বোঙ কাদা কম্বাল অমা শেমগনি, কম্বাল অদুবুনা সম্বোঙ পুংমায় লেপ্লা শগুলেন মপুনি হায়না নিংগনি।

মিংথৈরোলবু শক-শোল্লিবা অশৈবশিংনা ( ঈশৈ হনবর্না ) শগুলেন মপুগী মশক ওইবা কম্বাল অদুদা থুরমদুনা পাউতাক

পাউখেন লৌজরগা ঐশৈ হৌগনি। ঐশৈ খোংকাং লেপ্পশিংনা (অশৈবশিংনা] খোয়দোগী মশক ওইবা কয়বালবু কোইশিল্লিবা অদুনা খোয়দো পাকনগী মশক্কি। অদুগা যৈরিবা পুং অদুনা খোয়দোগী মিহুল অচোববগী মশক্কি, খিংলিবা অখিংসেন অদুনা হকচাংগী মিহুল মচাশিংগী মশক্কি। ঐশৈ হনবা অদুনা পাকনগী মকোক্কি, ওমথং ঐশৈ হনবা (ডুহার) অদুনা পাকনগী মমৈনি, অদুগা পাকনগী মকোক ওইবা ঐশৈ হনবনা, পাকনগী মমৈ ওইবা ওমথং ঐশৈ হনববু থুরুম্লিবা অদুনা খোয়দো পাকম্বা ময়ানা মমৈবু চীকপা অদুগী মশক্কি হায়রী।

অসিগুমবা মীতৈগী চৎনবী লাইনিং লাইশোনবু উবিরবা পঙ্তিৎশিংনা — হৌজিক কাওবা মীতৈনা শক-শোল্লিবা (কীর্ত্তন) অসিদি মীতৈ জাতিনা অনাদি কালদগীনা ইপানা, ইপুনা ভৌরক-পদগী করিগুম্বা অমত্তা হোংদোক্কে, মুপ্পগী মনিংতা হোংদোক-পনি। মীতৈগী শক-শোল্লিবা (কীর্ত্তন) অমুম্বা ভৌবা জাতি অমত্তু লম অমত্তা লৈত্তে; গৌরদেশনচিংবা মীতৈগী কীর্ত্তন্দা য়াওবা অঙ্গ খর উই, মদুমু মখোয়গী ইতিহাসতা মীতৈদগী তমখনি হায়। বাকয় অসি শ্রীখগেন্দ্র নাথ মিত্রনা মহাকী কীর্ত্তন (পৃঃ ২৪) দা মথাতানা, গৌর সম্প্রদায়নচিংবনা হৌজিক্তি মীতৈদগীমু খরা তমখিবমু য়াওয়রনি, হায়না অনুবাদ তৌরি।

শান্তদাস গোসাই অমসুং চেক্লা অনিবা মীতৈগী হায়রগী লাইনিং-লিচৎ (ধর্ম্ম) অসিবু পুম্মুং মুথৎনবা সনামহিগী কোর খুগাইখি। বাবান্দি ধর্ম্ম লৌশিন্দৈ মীতৈগী ওইবা থাগী, চহিগী (কুমওনগী) লৈকৎ-লৈকৎ (পুজা) গা মরি লৈনবা খুদিংমক অদু হিন্দুগী মুথৈনা মহুৎ শিনখি।

*Ref* :—


1. *Kulachandra — Univer Source, p. 68-69.*
2. *R. K Sanahal* — মনিপুর ইতিহাস, লা: ৮৪।
3. *Nityai. O.* — নোংখ্রং পরৈৱকনবা, লা: ২শুবা (১৯৬৮)।
4. *Tamphajao. Y. — Philosophy on Meetei Ceremony, p 26 27 (1972).*
5. *Bhogeshwor.* — সনামহি লাইকন, লা: ৬৩-৬৪ (১৯৭২)
6. *Madhop, Khelchandra* — খুমুং লিচৎ শাজং।


———

## চহি তরেৎ খুন্তাকপা।

খৃ: ১৮১৯, মতাং অসি মীতৈগী লনৎক কয়া. খুৎ তৈবা মীওই কয়া, নিংথিজবা যুম-কৈ কয়া মাঙ তাকখি। থোওং অসি নিংশিংবা য়াই, মার্জিৎনা ময়াম্বা নিংথৌ (.চৌরজিৎ) পু তানথোক্লগা নিংথৌ ওইনবা থৌরাংখিবনা মরম ওইদুনা অশিশুম্বা মাঙ তাকপা থোকখ্রিবনি। ইং কুমজা ১৮১২, ইম্ফান্দা অরানা লান শিংনরকলে. খৃ: ১৮১৩ দগি মার্জীৎনা অরাগী মতেংদগী মীতৈগী নিংথৌ ওইরে। খৃ: ১৮১৭ কী ডিসেম্বর থাদা মার্জীৎনা কাছার লানতাবা চৎলি. কাছার নিংথৌনা (গোবিন্দ চন্দ্রনা) লানকম অসিদা বৃটিশকী মতেং লৌনবা থৌরাংখি। অদুম ওইনমক বৃটিশকী মতেং ফংদে. কাছার নিংথৌনা চৌরজিৎকী

মকমদগী মতেং লৌরে. মার্জিৎনা লানকম অসি মায় পাকনি নিংদবনা লান তৌদনা হনখরে। য়ানখিবগী মতুং ইল্লা কাছার নিংথৌদগী চৌরজিৎনা খা-কাছার লৌরে, লম অদুগী নিংথৌ ওইরে। মতাং অসিদা মার্জিৎ অরাগা য়েংথিনরকলে, খৃঃ ১৮১৯ দা অরানা লান তারকলে, লানকম অসি মীতৈনা মায় পাক্লে। মার্জিৎসু ময়াম্না চৌরজিৎকী মনাক্তা চেল্লকলে. মমাংগী চহিদদি অরাশিংনা মীতৈগী কিমু লেৎপা লাম্মীশিংবু য়াম্না হল্লোইনরম্বনি। অরাশিংনা খুদোং চাবা ঙাইরকপা মতাং অসি থোকলে, মীতৈ লৈপাক্তা নিংথৌ খুবম মুম্নবগী খোইরেল মশা পানখ্রে। মতাং চারিঙৈদা অরাগী লৈজবা ফুদোক্তুনা মীতৈ কাংলুপ অসি মরু কংনা মুগুৎনবা খোরাংখ্রে। অরাগী লাম্মী লিশিং ৩০ না পর্তুগীজনা পিরকপা নোংমৈনচিংবা খুৎলাই মতিক চানা ইক্কাল তম্না ফুজিল্লকখি। খোরাং নংহৌদবনা মীতৈগী লাম্মী লিশিং তরেৎ খক্তংনা থরাই খুবাক্তা হাপতুনা লানকম অসি খিংনবা হোৎনখি। লানকম অসিদা মীতৈগী লাম্মী লিশিং ৩ লোম অরাগী লানমী লিশিং তরেৎলোম শিনরকলে! লানরোংনা খুদোং চান্দ্রবদা মীতৈগী লানমী পুম্নমক ভুংগী কিরেপ লৌনখি, মীরৈপাক্তা থৈনখ্রে।

মীতৈ লৈপাক কাংখোং চাইরে, মরাল লৈত্রবা অশোন অনা-না কিকম হেন্না শোকখি, অরাগী অশিংনবা অওৎ-অনৈদা খুদোং শিবগী চাংদম লৈখিদরে। হান্না লৈরমবা মীশিং অসি লাখ ৫ ধোম লৈরমমনি, চেনবমখৈ চেন্নখরে, শিবমখৈ শিখরে

অমুম্মা যৌথ্বগী তুংদা ইম্ফালগী অকোইবদা মী লিশিং মরি রোমদং ভাইশিল্লকখি। মসিবু চহি তরেৎ খুন্তাকপা হায়না কাউনখ্রি, থোথোক অসিগী মরু ওইবদি নিংথৌ মচিন মনাওনা চহি মঙা-মঙা নিংথৌ ওইনবগী থৌশিন অসি কায়রমদ্বদি লৈপাক অসিগী চাওনা মাঙ তাকপা অসি থোক্লমলোই হায়বা য়াই।

২শুবা মতাং — গম্ভীরসিংহগী লমজিং মখাদা অকন-অথৌ মীওই কয়ানা থরাইনা পোম্থা ওইদুনা মনিপুর অমুক হন্জিনখি। খৃঃ ১৮২৫ ডিসেম্বর তাং ২০ দা গম্ভীর সিংহ নিংথৌ ফমবাল কাখি। খৃ: ১৮২৬ কী ফেব্রুয়ারী তাং ২৪ দা য়াণ্ডবু সহরদা বৃটিশকা, অবাশিংগা য়ান চে অমা ইনখি (সন্ধি তৌনখি)। মচুবু "য়াণ্ডবু-সন্ধি" হায়না খংনথে। সন্ধি অসিগী মতুংদা স্কট দাহেবনা মনিপুরগী কমিশনার ওইরে, গম্ভীর সিংহনা মনিং মখা চমবা মীতৈগী নিংথৌ ওইরে।

নিংথি হম্পাকী মতাং :—

কবো ভেলি অসি তশেংনা মণিপুরগী মমুং চল্লি। নিংথি াংমগী লম অসিদি মথৌনা লৈবা নিংথৌ থরডনা লোই চন্ন- ামই। খৃ: ১৮২৬ কী ফেব্রুয়ারীগী তাং ১ দা গম্ভীর সিংহনা নংথি রাংমদা লৈবা মীয়ান য়েরুবশিংবু তাম্থোকখি। খৃঃ ১৮৩২ াসিদদি বর্ম্মদা লৈরিবা বৃটিশকী মেজর বর্নি (Major Bur- ey) না বর্ম্মীজশিংগী মীচং চংদুনা মথোয়গী কায়বা থরগীদমক ারোল কয়া হায়খি। কলিকাতাদা লৈবা অথোরিতিনদি

গম্ভীর সিংহগী মীচংদা লেপ্পি. অদুম ওইনমক লর্ড উইলিয়ম বেন্টিঙ্কনা, কবো ভেলি কায়না খংনবা লম অসি বর্ম্মদা হনখ্রগে কায়না লেপ্লে। ১৮৩৪ ইংগী জানুয়ারীগী তাং ৯, এগ্রিমেন্টকী মতুং ইন্না জানুয়ারী তাং ২৫ দা লম অদি বর্ম্ম সরকারদা বৃটিংকী লাংলো খরদগী নমদুনা পিখি।

তশুবা বারোল :— নিংথৌরেল অসি ১৮২৫ দগী ১৮৩৫ কাওবা মওং চানা লৈপ্লাক থোদাং পুবিরম্বই। তাং ৯ | ১ | ৩ ইংগী থাগি লুমিৎ শগোলশেলদা লোঙ্গ খ। তঙাইফদনা বৃটিশকী মতেং লৌকবগীদমক কবো ভেলি অরাদা পিল্লবগু বৃটিশ সরকারনা থা-থাদা লুপা ১০০ মনিপুর সরকারদা শেলফম অসি কাহলমই। অরাদা লম পিবগী মতাংদা য়াওখিব বৃটিশ অফিসারশিংদি — কেপ্তেন গ্যান্ট. লেফটনেন্ট পেম্বরতন, অতৈ সাহেব অমগা অহুম্না লম পীবা চৎলি কায়না থেংনৈ!

৪ শুবা — খৃ: ১৯৫৪ গী জানুয়ারী তাং ১৩ দা বর্ম্মদেশ তশেংনা কবো তম্পাক অসি পিথোকখি কায়না থেংনৈ। মত অসিদগী মনিপুর সরকারনা কাম্না ফংলম্বা লুপা ৫০০ গী শেলফম অসি পিবা লেপখি।

খৃ: ১৮৩৭ গী সক্কী অনিশুবা বারোলগী মতুং ইন্না পিথোক্লবা কবো তম্পাক অসিবু মনিপুর সরকারদা অমুক হনজিন্নক তারবদি, হনজিন্নকপা তারিখ অদুদগী হৌদুনা অরাদা পিথোক্লিবগী খতিপুরোন ওইনা বৃটিশ সরকারনা মনিপুর সরকার পিন্নিবা শেলফম লুপা ৫০০ অদু পিবা লেপকনি।

অসিনচিংবা বারোল অসিনদি কবো ভেলি অসি চুম্মা অরা সরকারদা শিঙিন্নবগী মোৎনি হায়বসি উৎলি। ১৯৪৭. ভারতনা স্বরাজ ফংলবা মতুং কাইনথং ফাওবা হায়রিবা শেলকম অসি মনিপুর সরকারনা ফংদ্রনা লাকখি।

৫শুবা বারোল — কবো তম্পাক অসি মনিপুরগী লমনি হায়বসি জেমস জোনষ্টোনস্থ চপ চাবা প্রমান পীরি —

Sir James Johnstone wrote — "*Tne Territories of Manipur veried according to the metle of its rulers, sometimes they held a considerable Territoriesesat of the chinduin river in subjection at other times onlythe Kabo Vally* ....'

মতাং খরদদি, অরা লৈপাকী নিংখি ভুরেলগী নোংপোক মায়কৈদা হাইকেৎ পাক চাওবা লম খরস্থ মীতৈ নিংথৌশিংনা লৌশিন্নরগী বারোল কয়াস্থ পল্লি। মতম অমদনা কবো তমপাক হায়না খঙনবা লম অসিমথৈতা মনিপুরগী লোই লম ওইনা লৈহৌবস্থ য়াওরমই।

*Ref* :—

১। এলঃ চন্দ্র — লময়ানবা, ১বা মার্চ্চ ৭০, লাঃ ৮।

২। রাজকুমার সনাহল — মনিপুর ইতিহাস, লাঃ ৯৬ (১৯৪৭]

৩। চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ২৩৫-৩৮।

৪। গৌরচন্দ্র শর্ম — শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহ, লাঃ ৫৫।

# চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম।

খৃঃ ১৮৩৪, নিংথৌরেল গম্ভীর সিংহ লৈখিত্রবদা মচা ইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিনা মশাগী চহি ২ শুবদা নিংথৌ ওই, নিংথেম পিশক হায়না খংলখি। নিংথৌনা অঙাং ওইবদগী লৈঙাকপগী থবক্তি নরসিংহ সেনাপতিনা পুরমই, মতাং অসিদা কুমুদিনি মহারানীগী থৌশিল থরদগী নরসিংহবু হাৎনবা থৌরাংখি। থৌশিল অসি মহৈ য়াত্রবদা মখা ইবেম্মনা চন্দ্রকীর্ত্তি পুন্থুনা মরাং লৈপাক্তা চেনখে, তঙাইফদনা নরসিংহ নিংথৌ ওইদুনা চহি তরেৎ পাল্লমই, মরাখনা লৈখিত্রবদা দেবেন্দ্রনা নিংথৌ ওইদুনা থা অহুমলোম পাল্লে। মতাং অসিদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা লান হৌরদুনা দেবেন্দ্র নিংথৌবু তান্থোক্লে, চন্দ্রকীর্ত্তিনা ১৮৫০ দা নিংথৌ ওইরে। মতাং অসি কম মুরবগী লান নিংথিজনা কল্লি, নিংথৌরেল অসিনা লানদৌ কয়া থিংনবগীদমক অকনবা লানমী শেমগৎলি। মতাং অসিগী লানমীগী রাইফলমেন—৫০০০, লোংবৈ অচৌবা (তোপ) পায়বা—৫০০, লগোল লানমী—৪০০ লৈরে।

খৃঃ ১৮৫২ দা কাছাই সনা লান হৌরকই, অদুগা নিংথৌগী মথক্তা লানহৌ কয়ারক থোক্লবসু লাইনা মরখি। চিটাগোং (চট্টগ্রাম) সমুদ্র মপাঙ্গা অজি পলটনপা, বৃটিশকা লান কাপ্লখি, মসিবু ইতিহাসতা "অজিলান" হায়না খংবে। লানকম অসি বৃটিশনা খুমোংখিরবদা মীতৈ নিংথৌগী মতেং লৌরে, লানকম

অসি মাথেম্নাকপা মেজর. মুতুর! মেজর অনিনা লুচিংচুন মীতৈ লানমীনা জজি লানমী মথৈ কাদুনা বৃটিশকী মথুত্তা পিম্নখি। বৃটিশকী খুদোংথিরবদা মীতৈ লানমীনা মতেং কম্না পিখি, মী-তৈগী হাকিথেংনবা লানকমদা হৈ-শিংবা অসিদি বৃটিশশিংনা খংগ্রবনি। লানকম কম্নাদা মীতৈনা মতেং পিবদগী. হার মেজে-ষ্টিজ ইণ্ডিয়ান আর্ম্মিগী কর্ণেল, মনিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট জেমস জোনষ্টোন্না মীতৈ নিংথৌগী মকথদা নোংমৈ লিপিং অনি খুদোন পিরমই, মাউন্টেনগন, মন্নিসু পিরমই, লৌমননা মীতৈ লানমীশিংদা তাকমান অমমমগা. লুপা১০/১০গা মেনবই।

খৃ:১৮৭৩গী মতাংদা বৃটিশকী ললোন ইতিক খুদোং চানবা কহিমাদা মথোম্নগী মী থম্নবা হোৎনম্নে। বাকম অসি থমক-গীদমক, খৃ:১৮৭৪গী লাংবন হিয়াং লোম্নগা, সেপ্তেম্বর থাদা কাছার মালুগ্রামদা বৃটিশশিংগা দরবার তৌনবগীদমক শ্রীবুৎ লেংখি। খোঙম্নোইদি নৈশং যাত্রা, মাইব্যা তাম্‌লিং, তোলেন শর্ম্ম, অসিনচিংবনি। হৌজিক তোংঐ মরিন্দা "তোলেন পূর্ণ্নি" হাম্নবা অমা লৈম্নিবসি নিংথৌগী অচানবা তোলেন শর্ম্মগী মমিং লৌদুনা থোম্লখনি। শ্রীবুৎনা জিলা দরবারগী মতাংদা হিয়াংগী ফিজেৎ থোম্নি. ফিজেৎ অহু উবদা বৃটিশকী ওফিসারশিংনা লাই-গী মতৌগুণ-ই হাম্ননা থাগৎনখি। মতাং অসিদগী মহারাজ ঈশ্বর হাম্ননা খংনখি, শ্রীযুৎ অসিনা বৃটিশ গবর্ণর বেণ্টিঙ্কী করবার-গীদমক মমল লৌদনা মকম অসি শিজিন্নৎনখি। মনিপুরদগী কহির্ণ্ন (খিবোমৈ)·কাওবগী লমীনা মনিপুর মহারাজনা শেখা; অসাম তানবা লমী অসিনা বৃটিশদা পেখা হাম্নবা যানখি।

অপশা বারোল:— শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহনা মুংগী খোজ্রন (চযম ছাপা) অমা থিরোহৈ (কবিতা) লমথৈ থংনবগী থবীরমই। অসিগুম্না মকম অসি ব্রিটিশ সরকারদা মমল লৌদনা মচা ইমু-ঙেঙ্গা অসিনা লেম্না শিজিন্নহনখি মসিগীদমক লোর্ড উইলিয়ম বেণ্টিঙ্কনা সার চন্দ্রকীর্ত্তিদা নোংহৈ ১০০গা. লুপা লাখ অমগা পিরকখি। শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহগী তুংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মতমদি মীতৈ লৈপাক্কী নিংতম্বা মাংলকপগী কিবমদা মমেক শেং-লকলে,পলিটিকেল এজেন্টনা থাবৈ-থন্না শাবা হৌখি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মনা হাকথক্কা ঈঙোরোক মহাদেব কোংই, হমু-মাব পারুমগী মূর্ত্তী লিঙথহলি। লোইননা মীতৈ বামোন কমা খোজ্রবখি. মদুগী চাওরাকপদি — শান্তিপুরদগী. চন্দ্র গোস্বামীনা অধিকারী মহুৎ চমু লৈমাবু তাপোই ওই. মাগী ঈদি গোস্বামী মথুমনি. অসিমচিংবা।

---

*Ref :—*


1. *R. K, Sanahal — Physical Education of Mapur, p.* 118-119 [1956]
2. *Kulachandra — Univer Source, p.* 70 (1972)
3. গৌরচন্দ্র শর্ম্ম — শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহ, লা: ৫৫।
4. *R. K, Sanahal* — মনিপুর ইতিহাস, লা: ১০৭-১০৯।

## মমাংঙৈগী মনিপুরগী লমখৈ।

খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮, ক্যাম্বগী মতমদা মনিপুরগী লম অসি কবোগা মীতৈগা লমখৈ লেপ্নবগী মতাংদা — মীতৈগীনা মুংখোং মুংঙাইদগীনা নোংপোক লোইজরি চীংশাং। মথারোমদা তখেল নোংচুপ্তা কাছার মালুগ্রাম, অরাংলোমদা ভেখাও (অসাম) আবরং মথংদা চিনাগা তাইনবা কাওবা ওইরম্বগী রাকম থেংনৈ। ৬৩১ উরা কোম্থোবা নিংথৌগী মতমদা বম্মগী কলে নৈবাক কাওবা ওইরম্বগী রাকমসু থেংনৈ। ইংরেজ সরকারগী রাজনিতিগী রা-রোল- ন: ১২৩, তাং ১১ ফেব্রুয়ারী, ১৮৩৫ অসিদসু মনিপুরগী অরাং লমখৈগী কয়াৎ অসি অমুক্তা মচা থারনা উৎলি। কবো তম্পাক পুম্নমক, কছারগী অয়াম্বা লম, লুসাইগী অরাং নোংপোক থংবা শরুক ধনশ্রী অমদি দোয়েং তুরেলশিংগী তম্পাক্তা লৈরিবা উমংগী পরিং অসি কাওবা মনিপুরগী লমখৈ কয়াৎকী মমুং চল্লমই। ১৮৪২ কাওবদা লৈরম্বা লমখৈগী কয়াৎ অসি— তেনিফো কোবা চীংদোন অহু হাইগৎপ্রগা নোংপোক পাংবা চীংগী লমলোন্দা তুরেল মচা অমা চেন্থরক্লি, তুরেল অসিনা পাতকোই চীংগী লম-থমদা থেক্লা- থোইনা লাক্লা, ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী থোংনমশিংগা, ইরাবতি তুরেলগী ঈরোংশিংগা শম্নহল্লি। অসিগুম্বা তুরেল মচা অসিনা মতম অহুগী লমখৈ ওই, তুরেল অসিবু পাতকোই চীং লম্বী মরাদা শম্নহল্লিবা পনখৈগী কয়াৎ অসিবু মনিপুরগী অরাং

ঙমখৈ ওইনা য়ানখি। মনিপুরগী লম অসি মথায়োমদা পাঙ-কোই পাস, অরাংলোমদা ধনশ্রী নোংপোক পুনখৈনা চিনখ্রিন তুরেল, নোংচুপ পনখৈনা অহোয়াঙ চীং কাওবা মাতৈগী থানা কুমন্তুনা ফিরেপ চানা লৈরমই। ইংরেজ অমসুং মনিপুর সরকারনা খৃঃ ১৮৩৩. তৌনখিবা সন্ধীগী মহানবা চেয়োন্দ: উৎলি "মনিপুর মহারাজনা চন্দ্রপুর (কাছার) দা থমলিবা থানা অসি লৌথোকনি হায়রিবা থানা অসি জিরী তুরেলগী নোংপোক তোর'ন্দা শেম-গনি" অসিনচিংবা য়ায়োম্না তাকপদি ব্রিটিশ সরকারনা মথোইগী খুদোং চানবা শিনখি হায়বা উৎলি।

খৃ: ১৯৭৫ গী মতাংদদি মনিপুরগী ঙমখৈ (বাউন্দরী) অসি মওং অমদা চথরকপগী থিৎয়েং অমদা উরক্লে। বর্ম সরকারনা হায়গী ঙমখৈদগী লানশিল্লকুনা (য়োরে লোকচাও লানশিল্লকুনা) মনিপুর সরকারগী ইন্সপেকসন বঙ্গলোগী চীংথোংমকদা ইন্টর্নেসনেল বাউন্দরীগী উমুং মুংশিল্লরে হায়না থেংনখি। মমাংগী চহিদদি — লোকচাওদা শারিবা থোং অসি বর্ম অমসুং মনিপুরগী তং-থাই ওইনরমই, থরগী তুংদা বর্ম সরকারনা হাযরিবা থোং অসি পুমনক কনশিনখিবগী মওং অমসু চথরক্লে।

অঙমা য়াংয়োল — মনিপুর অসি মচিনতৌদগী মনিং তম্বা লৈপাক অমা ওইরমই। থরগী তুংদা বৃটীশ সরকারনা লোই চনখিহুনা চহি ৫৬ (১৮৯১-১৯৪৭) বৃটিশনা প্যানখি। শ্রীযুৎ বোধচন্দ্রনা পাম্বা মতমদা (১৯৪৭, মার্চকী তাং ১০ দা) মনিপুর

মসি মনিং ভৱা লৈপাক অমা ওইখি। ১৯৪৯, ওক্টোবর তাং ১৫ দা মনিপুরগী লৈঙাকলোনগী থবক ভারত সরকারনা লৌশিনখি। মনিপুর ভারতকী মপুং চনখি, ১৯৭২ গী জানুয়ারী তাং ২১ দা মনিপুরগী ষ্টেট অমূক কংখি, থৌরম অসি ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধিনা শজাখিখি।

*Ref* :—


1. *Kulachandra — Univer Source, p.* 54 [1972).
2. *R. K. Sanahal — Physical Education of Manipur p.* 18-19 (1970).
3. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ১০।
4. মুতুম ঝ,লোন — বিজয় পঞ্চলি, লাঃ অহানবা।
5. প্রোঃ চন্দ্র — লময়ানবা, ৮শুবা মশিং, ১বা মার্চ '৭৫।
6 সনা লৈপাক, ২শুবা মশিং, জানুয়ারী তাং ৪ '৭০।


---

# স্যার চুরাচান্দ সিংহ

বৃটিশ সরকারনা মনিপুর লোই চল্লে, নরসিংহ মহারাজগী মচা চুরাচান্দ সিংহদা নিংথৌ থুবম পিরবে (খৃঃ১৮৯১/১৯৪১)। তাং অসিদগী মনিপুর মচাশিংবু ষ্টেটকী মতেং পীদুনা মীরৈপাক্তা যাবে রুশিং অমত্তুম! মরু ওইবা অমনা — শ্রীযুৎ চৌবংথোক্কী

লমথৈ ওইনা য়ানখি। মনিপুরগী লম অসি মথারোমদা পাঙ-কোই পাস, অরাংলোমদা ধনশ্রী নোংপোক পনখৈনা চিনজিন তুরেল, নোংচুপ পনখৈনা অহোরাঙ চীং কাওবা মাতৈগী থানা কুমদুনা ফিরেপ চানা লৈরমই। ইংরেজ অমস্তুং মনিপুর সরকারনা খৃঃ ১৮৩৩. ত্তৌনখিবা সন্ধীগী অহানবা চেরোন্দ: উৎলি "মনিপুর মহারাজনা চন্দ্রপুর (কাছার) দা থমলিবা থানা অসি লৌথোকনি হায়রিবা থানা অসি জিরী তুরেলগী নোংপোক তোরবান্দা থেম-গনি" অসিনচিংবা বারোম্না তাকপদি বৃটিশ সরকারনা মথোইগী খুদোং চানবা শিনখি হায়বা উৎলি।

খৃ: ১৯৭৫ গী মতাংদদি মনিপুরগী লমথৈ (বাউন্দরী) অসি মওং অয়দা চথরকপগী থিৎরেং অমদা উরক্লে। বর্ম সরকারনা হায়গী লমথৈদগী লানশিন্নকুনা (য়োরে লোকচাও লানশিন্নকুনা) মনিপুর সরকারগী ইন্সপেকসন বঙ্গলোগী চীংথোংমক্তদা ইন্টর্নেস-নেল বাউন্দরীগী উমুং মুংশিন্নরে হায়না থেংনখি। মমাংগী চহিদদি — লোকচাওদা শাবিবা থোং অসি বর্ম অমসুং মনিপুরগী তং-থাই ওইনরমই, থরগী তুংদা বর্ম সরকারনা হাররিবা থোং অসি পুমথক কমশিনখিবগী মওং অমস্তু চথরক্লে।

---

অনয়া বাংরোল — মনিপুর অসি মচিনচৈদগী মনিং তুবা লৈপাক অমা ওইরমই। থরগী তুংদা বৃটিশ সরকারনা লোই চনখিদুনা চহি ৫৬ (১৮৯১-১৯৪৭) বৃটিশনা পানখি। শ্রীযুৎ যোগেশচন্দ্রনা পাররবা মহমদা (১৯৪৭, মার্চকী তাং ১০ মা). মনিপুর

অসি মনিং তম্বা লৈপাক অমা অমুক ওইখি। ১৯৪৯, ওক্টোবর তাং ১৫ দা মনিপুরগী লৈঙাকলোনগী থবক ভারত সরকারনা লৌশিনখি। মনিপুর ভারতকী মনুং চনখি, ১৯৭২ গী জানুয়ারী তাং ২১ দা মনিপুরগী স্টেট অমুক কংখি, থৌরম অসি ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধিনা শরাবিখি।

*Ref* :—


1. *Kulachandra — Univer Source, p.* 54 [1972).
2. *R. K. Sanahal — Physical Education of Manipur p.* 18-19 (1970).
3. চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ১০।
4. মুতুম ঝ,লোন — বিজয় পঞ্চলি, লাঃ অহানবা।
5. প্রোঃ চন্দ্র — নমমানবা, ৮শুবা মশিং, ১বা মার্চ '৭৫।
6 মনা লৈপাক, ২শুবা মশিং, জানুয়ারী তাং ৪ '৭৫।


———

## স্যার চুরাচান্দ সিংহ।

ব্রিটিশ সরকারনা মনিপুর লোই চম্রে, নরসিংহ মহারাজগী ।ও চুরাচান্দ সিংহদা নিংথৌ থুবম শিন্নরে (খৃঃ১৮৯৯/১৯৪৯)। তাং অসিদগী মনিপুর মচাশিংবু স্টেটকী মতেং পীদুনা মীরৈপাক্তা ।ৈহ রুশিং তমহল্লি: মরু ওইবা অমনা — শ্রীবুৎ চাংখোম্বী

মতমদা লাইপোন ইশৈনচিংবদা লম অসিগী লোন থরমথৈ হৱি শামলুরবনি। স্যার চুরাচান্দগী মতমদদি লম অসিগী লোন থরমথৈ চাওখৎখি, চহিগী সরস্বতী পূজানচিংবদা জোনষ্টোন স্কুলগী মীতৈ লোনগী নাটকমচিংবদা (শিলাদা) রুপা ৫০/১০০ পিদুনা ছাত্রগী মতেং পি। মীতৈলোনগী বোলি 'শকপণ্ড লৌই. মতুং কুম অহুমগী শ্রাদ্ধনচিংবদা মীতৈলোনসু শমজিন্নবা লৌনরক্লে। ১৯২৪ ইংদগী কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দা ম্যাট্রিক পরিক্ষাদা মীতৈলোনবু পরিক্ষা পিবা লৌই। লৈপাক্কী চাওখৎ থোরাংদা শ্রীযুৎকী পুক্নিং চংখিখি, ১৯২৪ ইংদা Assam Olympic Games দা মনিপুরনা টিম চেম্পিয়নশিপ কংখি. থাম্রোইশিংবু শ্রীযুৎনা নিংথিনা লোমগৎপিরমই।

---

অপম্বা বারোল — শ্রীযুৎ অসিনা গৌর ধর্মদা পুকনিং লুপ্নবসু ইমালোন অসিমদি ভগেংনা য়োকখৎলম্বগী খুদম কংই বৌদ্ধিক পন্থত ধর্ম থাৱবা অনৌবা মথলগী ধর্ম অসিমদি শ্রীযুৎ অসিনা ভগেংনা য়ারমদে। ধর্ম অসি শ্রীযুৎ মহারাজগী ময়ামু অহল সেনাপতি (রাজা ভুম্বু সিংহ) গী থোরাংদগী লম অসিদা থরদং শৎথহৌবনি থারনা বারী অসিনা উৎলি। চিরোন হৈবা মনাই থরগী চিংথোক্লগী মনা থাক্কক অসিদা অমাং-অশংগী বাথৌক কৈয়া থোকখ্রুনা ইয়াং থরদি লৌখি। শ্রীযুৎ অসিগী উচম কাওবা মীতৈ বাখোন য়ায়া লাকখি. চাওরাকপদি — হাযমাথ কৌবা দেশবাসিনা লয়োৎ থায়কম চক্র তোথীবু ভালোই ...ই খাগী নৈদি লগোলমাং উপুং ভাবা অধিকারীমযুন ওইখি

২। কশীদগী ময়াং ভোল্লা-না ব্রহ্মচারীযদুম চপু লৌদুনা, মাগী ঈদি বাশ্চপতিমযুম ওইখরে, অসিনচিংবা। ইতিহাসকী লায়ায়-দগী এঁখোয়না খংই, মতুদি মীতৈ চীং-তম, মীতৈ যাযোন, মীতৈ পাঙন হায়রিবশিং অসি নকুপ্রবা ঈগী মরি অমদি লৈপ্রবনি। অসুম্না পানবা য়াপ্রবা ঈগী মরি অসি নিংশিংদুনা মীতৈ চীং-তম, মীতৈ যাযোন, মীতৈ পাঙন পুম্নমক্না ইমালোন অসিবু শৌগৎ-কম খোক্লবনি। মীতৈনা চীংদা লৈপ্রগা চীংমী, চীংমীনা তমদা লৈখ্রগা তম্মী, চীং-তম অমত্তনি। ঙসি মীতৈ যাযোনশিংসি চীংমী নিংঙোলনা পোকপা কয়া য়াওরী, মীতৈ নিংঙোলনা পোকপনা অয়াম্বনি হায়বা য়াই। মীতৈ পাঙনশিংসু মীতৈ নিংঙোলনা পোকপনা অয়াম্বনি! মাবু পোকনা লোন অদু ঙাংলগা মাবু চাওনবা য়োকপ্রবা, মাগী মমানা মাবু য়োকপদা, খেন্নদা নাওশুম ঈবৈ কখা শকপ্রবা লোন, থমোইগী সুংশি সুংওন পাউদম কয়া তম্নরিবা লোন। থমোই কায়রবা পাউদম-খোন কয়াদা পি তানা তেংথাপ্লবনি, মীতৈ লোন ইমালোন হায়বগী মতাংদা হায়রিবা কাংলুপশিং অসিগী থৌদাং য়াওপ্রবনি। খৃঃ ১৯৭৩ দদি মনিপুরগী রাংবদা থুন্দাদুনা লৈপ্রিবা — কছার অংদি অইত লমশিংদা মনিপুরী (মীতৈ) শিংনা লুকোং-ইকহোংবা, অশি অনা খোকপদা (শোরাংনচিংবদা) ঈবৈ শকপা অদু এখোয়গী ইরোম্না শকপা য়াদে। নরোম্না শকউ হায়দুনা অতৈ জাতিশিংনা মরু ওইনা যক্লাকশিংনা হাইরকখি, অসুম্না হায়রকলিবা অসি মীতৈশিংনা থম্বগী মতাং হেনমনপ্রবনি। তথোংবা লোন থংদনা চিমকা পূরগা ঈবৈ শকপা হায়বসি অবা-বপ্পী বশক্লি, থংদবদগী লোন অদুদা খোনচোপ য়াওরকপা, থকশি

থাসি কারবা করা য়াওরকপদগী বাঙ্গালিশিংনা নরোম্না ঊশৈ শকঁউ হায়রকপা ওইরম য়াই। রাকম অসিদা বাঙ্গালিশিংবু মীতৈনা মুংঙাইতকঁম করিসু লৈতে, বাঙ্গালিদি মীতৈগী গুরুনি, গুরুনা তাকপা পাউতাক্সি, মীতৈনা ইমালোন থাদোকপা কুইমল্লে হায়রবগী রাকম্নি।

বৃটিশনা পাল্লিমেন্টদা লম অসিগী চৌং-তমগী অমঙা ঙাইরবা অমদি ওফিসিয়েল লোন্দি মীতৈলোন (মনিপুরী লোন) ওইরমই। মীতৈলোন হায়রগা মীতৈতগী রাকম ওইনা লৌকম থোকতে, রাকম অসি মীতৈগী অরিবা লাইরিক য়েক শালাইনা খুদল্লি — চৌংমীসু মীতৈনি। বৃটিশনা চৎপ্রবা, মনিপুরনা নিং তমলবদা State Constitution Act 1947 গী ধারা ৩৮ শুবদা লমদম অসিগী কোর্টকী লোন্দি মনিপুরী নত্রগা ইংলিসনা ওইগনি হায়না লাউথোক্লমই।

[ঙ) মনিপুরী লোনগী আরলি লিটরেচর অসি লাইরিক লিশিং অমা হেম্না লৈরে অদুগা অতোপ্পা ৮ শুবা সেদুলদা চন-লিবা লোনশিংগীনা চনিমুক্তা লৈ।

(চ) ভারতকী মমুংদা ইতিহাসিক সাহিত্য লৈবা লোন্দি মনিপুরী লোন (মীতৈলোন) মতোমতনি হায়বা য়াই। খুদম ওইনা লৈপাকী ওইনা ইরমা পুয়াশিং — চৈথারোল কুম্বাবা, চাদ লাইহুই অমসুং নিংথৌরোল লম্বুবনচিংবা। পুয়াশিং অসি খুঃ ৩৩-১৯৪৭ কাওবদা থোকখিবা থৌথোকশিং ইরি। খুঃ অমাং-দগী পুয়া করাসু লৈপ্রবনি। মীতৈলোন অসি হায়রিবা কাংলুপশিং

অসিগীসু মরোম্নি, লাইশোন-তিনশোন্দী মীতৈলোম্না শক-শোনবা অসি তঙাইফদনা তৌফম খোক্লবনি। মসাক অসিগী মতাংদা খরদং পনবা তারবদি লৈকথ মিং, শিনফমদগী মীতৈনা মসাক খোনখি। চাওরাকপা মওংদা—গোমতী মহারানীগী গুরু ওইবদগী শিজগুরুময়ুম। নিংথৌদা লৈহাও কৎপদগী লৈহাওথাবম, ককচিংদা খুনতারুবদগী ককচিংতাবম। লৌবুক তাবদগী, লৌবুক তাবম; গনেশ লাৎপদগী, শামুলাইলাৎপম। কোংবা ভুরেল মপান্দা লাই লাৎপদগী কোত্রাইলাৎপম। শিংজমৈ থোংগী পনথাদা খুন্দাবদগী, থোংখাতাবম। মী য়াম্না লোইনরকপদগী হাজারীময়ুম। চরাইরোংবা নিংথৌগী মতমদা তথেন্দগী লাকপা গঙ্গারাম্না শেক্তা কৈ চমু মাই-মুখী পামদুনা মাগী ঈদি লাইময়ুম কৌখরে। ২। তথেন্দগী লাকপা শিসুপাম্না ময়াং তৌবুল চমু মুখী পামদুনা মাগী ঈদি লাইময়ুমদা চংখরে। ৩। তথেন্দগী সুরথ, দশরথ, উদ্ধব ও লাকই, সুরথ, দশরথ অনি অসিগী ঈদি গোংনোক্তা চংখরে। উদ্ধবনা হাওচোংবম চমু তৌখী পামদুনা মাগী ঈদি লাইময়ুমদা চংখরে। লাই পূজা তৌবদগী লাইময়ুম, হঞ্জবা ওইবদগী হঞ্জবাময়ুম। হিদং ওইবদগী হিদংময়ুম, নৌনা লাকপদগী অনৌবম, রারী লিবদগী রারীলিবম অসিনচিংবা ওইখি। মতাং অসিদা মহাত্মাজীগী বারোল খরদং নিংশিংবা য়াই অচুগা হিন্দু ধর্ম্মনা মী অমগা চাথিরবা (শোক্লবা) য়াই মচুদি অমনা অমুক শোক্ল-পম্নবা (চাথিন-থক-মিনবা) য়াদে হায়রবা অচুগা মুসলমান, খৃষ্টানশিংগী থৎন-চৈরবা অচুম্বা ধর্ম্মনি হায়রবদি, মচু মহাত্মাজীগী হিন্দু ধর্ম্ম নত্তে।

*Ref* :—

১। চীং তম, অহানবা লাঃ তাং ১৪ | ৭ | ৭৫ ইং।

২। ঈহৌ. অনিশুবা লাঃ তাং ৭ | ১০ | ৭৩ ইং।

৩। অওনবা. লাঃ ৪ (১৯৭৫]।

৪। গোকুলচান্দ, ও— বৃন্দাবন লমজিং, লাঃ ১২·১৭ (১৯৫৩)।

৫। রাঃ কুঃ সনাহল— মনিপুর ইতিহাস, লাঃ ১৪১ (১৯৪৭)।

৬। বামোন খুম্হোকলোন।

———

## হরাও-কুম্মৈ।

(কয়া কুইরে ?)

কংলৈ ইম্ফালগী থাইদগী মরু ওইবা কুম্মৈশিংগী মমুংদা হিয়াং তান্নবা হায়বা অসিনু অমনি। খৃঃ ৪০০, হোংনেম লুরাং সিংথোগী মতমদা হিয়াং হিরেলগী মওং অসি শাথি মতাং অসিগী থুং-হৈবদা মখিং চৎপদি সুংবান রাংমিংথু থুংহৈবা, লুরাং রাংমনাও শিল-হৈবা অনিমক্তা অথোইবনি। হিয়াং অমস্থং হৈক্রু-হিতোংবা-কুম্মৈ অনিমক্তা হি তাম্মৈ। হি তান্নবদা য়াওরিবা হিরোইশিংগী মমুংদা তেংশায় লেপ্পঃ (কল্লাইবা] অসিনা হিরোইশিংগী মকোক ওই। কল্লাইবা অসি নিংথম শর্মজিন, থামেন থংপানচিংবা কিতেং লৈতেংই, অতম্বা অসিনা মমুমদগী হি-পাশং-কাওবা (হি তান্নবগী

কাওবা) চৎপসি খোংনেৎ লেংকাং (লোলাই) তোংই।' কয়িগুম্বা মতমদসু শগোল তোংই। অঙম্বা অসিনা লোলাই অমসুং শগোল তোংলবসু মমাংদা পুং-শেল, পেনানচিংবা খোংদুনা থৌনাগা লোই-নবা চৎলি। মুপীশিংনা য়াইফরোল লাউদুনা থৌনা পী. পোৎ-লাল্লি, মকোক খুমই। অসিগুম্বা মতাংদা অঙম্বা অসিনা শেল চাইথোকই, মীয়ামদা ইকাইখুম্নবা উৎলি। অসিগুম্বা মীতৈগী চৎনবী অসি ঙসিদগী চহি ১৫০০গী মমাংদগী য়ায়া মওং তাপ্রে। নিংথৌ অসিনা হিয়াং অমসুং শগোল কাংজৈবু পুক্লিং চংনা য়োকখৎখি।

(১) হৈক্রু হিতোংবা, খৃঃ ১৮৪. ইরেংবা নিংথৌগী মতমদা লৈপাকী য়াইফনবা তৌখিবা থৌরম্নি। নিংথৌরোল কয়ানা কায়-দনা চথরকখি. নিংথেম পামহৈবা সনা হাক্তক্তা তোকখি। খৃঃ ১৭৬১, অনন্ত শাইনা হৈক্রু হিতোংবা, চৎনবী কয়াবু নৌনা থিজিন্দুনা চৎনহল্লি। খৃঃ ১৭৭৯, হিয়াঙৈ থাগী ১২ নি পানবা লৈপাকপোকপদা বিজয় গোবিন্দবু হিথক্তা লেংখৎতুনা হৈক্রু হিতোংবা হৌখি।

---

(২] বারোলঃ— মীতৈগী হৈক্রু হিতোংবা ঙসিসু উবা ফংলি. অচুম ওইনমক অনন্ত শাই (নোংপোক লৈরি থোম্বা), নিংথেম ভগ্যাচন্দ্র অনিমক্তা গৌরধর্ম্মগী লাইনিংদা পুশিনখি। মখি অসিনা মীতৈগী অরিবা মনাৎ মশিনবু নীংথিনা য়োকখৎখি। মখি অসিনা পুকথ্রি তৌরমই. থোংনাং থায়মই, মকম অচুবু মত্রি পুকথ্রি. মখি খোংনাং হায়না খংনরী।

লাই হরাউবা — খৃষ্ট মমাং শতাব্দী ৪গী অড়ুবাইদা থাবা লৈরেল খৈনা. হৌদোক্লম্বনি। বারী লিখুন্দি — লাইয়াম থুনফিয়রে, লাইয়াম্মা নোংপোক মালং হুম্মোইববু লাইগী নিংথৌ সবারেল (শালাইলেন) হাপ্পা মতমদা লাইয়াম্মা লৈলাংবা (শায়খিবা) অতুগী মতৌ লৌড়ুনা লাই হরাউখি। খৃঃ ১৬০৯. থাগেম্বনা পাম্লিবৈভেদা লাই হরাউবা য়াম্মা চাওখৎখি।

কাং শায়বা — খৃ: ১১২২. লোইতোংবনা পাম্লিবৈভেদা কাং শায়বা য়াম্মা চাওখৎখি। মী ৭ না কাংখুৎ অমা শাই। মোইরাংদা থোইবীনা কাং শাম্নখিবগী বারোল কয়াম্ম লৈ।

কুম পাবা — শালাই লৈশাংথেম (চেংলৈ) শাগৈদা পোকপা খুম খুম নিংথৌগী মশুন্নুপা মরিয়া কম্বালচাগী মমিং লৌড়ুনা কুমশিং (শোক) পাবা লৌখি। অসিবু ইঙা কুমতম ইঙেঙন কুমথাইনমা. চৈচৎ অমা, থা অমা. চহি অমা. (চৈ ১/ থা ১/ চহি ১) অসুয়া হৌখি। মতম অসি খৃষ্ট মমাং চহি ১৩৯৯ গী বাকমনি। খৃঃ ৪০৯ নাওফোংবগী মতমদা চৈশাং অমদা শরিক থাংলগা চহি লোইবা শুমিৎনি ভাক্লমই। খৃ. ৯৪৬৭. ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদা চৈ পায়ডুনা লাম্ভিয়ম্বা তোক্লে. চৈথারে. চৈ থাবা হায়না থংনখি। চৈ থাবা হৌদোকখিবদগী চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা লাইরিক অময় ইখি।

কাং চিংবা — গম্ভীর সিংহ (১৮২৫-১৮৩৪ ইং) গী মতমদা মীতৈ থাযোন থরম্ম লাকখি। ১। ঢাকাদগী লখিকান্ত লাকই;

মাগী ঈদি ললহামপুং তাবা আচার্য্য ময়ুম ওইখি। ২। তথেন্দগী (আগরতালাদগী) নৱাধন লাকই, মাগী ঈদি থাংমৈবন পনখা তাবা অনৌবম ওইখি, অসিনচিংবা। নিংথৌ অসিগী মতমদা জগনাথ খেত্রদগী লাকপা বামোন পান্দনা শ্রীজগনাথ দেবগী মুর্ত্তি (শক্তম) অর্সি শাখি (খৃ: ১৮৩২]। মুর্ত্তি অসি হৈপোক চীংদগী হৈনৌ য়ান্দুনা শাখিবনি। কুম অসিগী ইঙেঙন থাদা (নির্মি পানবা থাংজদা) কাং চিংবা লৌখি। হৌজিক চিংলিবা কাংগী মওং অসি কংলা উত্রগী মওং মালি, মসি খোংচিংবা (লাই হৱাওবগী কাইরেল কাইজাওকী মওং লৌদুনা কাং (রথ) অসি ওইখিবনি।

দুর্গা পুজা — মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পানবা মতমদা মীতৈ লৈপাক্তা দুর্গা পুজা হৌদোকখি। মসিগী মমাংদা হায়া লৈরবা পাস্থোইবী, কৌওইবী, ইমোইনু অহোংবী-নচিংবা লাইরেম্বী কয়াগী খৌনিরোল চৎনৱে। খৃঃ ১৫৪-২৬৪ অসিগী মতাংদদি খুয়োই তোমপোক নিংথৌনা খুল্লৈমাবু নীংজখি হায়নম্থ থেংনৈ, মীতৈ খুদিংমক্তা ঈমা নিংবা অসি অওনবা মতমদগী ওসিকাওবা চৎনরী। মচুদি মীতৈগী মুমথোং খুদিংদা লৈমারেলগী খুবম লৈক্সিবা অসি-নম্থ লেওদবা খুদম্নি। পৃথিবীগী ওইনা থাজবা অমমম থমচুনা মাগী মাগী লাইনিং অসি লৈনৈ, হিন্দুগী দেবী, বৌদ্ধ কাংবুগী "তরা" (লাইরেম্বীবু) লাৎলমই। রোমান কেথোলিকশিংগী লৈশাবী মেরী লাৎলি। ইজিপ্তা ইজিস (Isis) অসিনচিংবা লৈনৈ।

---

# মৈ পোৎলোই।

শিরগা মৈ থাবা [পোৎ লোইবা] অসি খৃষ্ট মমাং চহি চা কয়াদগী মীতৈশিংনা চৎনখ্রে। খুদম ওইনা কোম্বোজম শাগেনা য়োকচবা হুই অমা শিথি, হুই অদু মী শিবগুম. চুক তরক যুং, শিংথন তরেৎ থন মথক্তা থকথন থম্দুনা মৈ পোৎ লোইখি (কোম্বোজম লাইরেম্বীগী বারী]।

খৃঃ ৪২৮, নাওকোংবগী মতমদা মীতৈগী মৈ পোৎলোই অসি চৎনহন্জনবা হোৎনখি বায়না খেংনৈ। অদুম ওইনমক মীতৈ-শিংনা মৈ পোৎলোই অদুম চৎনখি (নাওকোংবগী বারী)।

মৈ পোৎলোই অসি গুনলিঙৈঙ্গদগী মীতৈশিংনা চৎনখ্রে হায়বসি পোইরৈতোন খুম্বোকপগী বারীনসু উৎলি। অসিগা লোইননা পুংশিৎ, ঈশিংগী. লৈপাকী পোৎলোইসু চৎনরমই হায়রী। খৃঃ ১৭২৯, ময়াং গোষাইনা মীতৈ পুম্না মৈ থাখিবসু মীতৈগী চংনবী মনাৎকী মওং লোন্দুনা থাখি। মতাং অসিদা হায়া মৈ থারমদবা কাংলুপ থরসু মৈ থাখিবগী থাজবা বারীসু খেংনৈ।

লোইরবা

# চূমথোকচবা।

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| vi | ১৮ | য়েন্নবা | য়োন্নবা |
| ১ | ১৬ | ও | ওা |
| ৩ | ২ | লেন | লোন |
| ৬ | ১৩ | তোংঙাখবা | তোংঙানবা |
| ১৩ | ১ | চাংঙ্ | চাংঙ্ |
| ২৮ | ১ | ঈপুথো | ঈপুথৌ |
| ৫০ | ১৪ | চদা | চাদা |
| ৫০ | ১২ | হোথি | হৌথি |
| ৫৪ | ৪ | বাকদা | বাকমদা |
| ৫৬ | ৫ | বারী | বারীনা |
| ৩৮ | ২ | থেনৈ | থেংনৈ |
| ৫৯ | ৯ | শকথবিরমই | শকথংবিরমই |
| ৬০ | ৬ | লাইশিগী | লাইশিংগী |
| ৮৭ | ৩ | থুজাওনা | থুজাওবনা |
| ৯০ | ৭ | নিথৌ | নিংথৌ |
| ৯০ | ৮ | নিংথৌপা | নিংথৌগা |
| ৯১ | ৩ | লক্লোইবনা | লবোইবা |
| ৯২ | ১২ | মহানী | মহাকী |
| ৯২ | ১৬ | তাইব | তাইবং |
| ৯২ | ১৮ | চেদৌ | চেংদৌ |
| ৯৩ | ৪ | মি | মহি |

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৯৪ | ১৩ | থেনরী | থেংনরী |
| ৯৪ | ১৪ | কোম্ম, চিংবা | কোম্মনচিংবা |
| ৯৪ | ১৫ | লিখুত্তনা | লিংখৎতুনা |
| ৯৭ | ১০ | ভগৎচন্দ্র | ভগ্যচন্দ্র |
| ১০৬ | ১২ | লেফটে ন্ট | লেফটেনন্ট |
| ১০৭ | ৭ | Tne | The |

লাঃ ৬৩, বৃটিশকা মনিপুর সরকারগা ললোন ইতিক্কী চেরোল ইনরবসু অরা লান কাইরক্কুন পোৎ শুনা লৌখিরমদবা য়াই।

মনাবগী মতাংদা অরানবা য়াওরবসু মখংগী খুৎনমদা চুম-থোক্লবা হোৎনজুগনি।

অকোংবা অমসুং
মখুৎসিংনাই য়েকপা :—
এবং তোম্বী।

কোংখ্রবা :—

১। তাইবং পাওবেন ( বিভয়লোন )
ইস্কাল [Cultural History of Kangleipak]
(Manipur) Vol. — I

মথংদা :—

১। ইস্কাল [Cultural History of Kangleipak]
(Manipur) Vol. — II

---

কংকম :— লাইরিক য়োনবা ফুকান অয়াবদা অমসুং
পইবা মশাবক্তগী।

---

কোতর মথা — ডঃ কেঃ নবমনি সিংহ।

য়োক শাবাঃ— কে, গৌরতোখী শর্মা।

মখন :— ডি বুথি প্রিন্টিং সেন্টার, সিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল